ভর্ত্তৃহরিপ্রণীতং

# ভট্টিকাব্যম্

## প্রথম খণ্ডম্

( প্রথমতঃ পঞ্চমসর্গপর্য্যন্তম্ )

বৈতৈবেদোক অনুবাদ .ও বব-

শ্রীহিরংময়ুম মজাথর শর্ম্মঃ

মবোদ।

প্রকাশিকা বে                    ১৯৬৭ ইং

জ্যেষ্ঠপুত্রী

শ্রীরাধারাণি দেবী

মমল রুপা ৪·০০

# ভূমিকা

শব্দ সমুদ্রবু নিংথিন শাপ্লোক্লব "ভর্তৃহরিন" মাগী শিষ্য রাজকুমারবু চহি অমগী মরুংদা ব্যাকরণ তৈহনগদনি হায়দুনা তম্বিব হৌরকপদ, নোংমদি শামু মচ অমন, গুরু শিষ্য অনিগী মরক্তা শমদোকপ্রে, অদুদগী চহি অম ব্যাকরণ তম্বদ পোব লৈ হায়ব শিরন অসিগী ব্যাকরণগী অঙ্গ গুন রাওরব রামায়ণগী কাব্য অম শ্লোকচুন তম্বিখি। শিষ্য অদুসু কাব্য তৈবদ নত্তন ব্যাকরণসু নিংথিন তৈখি। অসিগুম ভর্তৃহরিন লেংব কাব্য অসি "ভট্টি কাব্য" হায়না পৃথীবিগী মফম পুম্নমক্তা মমিং চৎলব লাইরিক অসি ফাওরব পণ্ডিত কয়ানা সংস্কৃত টিক, বাঙ্গলা অনুবাদ, হিন্দি অনুবাদনচিংব তৌদুনা শক্লোকপ্রে। মৈতৈ লোন্দসু অনুবাদ তৌনিংবদগী হোৎনজক্রই। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন চানবিদুনা লুপা ২০০ (চনি) থক্তুং মতেং পীবিদুনা অনুবাদকগী উৎসাহ পীবিরিব সরকারগী মঙ্গল পীবিনবগী দমক শ্রী শ্রীগোবিন্দগী" চরন্দ কেটেপ্রার্থনা তৌজরি।

ভট্টি কাব্য শ্লোকতগী মণিপুরী অনুবাদ তৌজব অসি মিত্তাংবন লমজিংব অমসুং লোপ্লোক্তবন রাঙাংগে থনবগুম ইতিক নত্তে থক্লে। তৌইগুম্বসুং মিত্তাংববু উহনখিব, লোপ্লেক্তিববু রাঙাংহনব ঙম্লব, পণ্ডিত সমাজন চুমথোকপিগনি থজদুনা হন্দকী লাইরিক অসি ফোংজরে। মতুং অসিদ পণ্ডিতশিংন পীবিরকপ মত লৌজরগা দ্বিতীয়ঃ সংস্করণদ শেংদোকচগনি ॥ইতি॥

হন্দকী লাইরিক অসিগী অনুবাদ তৌজব অসিদ কাব্যগী শব্দ সাগরদ ইরাক্লিরবদগী লোথৎপিদুনা কন্দবিরিব, শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য, ব্যাকরণ, স্মৃতি, তীর্থ গবর্ণমেন্ট সংস্কৃতটোল ইম্ফাল, ওঝা ইবুংঙোগী চরন্দ যম যম থাগৎজরি॥

হায়জব অমসুং থাগৎজব।
শ্রীমঙ্গীবর শর্ম্মা

## পীবিয়রুপ অভি মত:

কবি অথোইব ভর্ত্তৃ হরিগী "ভট্টি কাব্যম" কাব্য অগত্ত শীং-থানয়বনি। তোঙান তোঙানব লোন কয়াদ হন্দোকদুন কাব্য তাওায় চাওখৎনব্রে। ঐখোয়গী ইমালোন মণিপুরিদসু কাব্য অসিগী রূপান্তর পুথোক্লকৃপ অসি থোইদোক্ল থাগৎনীঙ্ঙাইনি। মসিন, কাব্য প্রেমীশিংগী থোইদোক্ল ব্যাকরণ মধ্যগী পাঠ্য অম ওইবন, ছাত্রশিংগী কান্নব অম পীয়গনি হায়না আশা তৌই। থবক অসিন নহা ওইরিব অনুবাদক অসি অনুবাদক অমগী ভুংগী আশা য়ায় উরি।

অনুমোদক
শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারীশর্ম্মা
কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ
অধ্যক্ষ ইম্ফাল টোল

ইম্ফাল,
তাং ২৭।১।৬৭ ইং

## স্তুতি তৌজব

পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্মঃ পিতাহি পরমং তপঃ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রীয়ন্তে সর্ব্বদেবতাঃ॥

নিবৃত্তি মার্গদ লেপ্লগ পরলোকগী মাইপৈবু য়েংল্লব, পিতৃদেব শ্রীনিংথৌজাও শর্ম্মন শাস্ত্রগী জ্ঞানবু মমি খজিক্কং তাহনবিরমন্নব, লানওমন্নব কাব্যগী শব্দ শমুদ্র থোংবান্দ লেপ্লগ, পান্নব ঈমায়বু নৈথৈজে। মতম্ অদুদ পুক্নিংদ অকিব অমসুং মিপাইব ওইরক্লবদ, পিতৃদেববু নিংশিংলুলগ থংহৌদন মিত্তগী পী শিন্থিব অসিন পেন্দ-বিযু হায়না পাংল্লব নচান হয় হয় স্তুতি তৌজরি॥

মহীশ্বর শর্ম্মা

# সূচীপত্রং

## প্রথম সর্গঃ



## দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ



## তৃতীয়ঃ সর্গঃ



## চতুর্থঃ সর্গঃ



## পঞ্চমঃ সর্গঃ



অতভি পত্র তোঙান্না হাপচল্লে মরমদি শ্লোক অমসুং অথয় অবি অসি চাশিন্নহন য়েংবিরগ পাঠকশিংন চুমথোকপিগনি সিংজরি।

# ভট্টিকাব্যম্

## প্রথমঃ সর্গঃ।

অভূন্নৃপো বিবুধসখঃ পরন্তপঃ
শ্রুতান্বিতো দশরথ ইত্যুদাহৃতঃ।
গুণৈর্বরং ভুবনহিতচ্ছলেন যং
সনাতনঃ পিতরমুপাগমৎ স্বয়ম্ ॥১।

**অন্বয়ানুবাদঃ**—বিবুধসখঃ—লাইগী মরুপ ওইব অমসুং পণ্ডিতক মরুপ ওইরব, পরন্তপঃ— য়েকবশু নৈহৎলব, শ্রুতান্বিতঃ — বেদ শাস্ত্রন জিজাব ( হৈরব ) দশরথঃ ইতি — দশরথ হায়ন কৌব, উদাহৃতঃ — কাওরবঃ নৃপঃ—নিংথৌ অম, অভূৎ — ওইখি, সনাতনঃ — নিত্য ওইরব ( বিষ্ণুন ) ভুবন হিতচ্ছলেন— জগৎকি মঙ্গল ওইনব ( অফবশিংবু থৌজালবিব, ফত্তবশিংবু মাংহনবগী ) ছল তৌদুনা, গুণৈঃ—দয়াদাক্ষিণ্যাদিচিংব ( গুণ-থিথিক জিরব ) বরং—অথোইব, যং—নিংথৌবু পিতরং—মপাওইনা, স্বয়ম্,—মশামক, উপাগমৎ—চংখি—( লৌখি )। ১।

সোঽধ্যৈষ্ট বেদাংস্ত্রিদশানয়ষ্ট,
পিতৄনপারীৎ সমমংস্ত বন্ধূন্।
ব্যজেষ্ট ষড়্বর্গমরংস্ত নীতৌ,
সমূলঘাতং ন্যবধীদরীংশ্চ ২॥

**অন্বয়ানুবাদ** —সঃ=দশরথন, বেদান্-বেদশিংবু, অধ্যৈষ্ট=তমখি, ত্রিদশান্ —লাইশিংবু, অয়ষ্ট-পূজা তৌখি (অগ্নিষ্টোম নচিংব যজ্ঞন] পিতৄন্-পিতৃলোক পুন্নমকপু, অপারীৎ ---পেল-হন্খি, বন্ধূন্-মরুপশিংবু, সমমংস্ত---দাননচিংবন সৎকার তৌখি, ষড়্বর্গং কাম---ক্রোধনচিংবা অমসুং নিদ্রা—তন্দ্রা নচিংব ষড়্বর্গবু, ব্যজেষ্ট—জয় তৌখি, নীতৌ—[সামবেদ-নচিংব নীতি শাস্ত্রদ, অরংস্ত---শান্নখি।পাখি] অরিংশ্চ ---য়েক্লবশিংবুসু, সমূলঘাতং---মরু ফংন মাংহলদুন, ন্যবধীৎ হাৎখি।২।

**মণিপুরী**— লাইগ অমসুং পণ্ডিতক মরুপ ওইরব য়েক্লববু নৈহৎলব বেদ শাস্ত্র পুন্নমক হৈরব দশরথ কৌব ফাওরব নিংথৌ অম লৈরম্মী। সনাতন ওইরব বিষ্ণুন জগতকী মঙ্গল ওইনব (অফব জীবশিংবু থৌজালবিনব অমসুং ফত্তব য়েক্লব-শিংবু মাংহলনব ছল তৌদুন, দশরথ নিংথৌবু মপা ওইন লৌখি।১।

মহাক সামবেদনচিংব পাঠ তৌখি; অদুগ লাইশিংগীদমক যজ্ঞ তৌখি, পিতৃলোকশিংগীদমক শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংব কত্তুনা পেলহনখি, মরূপ মপাংশিংদ দাননচিংব তৌদুন সন্মান-

বসুনি তোয়ং ঘনবদ্ব্যকারীৎ
সহাসনং গোত্রভিদাধ্যবাৎসীৎ।
নত্র্যম্বকাদন্যমুপাস্থিতাসৌ
যশাংসি সর্ব্বে ভৃতাং নিরাস্থৎ ॥ ৩ ॥
পুন্যোমহা ব্রহ্মসসমূহজুষ্টঃ
সন্তর্পনো নাকসদাং বরেণ্যঃ ।

অন্বয়ানুবাদঃ—অসৌ---দশরথন, তোয়ং = ঈশিংন, ঘনবৎ = নোং ওইন চুথব অদুগুম্ন বসুনি---লন্‌খিবিকন, ব্যকারীৎ—চাইথোকখি, [দান তৌখি] গোত্রভিদা সহ—ইন্দ্রগ লোইনন, অ'নম্ সিংহাসন অমত্তদ, অধ্যবাৎসীৎ—ফম্মিন্নখি, [অসৌ—দশরথন] ত্র্যম্বকাৎ অন্যং—মহাদেব নত্তব অতোপ্প অমবু, ন উপাস্থিত---উপাসনা তৌদে, সর্ব্বেষুভৃতাং—খুৎলাই পাইবশিংগী, যশাংসি মিংচৎখিবিকপু, নিরাস্থৎ—তকথোকখি ॥ ৩ ॥

**মণিপুরী** তৌখি, (কাম-ক্রোধ-লোভ-মোহ-মদ-মাৎসর্য্য) রিপু তরুক অসিবু জয় তৌদুন, সাম বেদনচিংব নীতি শাস্ত্রদ পুক্রিং থমলগ য়েকনবশিংবুসু মক্ন ফংন (লেমহৌব লৈতন) হাৎখি। ২।

দশরথ নিংথৌন লনথুম কয়ামুকন নোং ওইন চুদুন (প্রজা পুম্নমকপু) দান তৌদুন পেলঙলখি। মহাকন ইন্দ্রগ লোইনন সিংহাসন অমত্তদ ফমিন্নখি। অদুগ মহাদেব নত্তন অতোপ্প লাই অমতসু নিংখিদে। অমসুং, খুৎলাই পাইব পুম্নমক্তী মিংচৎশিংবু নমথখি। [হায়বদি অথোইব লীরুং পাইব ওইরম্মী] ৩।

ভজ্ঞান লোকস্থিতয়ে স রাজা
যথাধ্বরে বহ্নিরভি প্রনীতঃ ।। ৪ ।

স পুণ্যকীর্তিঃ শতমন্যুকল্পো মহেন্দ্র
লোক প্রতিমাং সমৃদ্ধ্যা ।
অধ্যাস্ত সর্বর্তুসুখামযোধ্যা
মধ্যাসিতাং ব্রহ্মভিরিদ্ধবোধৈঃ ।৫।।

অন্বয়ান্থ :—পুণ্যঃ—শেংলব, মহাব্রহ্মসমূহজুষ্টঃ—বেদহৈরব ব্রাহ্মণ পুম্নমক সেবা তৌরব, নাকসদাং—লাই পুম্নমকপু, সংতর্পণঃ—িংঙ্গিন পেলহল্লব, বরেণ্য—অথোইব, সঃ—মথক্ত কাইয়িব, ব'ক্ত'—দশরথন, অধ্বরে—যজ্ঞদ,-অভিপ্রনীতঃ—মন্ত্রগী শক্তিন হোয়কপ, বহ্নিঃ যথা—মৈগুম্ব, লোকস্থিতয়ে—প্রজান হুংঙাইন—হিংনবা জ্ঞাল—চাকখংথি [ তৌখংথি ] । ।৪।

পুণ্যকীর্ত্তি :—শেংন মিংচং লৈরবা, শতমন্যুকল্প—ইন্দ্রগ নাম্নরব, সঃ—দশরথন, সমৃদ্ধ্যা—চাওখংলব [ ঐশ্বর্য্য পদাথীন তিল্লব ] মহেন্দ্রলোক প্রতিমাং—ইন্দ্রগী কোম্নগে মান্নব; সর্ব্ব র্তুসুখাং—ঋতু পুম্নমক হুংঙাইয়ব, ইদ্ধবোধৈঃ—ভাষণ ভান্নব. ব্রহ্মভিঃ—ব্রাহ্মণশিংন; অধ্যাসিতাং—লৈয়ব, অযোধ্যাং—অযোধ্যা কোম্নুংদ, অধ্যাস্ত—লৈথি ।।৫।।

মণিপুরীঃ—বেদ হৈয়ব শেংলব ব্রাহ্মন পুম্নমকন সেবা তৌরিব লাই পুম্নমকপু সোম যাগনচিংব মক্ত তৌরুং পেলহল্লব নিংথৌশিংগী মরক্তগী অথোইব দশরথন যজ্ঞ মন্ত্রগী শক্তি দগী হোয়কপ মৈগুম্ন, প্রজান হুংঙাইন হিংনবব থোয়াং তৌখি । ৪ ।

নির্ম্মাণদক্ষস্য সমীহিতেষু সীমেব
পদ্মাসন কৌশলস্য।
উর্দ্ধস্ফুরদ্রত্নগভস্তিভির্য্যা
স্থিতাবহস্যেব পুর: মঘোনঃ ।৬।
সদ্রত্নমুক্তাফলবজ্রভাঞ্জি
বিচিত্রধাতূনি সকাননানি।
স্ত্রীভির্যুতান্যপ্সরসামিবৌঘৈর্মেরোঃ
শিরাংসীব গৃহাণি যস্যাম্ ।৭॥

**অন্বয়ানু ঃ**—নির্ম্মা‧দক্ষস্য—শেম শাবদ হৈ শিংলব, পদ্মাসন কৌশলস্য ব্রহ্মাগী হৈশিংব অতৃগী, সমীহিতেষু—নিংথিন শেমলব পোৎকী, সীমাইব—ভমহৈহ্নব যা—অযোধ্যাগী, উর্দ্ধস্ফুরদ্রত্নগভস্তিভিঃ—মৎক্ত থামলিব মণি মুক্তাশিংগী থক্লোমদ যুংগৎলকপ মঙালন, মঘোনঃ—ইন্দ্রগী, পুরং—কোন্নুংবু, অবহস্য ইব—নোক্লবগী মতেংগুম, স্থিতা—লৈখি। ॥৬॥

যস্যাং—অযোধ্যাদ, সদ্রত্নমুক্তাফলবজ্রভাঞ্জি—নিংথিজবব মণি মুক্তা হীরা খিবিক্ত তিল্লব, বিচিত্রধাতূনি—মথল মথা অমাম্ব ধাতুন নিংথিজবব, সকাননানি—লৈকোনখিবিক্ত লোইনরব, অপ্সরসাঃ ওঘৈরিব—অপ্সরাশিংগী মপেগুম্নবী, স্ত্রীভিঃ—নুপীশিংন, যুতানি—তিল্লবী, গৃহাণি—য়ুমশিংন, মেরোঃ—সনাজিংগী, শিরাংসি ইব—চীংদোনগুমলব, (তাং—অযোধ্যাদ, অধ্যাস্ত—লৈখি) ॥৭॥

**মণিপুরী**—অথোইব মিংচৎন তিল্লব, ইন্দ্রগ মান্নব মহারাজ দশরথন মতিক মগুণদ ইন্দ্রপুরীগ মান্নবী, ঋতু পুম্নমক্ত নুংঙাইব পীনরবী অমসুং জ্ঞান্ন ঙাল্লব ব্রাহ্মণশিংন লৈবব অসিগুম্বী অযোধ্যা কোন্নুংদ পাল্লমী ॥ ৫ ॥

অন্তর্নিবিষ্টোজ্জ্বলরত্নভাসো
গবাক্ষজালৈরভিনিষ্পতন্ত্যঃ।
হিমাদ্রিটঙ্কাদিব ভান্তি যস্যাং
গঙ্গাম্বুপাতপ্রতিমা গৃহেভ্যঃ ॥৮॥

**অন্বয়ানু ঃ**—যস্যাং—অয়োধ্যা অদুগী, অন্তর্নিবিষ্টোজ্জ্বলরত্নভাসঃ—মনুংদ লৈরিব মণিগী লংলব মঙালন, গৃহেভ্যঃ—য়ুমশিংগী, গবাক্ষজালৈঃ—থোংনাওগী অহোবশিংদগী, অভিনিষ্পতন্ত্যঃ—থোরক্লিব অদুন, হিমাদ্রিটঙ্কাৎ—হিমালয়গী মাংলব চীংদোন্দগী, গঙ্গাম্বুপাতপ্রতিমা ইব—চন্দুন চেম্বরকপ গঙ্গাগী ঈশিং ঈচেলগুম্ [নিংথিজন], ভান্তি—ঙালি ॥৮॥

**মণিপুরী**—শেমশাবদ হৈবব ব্রহ্মাগী হৈশিংবন নিংথিন শেম্লব পোৎকী ওমখৈগুম্লব, অয়োধ্যাপুরীদ থামলিব রত্নগী মথকলোমদ ফুদোবকপ মঙালশিংন অমরাবতীবু নোক্নবগী মতৌগুম্ লৈরিবী; অয়োধ্যা কোনুংদ দশরথন লৈবম্মী। ৬।

নিংথিজবব মণি মুক্তা হীরা খিবিক্ত তিন্নব মথল মথা অয়াম্ব ধাতুশিংন নিংথিজবব অয়োধ্যা কোনুংগী মনাক্ত লৈকোন খিবিক্ত নিংথিজরি। অদুগ আপ্সরাশিংগ মান্নরবী নুপী পুম্নমকন লৈরিব য়ুমশিংন সনক্তিংগী চীংদোনগুম্ ফজবব কোনুদ দশরথন লৈরম্মী। ৭।

অযোধ্যা কোনুংদ লৈরিব য়ুমশিং অদুগী মনুংদ থাম্লিব অমসুং হৎলিব মণিগী মঙাম্ থোংনাওগী অহোবশিংদগী ফাওদোক্লিব মঙালন, হিমালয় চীংদোন্দগী শাফু কম্ চেম্বরক্লিব গঙ্গাগী ঈচেলগুম্ নিংথিজরি। ॥৮॥

ধর্ম্ম্যাসু কামার্থযশস্করীষু
মতাসু লোকেঽধিগতাসুকালে।
বিদ্যাসু বিদ্বানিব সোঽভিরেমে
পত্নীষু রাজাতিসৃষুত্তমাসু॥৯॥

পুত্রীয়তা তেন বরাঙ্গনাভি
রানায়ি বিদ্বান্ ক্রতুষু ক্রিয়াবান্।
বিপক্তিমজ্ঞানগতির্মনস্বী
মান্যো মুনিঃ স্বাং পুরমৃষ্যশৃঙ্গঃ॥১০॥

**অন্বয়ানুবাদঃ**—সঃ—মথক হায়রিব, রাজা—দশরথন, ধর্ম্ম্যাসু—ধর্ম্ম লৈরবী, কামার্থ যশস্করিষু— কাম, অর্থ যশগীদমক হোৎনরিবী, লোকে — পৃথীদ; মতাসু — লুনতৌববী, কালে—মতমচান, অধিগতাসু—লুহোংলবী, ভিসৃষু—উত্তমাসু, পত্নীষু—অথোইবী ভর্যা।] অহমদ, বিদ্যাসু—ঋগ, যজু, সামনচিংব বেদ খিবিক, বিদ্বান ইব—পণ্ডিতশিংন তৌবগুম, অভিরেমে—শান্নখি, (লৈমিন্নখি। ॥৯॥
পুত্রীয়তা— মচাপাম্নব, তেন—দশরথন, বরাঙ্গনাভিঃ নিংথিজববী পুরগী নুপীশিংন, বিদ্বান্—পুন্নমক খংলব, ক্রতুষু—যজ্ঞগী, ক্রিয়াবান্—ক্রিয়া পুন্নমক খংলব, বিপক্তিমজ্ঞানগতিঃ—জ্ঞান মার্গদ মুন্ন খংলব, মান্যঃ—মর্য্যাদা তৌনরব, ঋষ্যশৃঙ্গঃ—ঋষ্যশৃঙ্গ কৌব, মুনিঃ—মুনিবু, স্বাম্—মথোইমক্তী, পুরং—কোম্নুংদ, অনায়ি—পুশিনখি। ॥১০॥

**মণিপুরী**—দশরথ নিংথৌন ধর্ম্ম কাইদন অর্থ-কাম, মিংচৎপু ফংগে তাল্লিবী মরোপ অহম্মক লুন তৌনরবী, অমসুং মতম চান লুহোংলবী কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা কৌবী অথোইবী

ঐহিষ্ট তং কারয়িতুং কৃতাত্মা
ক্রতুং নৃপঃ পুত্রফলং মুনীন্দ্রম্ ।
জ্ঞাতাশয়স্তস্য ততো ব্যতানীৎ
স কর্ম্মঠঃ কর্ম্ম সুতানবন্ধম্ ॥১১॥
রক্ষাংসিবেদীং পরিতো নিরাস্থ-
দঙ্গান্যয়াক্ষীদভিতঃ প্রধানম্ ।

**অন্বয়ানুং**—কৃতাত্মা—যতন তৌন, রাজা—দশরথন, মুনীন্দ্রং—তাপস শ্রেষ্ঠ ওইবব (ঋষ্যশৃঙ্গবু), পুত্রফলংক্রতুং—পুত্রেষ্টি যজ্ঞবু, কারয়িতুং—তৌবিনবগীদমক, ঐহিষ্ট—হোৎনখি, ততঃ—অদুগী তুংদ, জ্ঞাতাশয়—মবম পুম্নমক খংলব, সঃ—মথক হায়রিব, কর্ম্মঠঃ—কর্ম্মদ থৌবব (ঋষ্যশৃঙ্গ মুনিন, তস্য—নিংথৌগী, সুতানুবন্ধং—মচাগ মরী থাংনব, কর্ম্ম—কর্ম্মবু, ব্যতানীৎ—হৌগৎখি ॥১১॥

**মণিপুরী**—রাণী অহুমদ, বেদ হৈরব পণ্ডিতশিংন বেদ পাঠ তৌবদ নুংঙাইবগুম্ন, নিংথৌন (গৃহস্থ ধর্ম্মদ) নুংঙাইন শাম্নখি। ॥৯॥

দশরথ নিংথৌন মচা পামলক্লবদ, বিদ্ব ওইবব যজ্ঞ কর্ম্ম পুম্নমক খংলব, জ্ঞান মার্গদসু (মপুংফান) মুম্ন খংলব পুকচেল চাওরব মী পুম্নমক মর্য্যাদা তৌনবব ঋষ্য-শৃঙ্গমুনিবু ববাঙ্গনাশিংন মখোইগী কোন্নুংদ পুশিনখি ॥১০॥

দশরথ নিংথৌন যতন তৌন ঋষ্যশৃঙ্গমুনিদ মচা ফংনব যজ্ঞবু তৌহনগে হায়ন নিংখি। অদুগী তুংদ নিংথৌগী বাখল পুম্নমক খংলব অমসুং যজ্ঞ কর্ম্মদ হৈবব মুনিন নিংথৌগী মচা ফংননব পুত্রেষ্টি যজ্ঞ হৌগৎখি ॥১১॥

শেষাণ্যহৌষীৎ স্রুতসম্পদেচ
ববং বরেণ্যো নৃপতেবমার্গীৎ ॥১২॥

নিষ্ঠাং গতে দত্রিমসভ্যতোষে
বিহিত্রিমে কর্ম্মণি রাজপত্ন্যঃ।
প্রাশুর্হুতোচ্ছিষ্টমুদারবংশ্যা-
স্তিস্রঃ প্রসোতুং চতুব স্বপুত্রান্। ১৩॥

অন্বয়ান্থ :—ববেনাঃ—অথোইব, (সঃ মুনিঃ—ঋষ্যশৃঙ্গন) বেদীংপবিত যজ্ঞবেদীগী অকোইবদ লৈব, বক্ষাংসি — হিংচাবশিংবু, নিবাস্তং— তকথোকখি, প্রধানম অভিতঃ— যজ্ঞকুণ্ডগী প্রধান ওইব মাইগৈ অনিদ, অঙ্গানি—প্রাচ্যনচিংব অঙ্গ পুম্নমক, অয়াক্ষীৎ— পূজা তৌখি, শেষাণি—লেমহৌ-বশিং অদুন, অহৌষীৎ—হোম তৌখি, নৃপতেঃ—নিং-থৌগী, সুতসম্পদে—মচা ফংনবগীদমক, ববংচ—ববসু, অমার্গীৎ—নিখি ॥১২॥

দৎত্রিমসভ্যতোষে—দানগী সদস্যন পেল্লব, বিহিত্রিমে—বিধিন নির্ব্বর্ত্তি ওইববদ (হায়বিব) কর্ম্মণি—পুত্রেষ্টি-কর্ম্মন, নিষ্ঠাংগতে—সমাপ্তি ওইববদ, উদারবংশ্যাঃ—অচৌব শাগৈদ পোক্লবী, তিস্রঃ—মশিং অহুম গুবী, রাজপত্ন্যঃ—নিংথৌগী মুপীশিংগী, চতুবঃ সুপুত্রান্—নিংখি-রব মচা মবি, প্রসোতুং—পোক্লনবগীদমক, হুতোচ্ছিষ্টং—হোম তৌবদগী লেমহৌব হবি অদু, প্রাশুঃ—চাখি ॥১৩।

মণিপুরী—অথোইব মুনিন যজ্ঞবেদিগী অকোইবদ লৈরিব হিংচা-বশিংবু ভূতাপ্রসারক, অমসুং রক্ষোঘ্ন মন্ত্রন তাম্বোকখি।

কৌশল্যয়াসাবি সুখেন রামঃ
প্রাক্ কেকয়ীতো ভরতস্ততোঽভূৎ।
প্রাসোষ্ট শত্রুঘ্নমুদারচেষ্ট-
মেকা সুমিত্রা সহলক্ষণেন ॥১৪॥

অন্বয়ানুঃ—প্রাক্ – অহানবদ, কৌশল্যয়া – কৌশল্যান, রামঃ – রামবু সুখেন – নুংঙাইনা, অসাবি – পোকখি, ততঃ – অদুগা তুংদ. কেকয়ীতঃ – কৈকেয়ীন, ভরতঃ অভূৎ – ভরত পোকখি. একা সুমিত্রা – সুমিত্রা মথন্তন, লক্ষ্মণেন সহ – লক্ষ্মণগ লোইনন, উদারচেষ্টং – মথৌনা লৈরব, শত্রুঘ্নং – শত্রুঘ্নবু. প্রাসোষ্ট – পোকখি ॥১৪॥

মণিপুরী – অদুগী তুংদ পুত্রেষ্টিযাগগী প্রধান ওইব দেবতাবু পূজা কৎপ লোইরদুনা অন্য দেবতাবু পূজা তৌই। লেমহৌব যজ্ঞগী সামগ্রীন পূর্ণাহুতিগী দমক কৎলগ, নিংথৌগী মচা ফংনবগী ওইব যজ্ঞ দেবতাশিংদ বরপ্রার্থনা তৌখি।১২।

যজ্ঞ অদুন লোইশিল্লকপদ বিধিগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণশিংদু তৌরিব দক্ষিণা অদুম পেনখি। অদুগী তুংদ হোম তৌখিবদগী লেমহৌব হবি অদু, অচৌব শাগৈদ পোক্লবী মহারানী অহুম অদুন নিংখিরব মচা মরি ফংনব চাখি।১৩।

। মতৌ অসুম্ন পুত্রেষ্টি যজ্ঞগী ফলন মহারানী অহুম অদু মথং মথং গর্ভাবতী ওইদুনা দশমাসন পরি-পূর্ণ ওইখি।]

অহানবদ কৌশল্যান রাম পোকখি, অদুগী তুংদ অনিশুবী মহারানী কৈকেয়ীন ভরত পোকখি। অদুগ সুমিত্রা মথন্তন লক্ষ্মণগ লোইনন মথৌনা লৈরব শত্রুঘ্নসু পোকখি।১৪।

আর্চ্চীৎ দ্বিজাতীন্ পরমার্থবিদ্যা-
মুদেজয়ান্ ভূতগণান্ ন্যষেধীৎ।
বিদ্বানুপানেষ্টচ তান্ স্বকালে
যতির্বশিষ্ঠো যমিনাং বরিষ্ঠঃ ॥১৫॥
বেদোঽঙ্গবাংস্তৈরখিলোঽধ্যগায়ি
শস্ত্রাণ্যুপায়ংসত জিত্বরাণি।
তে ভিন্নবৃত্তীন্যপি মানসানি
সমং জনানাং গুণিনোঽধ্যবাৎসুঃ ॥১৬॥

অন্বয়ানুঃ-- যমিনাং—যোগিশিংগী মরক্তগী, বরিষ্ঠ—অখোইব, বিদ্বান্ —বিধি পুন্নমক খংলব, যতিঃ—ইন্দ্রি খুদুন্ চল্লব, বশিষ্ঠ—বশিষ্ঠকৌব পুরোহিতন, পরমার্থ বিদ্যান্—তত্ত্বজ্ঞান্ পুন্নমক খংলব, দ্বিজাতীন্—ব্রাহ্মণশিংবু, আর্চ্চীৎ—পূজা তৌখি, উদেজয়ান—অকিবগী মশক ওইরব, ভূতগণান্—অঙাং মাংহললিবশিংবু, ন্যষেধীৎ—( মন্ত্রন ) তাম্থোকখি, স্বকালে —মতমচান, তান—মখোইশিংবু, উপানেষ্টচ—উপনয়নসু তৌখি। ১৫।

মণিপুরী —যোগিশিংগী মরক্তগী অখোইব অমসুং বেদবিধি পুন্নমক খংলব যতি ওইরব বশিষ্ঠমুণিন পুরোহিত ওইদুন. তত্ত্ব জ্ঞান পুন্নমক খংলব ব্রাহ্মণশিংবু পূজা তৌখি। অদুগ অকিবগী মশক ফংলব অঙাং মাংহলনবগী মফম পুন্নমক্ত কোইচৎ চৎলিব ভূতশিংবু মন্ত্রগী শক্তিন তাম্থোক্লুন চংহলখিদে। অদুগ রামনচিংব মচিন মনাও মরিবু মতম চান উপনয়ন তৌখি। ১৫।

ততো ঽগৎ গাধিসুতঃ ক্ষিতীন্দ্রং
রামং বরীতুং পরিরক্ষণার্থং
রক্ষোভিরভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ
রাজার্জিহত্তং মধুপর্ক পানিঃ ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুঃ--তৈঃ —রামনচিংবন, অখিলঃ —সম্পুর্ণ ওইন, অঙ্গবান্ --সাঙ্গ ওইন, বেদঃ —বেদবু, অধ্যাগায়ি —তমখি, জিত্বরাণি —জয় ওইনব, শস্ত্রানি —খুৎলাইখিবিকপু, উপায়ংসত —তমখি, ( হৈখি ), গুনিনঃ-গুণ লৈরব, তে—রমনচিংবন —ভিন্নরত্তীনি অপি---তোঙাল তোঙালন পায়রব, জনানাং ---মী পুম্নমক্কী, মানসানি--- পুক্লিং ময়ামগ, সমম্---মায়ন অংযবাৎসুঃ-- লৈখি ॥ ১৬ ॥

ততঃ---অদুগী তুংদ, গাধিসুতঃ---বিশ্বামিত্রন, রক্ষোভিঃ —হিংচাবশিংন, অভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ —যজ্ঞ কর্ম্মগী বৃত্তি থুগাইববু পরিরক্ষণার্থং —ঙাকননবগীদমক, রামং —রামচন্দ্রবু, বরীতুং নিরুগে হায়ননিংদুন, ক্ষিতিন্দ্রং —দশরথগী ( মনাক্ত) অভ্যাগাৎ —চৎখি [ লাকখি ] রাজা —নিংথৌন, মধুপর্ক পাণি —মধুপর্ক পাইদুন, তং —মুনিবু,আর্জীহৎ —পুজাতৌখি ।১৭।

মণিপুরী —রামনচিংব মচিল মনাও পুম্নমক্ত বেদ শাস্ত্র পুম্নমক সাঙ্গ ওইন তমখি। অদুগ জয় ওইনবা ( শস্ত্রবিদ্যা ) থাং তা লীক্লংনচিংব বিদ্যাদসু নিংথিন তমখি ।
তোঙান্ তোঙান্ন বৃত্তী ওইরব মী পুম্নমক্কী পুক্লিংগ চানন লৈখি। ১৬।

ঐষীঃ পুনর্জন্মজয়ায় যস্মৈ
রূপাদি বোধান্ন্যবৃতচ্চ যস্তে।
তত্ত্বান্যবুদ্ধাঃ প্রতনূনি যেন
ধ্যানং নৃপস্তচ্ছিবমিত্যবাদীৎ ॥১৮॥

অম্বয়ানুঃ—ততঃ—অদুগীতুংদ, গাধিসুতঃ — বিশ্বামিত্রন, রক্ষোভিঃ — হিংচাবশিংন, অভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ—যজ্ঞকর্ম্মগী ব,ত্তিথুগাইবরু পরিরক্ষণার্থং — ঙাকননবগীদমক, রামং— রামচন্দ্রবু, বরীতুং— নিরুগে হায়ন নিংহুন, ক্ষিতীন্দ্রং— দশরথগী (মনাক্ত) অভ্যাগাৎ — চংখি ( লাকখি। রাজা—নিংথৌন, মধুপর্কপাণিঃ—মধুপর্ক পাইহুন, তং—মুনিবু, আর্জীহৎ — পূজা তৌখি, ॥১৭॥

যং —নহাক্ত, পুনর্জন্মজয়ায়—হয়েংমুকী মপোক্ত মুক্তি ফংনব যৎ—অসিগুম সমাধি অসি, ঐষীঃ—নিংলিবনি, তে— নহাকী যচ্চ—অদুগুম ধ্যান অদুন, রূপাদিবোধাৎ— রূপবচি'ব ইন্দ্রিয় বিষয় পুন্নমক খংবদগী, ন্যব,তৎ — হল্লিনখবে, যেন — অদুগুম ধ্যান অদুন প্রতনূনি — কুপপ্রব, তত্ত্বানি — তত্ত্বখিবিকৃপু, অবুদ্ধাঃ—খংলি, তৎধ্যানং — অদুগুম ধ্যান — অদুন, শিবম্—মঙ্গল ওইরি, ইতি অসুম নৃপঃ—নিংথৌন অবাদীৎ—হায়খি ॥১৮॥

মণিপুরীঃ—অদুগী তুংদ বিশ্বামিত্র মুনিন হিংচাবশিংন যজ্ঞগী (ব,ত্তি) থৌরম পুন্নমক্ থুগাইরিব অদু ঙাক্তবগীদমক রামচন্দ্রবু লৌরুগে হায়ন নিংহুন দশরথগী মনাক্ত চংখি! অদুগী তুংদ দশরথন ঘী থোইহী শঙ্গোম অফব অসি খিবিরু তিল্লব মধুপর্ক পাইহুন মুনিবু পূজা তৌখি ॥১৭॥

আখ্যন্মুনিস্তস্য শিবং সমাধের্বিঘ্ন—
ন্তি রক্ষাংসি বনে ক্রতূংস্তু।
তানি দ্বিষদ্বীর্য্যনিরাকরিষ্ণুস্তৃ
ণেতু রামঃ সহ লক্ষ্মণেন ॥১৯॥
স শুশ্রুবাংস্তদ্বচনং মুমোহ
রাজাসহিষ্ণুঃ সুতবিপ্রয়োগম্।
অহংযুনাথ ক্ষিতিপঃ শুভংযু-
রূচে বচস্তাপসকুঞ্জরেণ ॥২০॥

অন্বয়ার্থঃ—মুনিঃ— বিশ্বামিত্রন, তস্য—নিংথৌগী, সমাধে — ধ্যানগী শিবং—মঙ্গলবু, আখ্যৎ—হায়খি, বনে—বনদ, রক্ষাংসি—হিংচাবশিংন, ক্রতূন্—যজ্ঞবু, বিঘ্নন্তি—থুগাইই, দ্বিষদ্বীর্য্যনিরাকরিষ্ণুঃ—য়েক্লবগী শক্তি তকৃথোক্কে হায়ন নিংতুন, রামঃ—রামন, লক্ষ্মণেন সহ — লক্ষ্মণগ লোইনন তানি—হিংচাবশিংবু, তৃনেতু—হাংহনলু ॥১৯॥

মণিপুরী—নিংথৌন হায়খি, হে তপোধন! নহাক্ত মুক্তি ফংনবগী ওইব অসিগুম্ব ধ্যান্ অসি তৌরি, মতুগী মঙালন বাহ ইন্দ্রিগী বিষয়দগী হল্লিলখরে, মতুগী শক্তিন থুপগ্রব তত্ত্বখিবিকপু ইলাই লাইন খংলি, অদুগুম্ব ধ্যান অদুতন মঙ্গল ওইরিবনি ॥১৮॥

অসি তায়বদ বিশ্বামিত্র মুনিন নিংথৌগী মফমদ হায়খি, হে মহারাজ! সমাধিগী মরমদদি থোইন অকাইব ওইদেদি হায়ববু হিংচাবশিংন লাক্তুন যজ্ঞগীমরিদ অকাইব ওইরে। মরম অসিন য়েক্লববু তাম্বোকপ ওম্ব রাম লক্ষ্মণগ লোইনদ মফম অদুদ পুরগ মথোইবু ঙাক্লসনু ॥১৯॥

ময়া ত্বমাপ্থাঃ শরণং ভয়েষু বয়ং
ত্বয়াপ্যাপ্স্মহি ধর্ম্মবৃদ্ধ্যৈ ।
ক্ষাত্রং দ্বিজত্বঞ্চ পরস্পরার্থং
শঙ্কাংকৃথা মা প্রহিণু স্বসূনুম্ ॥২১॥

অন্বায়ন্নুঃ সুতবিপ্রয়োগম্ – মচাগী অবাবনু, অসহিষ্ণুঃ – খাংব ঙমদ্রব স রাজা – নিংথৌ অদুন, তদ্বচনং – মাগী ৱা, শুশ্রুবান্ – তারগ মুমোহ – ঙকখি, অথ – অদুগী তুংদ, অহংযুনা – নাপল তৌন তাপসকুঞ্জরেণ – তপস্বিগী অথোইব ওইবব মুনিন, সুভংযুঃ – নিংজরব, ক্ষিতিপঃ – নিংথৌদ, বচউচৈঃ – ৱাহৈ কয়ামুক হায়খি ॥২০॥

( হে মহারাজ । ) ভয়েষু – অকিবখিবিক্তগী, ধর্ম্মবৃদ্ধৈ – ধর্ম্ম চাওখৎনব, ময়া – ঐন, ত্বংশরণং – নহাক্ত ঙাকৃপিবনু, আপ্থাঃ – ফংলি, ত্বয়া অপি – নহাকসু, বয়ং – ঋষি ঐখোইন ধর্ম্মবৃদ্ধ্যৈ – ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমক. শরণং – ঙাকৃদবনু, আপ স্মহি – ফংখি, ক্ষাত্রং – ক্ষত্রিগী শক্তিন, দ্বিজত্বংচ – ব্রাহ্মণগী তেজনসু পরস্পরার্থম্ – মহৈ মহৈ কান্নব ( তৌগদবনি ) শঙ্কাং – চিংনবনু, মা কৃথাঃ – তোবোইদবনি, স্বসূনুং – নহাক্কী নচা ( রামবু ) প্রহিনু – থাও [ চৎহল্লু ] ॥২১॥

মনিপুরীঃ – মুনিগী ৱা অসি তারগ দশরথন মূর্চ্ছা ওইখি । অদুগী তুংদ তম্বিশিংগী মরক্তগী অথোইব বিশ্বামিত্রন নাপলগ লোইনন নিংথিজরব খিবিক্ত তিল্লব নিংথৌদ হায়খি ।২০।

হে মহাবাজ । অকিবদগী ধর্ম্মকন্নবগীদমক [ হায়বদি চাওখৎনবগীদমক ] ঐন নঙোন্দ চংজরি, অদুগ নহাকনসু ক্ষত্রিগী ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমক ঐখোইদ চংজখি । মবম অসিন ক্ষত্রিগী শক্তিন ব্রাহ্মণগী তেজনসু মহৈ মহৈ অমগ অমগ মতেং পাংনদুন কান্নব লৌনগদবনি, চিংনগনু নহাক্কী নচা রাম অসি চৎহল্লু ॥২১॥

যানিষ্যতে তেন মহান্বিপক্ষঃ
স্থায়িষ্যতে যেন রণে পুরস্তাৎ।
মা মাং মহাত্মন্! পরিভূরযোগ্যো
ন মদ্বিধো ন্যস্যতি ভারমগ্র্যম্ ॥২২॥

ক্রুধ্যন্ কুলং ধক্ষ্যতি বিপ্রবহ্নির্যাস্যন্
সুতস্তপ্স্যতি মাং সমন্যুম্।
ইত্থং নৃপঃ পূর্ব্বমব লুলোচে,
ততোঽনুজজ্ঞে গমনং সুতস্য ॥২৩॥

অন্বয়ানু :—যেন—রামন, রনে—লানগী, পুরস্তাৎ—মমাংদ স্থায়িষাতে লৈরগনি, তেন—রামন মহান্ বিপক্ষঃ—অকনব য়েকুববু, যানিষাতে—হাৎলরগনি, মাং মা পরিভূঃ—ঐবু থগুইদব ত্তৌগনু, মদ্বিধঃ—ঐগুম্বন, অযোগ্যো—মতিক চাদব অক্কম ঙমলোইদব থবক, ন ন্যসাতি—শিন্নরোই (পুনল্লোই) ॥২২॥

বিপ্রবহ্নিঃ ক্রুধ্যন্—ব্রাহ্মণগী অশাওব মৈন, কুলং—শাগৈবু ধক্ষ্যতি—অচাকপ, যাস্যন্—ওইরগনি, সুতঃ—ইচাগী সমন্যুম্—অবাবন, মাং তপ্স্যতি—ঐঙোন্দ চান্নরগনি, ইত্থং অমুম নৃপঃ—নিংথৌন, পূর্ব্বম্—অহানবদ, আলুলোচে—খনখি, ততঃ—অদুগী তুংদ, সুতস্য—মচাগী, গমনং—চৎননব, অনুজজ্ঞে—য়াথং পীখি ।২৩।

মণিপুরী—হে মহারাজ! রামন লানফমদ য়েকনবগী মমাংদ লৈদুনা অকনব য়েকনব পুম্নমক হাৎকদবনি। হে মহাত্মন্! ঐবু থগুইদব ত্তৌগনু মরমদি ঐনবু রামগী মতিক চাদব থবক, ঙমলোইদোব মফমদ কৈদৌঙৈদসু ত্তৌহল্লোই ।২২।

আশীর্ভিরভ্যর্চ্য মুনিঃ ক্ষিতীন্দ্রং
প্রীতঃ প্রতস্থে মুনিরাশ্রমায়।
পৃষ্ঠতঃ প্রষ্ঠমিয়ায় নম্রো
হিংস্রেষুদীপ্তাপ্তধনুঃ কুমারঃ ॥২৪॥
প্রয়াস্যতঃ পুন্যবনায় জিষ্ণোঃ
রামস্য রোচিষ্ণুমুখস্য ধৃষ্ণুঃ।

অন্বয়ানুঃ—মুনিঃ—মুনিন, প্রীতঃ — পেল্লহুন, আশীর্ভিঃ — আশীর্ব্বাদ মহ্নন, ক্ষিতীন্দ্রং—নিংথৌবু, অভ্যর্চ্য---পেলহল্লগ, আশ্রমায় প্রতস্থে—আশ্রম লোমদ চৎথ্রে, নম্রঃ—নোল্লুক্ল, হিংস্রেষুদীপ্তাপ্তধনুঃ কুমারঃ—রামন হিংসা তৌব খিবিকপু মা'হলব গুয়ব খুৎলাই পায়হুন, প্রষ্ঠঃ—মাংথারহুন, তং—বিশ্বামিত্রন পৃষ্ঠতঃ—তুংথংলহুন, ইয়ায়—চৎখি, ॥২৪॥

মণিপুরী —মুনিগী বা অসি তারগ নিংথৌন বাখল তৌখি হন্দক্ ঐন রাম অসি চৎহল্লবদি ব্রাহ্মণগী অশাওব মৈন ঐগী শাগৈ অসি সোইদন উৎ ওইরগনি, অহুগ রাম লক্ষ্মন অনিন চৎগ্রগন মখোয় কাইনবগী অবাব মৈন ঐঙোন্দা চুরগনি, অহুনদি ঐন বাহোবন অরাইবনি হায়ন খল্লহুন রামবু যজ্ঞ ঙাকপ চৎননবগী য়াথং পীখি ॥২৩॥

নিংথৌগী বাঙাং তাবদ মুনিন পেল্লহুন আশীর্ব্বাদ মহ্নন নিংথৌবু পেলহল্লগ আশ্রম লোমদ চৎখি, মতম অহুদ হিংসা তৌব জীববু মাংহলব গুয়ব অথৌব খুৎলাই পাইব নোল্লুকপ রাম লক্ষ্মন অনিন মাং থারহুন বিশ্বামিত্রন তুংথংলহুন চৎখি।২৪।

ত্রৈমাতুরঃ কৃৎস্নজিতাস্ত্রশস্ত্রঃ
সধ্যঙ্ রতঃ শ্রেয়সি লক্ষ্মণোঽভূৎ ॥২৫॥
ইষুমতিরঘুসিংহে দন্দশূকাঞ্জিঘাংসৌ
ধনুররিভিরসহ্যং মুষ্টিপীড়ং দধানে।
ব্রজতি পুরতরুণ্যো
বদ্ধচিত্রাঙ্গুলিত্রে
কথমপি গুরুশোকান্মারুদন্মাঙ্গলিক্যঃ ॥২৬॥

অন্বয়ানুঃ—ধৃষ্ণুঃ—খাংব কল্লব, কৃৎস্নজিতাস্ত্রশস্ত্রঃ—অম্বাম্ব খুংও খুৎলাই পুম্নমক হৈরবা, শ্রেয়সি—মঙ্গলবু, রতঃ—পামলব, ত্রৈমাতুরঃ মমা অহুমগী মচা, লক্ষ্মণঃ — লক্ষ্মণন, পুণ্য বনায়— পুণ্যগী মশক ওইব বন্দ, প্রয়াস্যতঃ— চৎখি, জিষ্ণোঃ —জয় ওইবগী, রোচিষ্ণুমুখস্যঃ—মাইথোংন ঙাল্লব, রামস্য—রামগী, সধ্যঙ্ লোইনব, অভূৎ---ওইখি ।২৫।

দন্দশূকান্—হিংসা তৌবশিংবু, জিঘাংসৌ — হাৎকে হায়ন নিংদুন, ইষুমতি—অথোইব খুৎলাইন, অরিভিঃ—য়েক্রবশিংন অসহ্যং—খাংবঙমদ্রব ধনুঃ—লীরুংবু, মুষ্টিপিড়ং—খুদুমচেৎন দধানে— পাইদুন, বদ্ধচিত্রাঙ্গুলিত্রে — য়েকখোৎলব অঙ্গুলিত্রানন নিংথিজরব, রঘুসিংহে — রামন, ব্রজতি—চৎলি, গুরু শোকাঃ—য়াম্ন বারব, পুরতরুন্যঃ—কোনুংগী তরুনীশিংন, মাঙ্গলিক্যঃ—মঙ্গলগীদমক কথমপি—করিমত্তসু, মারুদন্ —কপখিদে ॥২৬॥

মণিপুরী —খাংবকল্লব ক্ষত্রিগী বিদ্যা পুম্নমক হৈরব মঙ্গল পাম্নব মমা অহুমগী মচা লক্ষ্মণন বন্দা চৎখি, অমসুং জয় ওইবগী মাইথোংন মকালায়বময়াম্ব রামগী লোইনব ওইদুন চৎখি ।২৫।

অথ জগত্তুরনীচৈরাশিষস্তস্য বিপ্রা
স্তুমূলকলনিনাদং তূর্য্যমাজঘ্নুরন্যা।
অভিমত ফলশংসী চারুপুষ্পোরবাহু-
স্তরুষু চুকুবুরুচ্চৈঃ পক্ষিণশ্চানুকূলাঃ ॥২৭॥

অন্বয়ানুঃ—অথ - অদুগী তুংদ, বিপ্রাঃ - ব্রাহ্মণশিংন তস্য - রামগী, আশিষঃ - আশীর্ব্বাদন. অনিচৈ - খোঙ্গেল বাংন, জগত্নু - তায়খি, অন্যে - অতোপ্পা বাদকশিংনা. তুমুলকলনিনাদং— নিংথিজবা খোঙ্গোক্তা. তূর্যাং আজঘ্নুঃ - পুং য়েখি, অভি- মতফলশংসী—মঙ্গল ওইবগী খুদম. বাহুঃ—পাম্বোমদ, চারু —নিংথিজনা, পুষ্পোব—চোংখি, তরুষু - উশিংগী মথক্ত, পক্ষিণশ্চঃ - উচেকশিংনসু, অনুকুলাঃ—রামগী মগুণ, উচ্চৈঃ —খোঙ্গেলবাংন, চুকুবুঃ—খোংখি ॥২৭॥

মণিপুরীঃ—হিংচাবশিংবু হাংকে হায়ন নিংতুন খুৎত খুৎলাই পাই- রতুন নিংথিজন য়েক্তব অঙ্গুলিত্রানন লৈতেংলব রামন য়েক- নবন খাংওমদব লীরুং খুতুম চেৎন পাইরতুন তপোবন লোমদ মাই ওন্দুন চৎখি, মতম অতুদ বাম কাইনবগী বারবী পুর তরুনীশিংন রামগী মঙ্গল ওইনবগীদমক অবাব কয়ামুক খাংতুন কপ্পা তৌদন লেপ্তুন লৈহৌই।২৬।

অতুগী তুংদা ব্রাহ্মণশিংন খোঙ্গেল বাংন রামবু আশীর্ব্বাদ তৌখি অতুগ পুং য়েবশিংন তাবদ মুংঙাইরব খোঙ্গোক্ত মঙ্গলগীদমক য়েখি, রামগী থবক্ত মঙ্গল ওইরগনি হায়তুন য়েৎথংব পাম্বোমদ ফ্রং ফ্রং চোংতুন মঙ্গলগী খুদম পীরি তৌইওবসুং অবাংব উশাদ তোংলিব উচেকশিংন অবাংব সুরদা রামগী মগুণ শকখি ॥২৭॥

মতাং অসিদা ভট্টিকাব্যগী অহানব সর্গ লোইরে।

---

# দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ।

বনস্পতীনাং সরসাং নদীনাং
তেজস্বিনাং কান্তিভৃতাং দিশাঞ্চ।
নির্য্যায় তস্যাঃ স পুরঃ সমন্তাৎ
শ্রিয়ং দধানাং শরদং দদর্শ ॥১॥

তরঙ্গসঙ্গাচ্চপলৈঃ পলাশৈ
র্জ্বালাশ্রিয়ং সতিশয়াং দধন্তি।
সধূমদীপ্তাগ্নিরুচীনি রেজু—
স্তাম্রোৎপলান্যাকুলষট্‌পদানি ॥২॥

অন্বয়ানুঃ—সঃ—রামন, তস্যাঃ—মথক্ত হাইব্রব, পুরঃ—কোম্নুংদগী, নির্য্যায়—থোরক্লগ, সমন্তাৎ—মাইকৈ মরিমক্ত লৈরিব, বনস্পতীনাং—উ মঘামগী, সবসাং—পুখ্রীশিংগী, নদীনাং—তুবেনশিংগী, তেজস্বিনাং—থা থবামিচাকশিংগী, কান্তি-ভৃতাং—(নিংথিবব) মঙাল পুবিবশিংগী, দিশাংচ—মাইকৈ-শিংগীসু, শ্রিয়ং—ফজববু, দধানাং—পুরিবশিংগী, শরদং—শরৎকী নিংথিজববু, দদর্শ—উখি ॥১॥

তরঙ্গসঙ্গাৎ—ইথক্ত তিন্নরুবদগী, চপলৈঃ—তমাং তমাংলব, পলাশৈঃ—মনাখিবিক্ল, সাতিশয়াং—থোইদোকপগ লোইনন, জ্বালাশ্রিয়ং—অচাকপ মৈন ফজব মতৌবু, দধন্তি—পুরি, আকুলষট্‌পদানি—যারব থোইমুশিংন, সধূমদীপ্তাগ্নিরুচীনি-মৈখুগ লোইনন চাকলিব মৈন নিংথিজরব, তাম্রোৎপলানি—অঙাংব থম্বালশিংন, রেজু—নিংথিজখি ॥২॥

বিষ্বাগতৈস্তীরবনৈঃ সমৃদ্ধিং
নিজাং বিলোক্যাপহৃতাং পয়োভিঃ
কূলানি সামর্ষতয়েব তেনুঃ
সরোজলক্ষ্মীং স্থলপদ্মহাসৈঃ ॥৩॥

অন্বয়ানুঃ—কূলানি—( পুখ্রী ভুরেনশিংগী ) খোংবানশিংন, নিজা°— মশাগী, সমৃদ্ধিং—ফজব পুন্নমক্, পয়োভিঃ—ঈশিং পুন্নরক, বিষ্বা-গতৈঃ—মমি তারিবশিং অদু, তীরবনৈঃ—মপান্দ হোব উশিংন, অপহৃতাং—(ঈশিংন) হুন্সিব অদু, বিলোক্য—উরগ. সামর্ষতয়া ইব —অশাওবগ লোইনন, স্থলপদ্মহাসৈঃ—লৈকং থম্বালশিংন নোক্লিব অদুন, সরোজলক্ষ্মীং--থম্বালগী মতৌওম ফজববু, তেনুঃ--ফোংদোকখি ॥৩॥

---

মণিপুরী—রামন অযোধ্যা কোম্নুংদগী চৎথোরকপদ মাইকৈ মরিদ লৈরিব উ মন্নাম পুখ্রীমন্নাম ভুরেনচিংব, অদুগ থা থবামিচাক্লচিংব পুন্নমকশিং অসিন, নিংথিরব মঙাল খিবিক লোইনন ছাল্লি। অদুগ শরৎ ঋতুগী নিংথিজব পুন্নমক্ল লৈভেং ওইরব মাইকৈশিংগী ফজব পুন্নমক উখি ।।১।।

ইথক্ল মৈবদ থাংব ওমগ্রদুন থম্বাল মনাশিংন তনিক তনিক্ল হাইরি, ( অদুগী মরক্ল শাংকাইরব থম্বালশিংন থাংওমদে ) য়েংবদ অচাকপ মৈরিওম ফজরি। অদুওবী থম্বাল অদুদ তোঙ্গে নিংদুন পাইরক্লিব খোইমুশিংন নিংব কাইরদুন কোইপাই পাইরি। তৌইওবসুং অঙাংব থম্বালগী মরক্ল অমুব খোইমুন পাইবদ, মৈখুগ লোইনন চাকলিব মৈরীম ফজবওম অঙাংব থম্বালশিংন নিংথিজরি ।।২।।

পুখ্রী অমসুং ভুরেনগী খোংবানশিংন মশাগী ফজব পুন্নমক ঈশিংদ মমি নিংথিন তারি। অদু উরগ বনগী উনচিংব পুন্নমক্ল থনখি, ( ঐখোইগী ফজব পুন্নমক ঈশিংন লোইন ) হুন্দ্রে হায়ন লৈকংথম্বালন

নিশাতুষারৈর্নয়নাম্বুকল্পৈঃ
পত্রান্তপর্য্যাগলদচ্ছবিন্দুঃ।
উপারুরোদেব নদৎপতঙ্গঃ
কুমুদ্বতীং তীরতরুর্দিনাদৌ ॥৪॥
বনানি তোয়ানি চ নেত্রকল্পৈঃ
পুষ্পৈঃ সরোজৈশ্চ নিলীনভৃঙ্গৈঃ।
পরস্পরাং বিস্ময়বন্তি লক্ষ্মী-
মালোকযাঞ্চক্রুরিবাদবেণ ॥৫॥

অন্বয়ানুঃ—দিনাদৌ—অয়ুক্ত, নয়নাম্বুকল্পৈঃ—মিৎকী পীগী মপৈগুম্বব, নিশাতুষারৈঃ — অহিংগী উনশিংন, পত্রান্তপর্য্যাগলদচ্ছবিন্দুঃ — উনা মতোন্দগী নাম্ববক্তুন ঈশিং মতুম মতুম্ন তারি, নদৎপতঙ্গঃ—উচেক-শিংন খোংলি, তীর তরুঃ—মপান্দ হৌব উশিংন, কুমুদ্বতীং—থরো-গীদমক, উপারুরোদ ইব—কপ্পগুম্নি ॥৪॥

বনানি—বনশিংন, তোয়ানি চ—ঈশিংনসু, নিলীনভৃঙ্গৈঃ—খোই-মুশিংন, নেত্রকল্পৈঃ—মিৎক মান্নবব, পুষ্পৈঃ—লৈ ময়াম্ন, সরোজৈশ্চ—থম্বালশিংনসু, পরস্পরাং—মহৈ মহৈ, লক্ষ্মীং—ফজববু, বিস্ময়বন্তি—ঙকৃহল্লি, আদবেণ—কুমৈগুম্ন, মালোকযাঞ্চক্রুরিব—উখি ॥৫॥

---

মণিপুরীঃ— অশাওবগ লোইনন মকা ফন্ন নোক্ল নোক্ল শাংলিব অচুন ঈশিংথম্বালগী মতৌগুম্ন ফজব ফোংদোকলি ॥৩॥

নোংডাল্লক্লবদ অহিংগী উনখিবিক্ল (মুমিৎকী মডাল ফংবদ) লুরব ঈশিংন উনা মথক্কুগী শিন্ধরকতুন মতুম মতুম্ন পীগুম তারি। উচেকশিংন (অহিংগী অমম্ব কোক্লে হায়তুন কবাওন) উথক্ক খোংলি। অতুগ পুন্ত্রী অমসুং তুবেনশিংগী মপান্দ হৌব উ ময়াম্ন থরোগী (মবুংডো থাগ কাইনবগী অবাব অসি খল্লুরগ) খোপ্পেল বাংন কপ্প ওইরি ॥৪॥

প্রভাতবাতাহতিকম্পিতাকৃতিঃ
কুমুদ্বতীরেণুপিশঙ্গবিগ্রহম্ ।
নিরাস ভৃঙ্গং কুপিতেব পদ্মিনী
ন মানিনী সংসহতেঽন্যসঙ্গমম্ ॥৬॥

দত্তাবধানং মধুলেহিগীতৌ
প্রশান্তচেষ্টং হরিণং জিঘাংসুঃ ।
আকর্ণয়ন্নুৎসুকহংসনাদান্
লক্ষ্যে সমাধিং নদধে মৃগাবিৎ ॥৭॥

অন্বায়নুঃ—প্রভাতবাতাহতি—অয়ুকী নুংশিৎন য়েবদ, কম্পিতাকৃতিঃ—তনিক তনিক্লব, পদ্মিনী—থম্বালন, কুপিতেব—শাওবগুম, কুমুদ্বতীবেণুপিশঙ্গবিগ্রহং—থম্নোগ সঙ্গ ওইক্লবদগী লৈরিক পক্লব মূর্তিন ওইব, ভৃঙ্গং—খোইমুন, নিরাস—নিংব কাইখি, মানিনী—মানবতী ওইবী নুপীন, অন্যসঙ্গমম্—(মাগী মবুংঙোন) অন্যসঙ্গম্ ওইক্লবদ, ন সংসহতে—খাংব ঙমদে ॥৬।

মধুলেহগীতৌ—খোইমুন ঙংবগী মখোল, দত্তাবধানং—পুক্নিং চিংশিনগ্রহুন, প্রশান্তচেষ্টং—চেনগে নিংদ্রব, হরিণং—শজিবু, জিঘাংসু—হাৎকে নিংলিব, মৃগাবিৎ—শাদানব অহুন, উৎসুকহংসনাদান্—শান্নব পামলিব কাংঙন খোংব অহু, আকর্ণয়ন্—তাবগ, লক্ষ্যে—[সন্ধান্ থারিব] শজিদ, সমাধিং—পুক্নিংচংব, ন দধে—ঙমখিদে ॥৭॥

---

মণিপুরী—বনশিংন ঈশিং ময়ায় খোইমুশিংন মিৎকী মতোগুম ফজরব লৈ ময়ায়, থম্বালশিংনসু মহে মহে ফজব কয়ামুক ফোংদোক্লহুন কুমৈগুম উহক্লগ ঙকহলখি ॥৫॥

গিরের্নিতম্বে মরুতা বিভিন্নং
তোয়াবশেষেণ হিমাভমভ্রম্ ।
সরিন্মুখাভ্যুচ্চয়মাদধানং
শৈলাধিপস্যানুচকার লক্ষ্মীম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুঃ—গিরেঃ—চীংগী, নিতম্বে—মখ্‌াংদ, ( চীংখাংদ, ) মরুতা—নুংশিৎন, বিভিন্নং—শন্দোকখিবদগী, তোয়াবশেষেণ—লেমহৌব ঈশিং অদুন, হিমাভং—উন ওইদুন, সরিন্মুখা—তুরেন্দ চেম্বরকতুন, অভ্যুচ্চয়ম্—ঈচেন হেনগৎপবু, আদধানং—তৌরিব, অভ্রং—নোংন, শৈলাধিপস্য—হিমালয়গী, লক্ষ্মীং—ফজববু, অনুচ্চকার—তৌখি ]॥৮॥

---

মণিপুরী — অয়ুক্তী নুংশিৎন য়ৈবদ থম্বালন হায়র হায়রদুন অশাওবগুম খাংলিব অদুন খোইমুবু তাম্মোক্লি। [ নংদি অহিংচুপ্প ] থরোগ সঙ্গ ওইরুবগী মূর্ত্তিন [নশাদ লৈতেংলি হায়দুন তোইন তোইন হাইরি] তৌইগুম্বসুং মতম অদুদ থরোগী লৈরিক্ল লৈতেংলব খোইমুন নিংব কাইখি। শাওগনবা মুপীন [ মাগী মবুংঙো অদুন ] অতোপ্প মুপী অমদ সঙ্গম ওইরুরবদ খাংঙমদে। [ হায়বদি য়েংদুন লৈব ঙমদদুন মান কয়া কয়া তৌনরি ॥৬॥

খোইমুন ঙংবগী মখোম্ন পুক্লিং হৱাদুন চেনগে খম্রব শজিবু, হাৎকে নিংলিব শাদানব নিপা অদুন তেঙ্গা খোংদুন লৈরিভৈদ, ঈশিংদ শান্নরিব কাংঙশিংগী মখোল তারগ পুক্লিং হৱাদুন শজিব পুক্লিং লেপ্প ঙমখিদে [ হায়বদি শজিবু কাওখোকখি ॥৭॥

চীংগী ময়াইদ [ চীংখাংদ ] নুংশিৎন হমদুন তোঙান তোঙান শন্দোক্লব, নোংশিং অদুদগী লেমহৌব ঈশিং অদুন উন ওইরগ অমুকসু ঈশিং ওন্দুন তুরেন্দ চেম্বরক্লগ ঈশিংগী ঈচেন হেনগৎহল্লি। অসিগুম্ব নোংগী [মপৈন] হিমালয়গী ফজব হেনগৎখি ॥৮॥

গর্জন্ হরিঃ সাম্ভসি শৈলকুঞ্জে
প্রতিধ্বনীনাত্মকৃতান্নিশম্য।
ক্রমং ববন্ধ ক্রমিতুং সকোপঃ
প্রতর্কয়ন্নন্যমৃগেন্দ্রনাদান্ ॥৯॥

অদৃক্ষতাম্ভাংসি নবোৎপলানি
কৃতানি চাশ্রোষত ষট্পদানাম্।
অঘ্রায়ি যান্ গন্ধবহঃ সুগন্ধ-
স্তেনারবিন্দব্যতিষঙ্গবাংশ্চ ॥১০॥

অন্বয়ান্নুঃ— হরিঃ—নোংশান, সাম্ভসি—ঈশিংগ লোইনরব, শৈল-কুঞ্জে—চীংগী লোক, গর্জন্—হংখি, আত্মকৃতান্—মশান হংজব খোঞ্জেনগী, প্রতিধ্বনীন্—খোম্বাং অহুবু, নিশম্য—তারগ, অন্যমৃ-গেন্দ্রনাদান্—অতোপ্প নোংশাশিংন হংব ওইন, প্রতর্কয়ন্—নিংলহুন, সকোপঃ [সন্]— অশাওবগ লোইনন, ক্রমিতুং - চোংশিনগদৌবগী, ক্রমং -খোং থাংনবগী থৌরাং, ববন্ধ -তৌখি ॥৯॥

তেন- রামন, নবোৎপলানি - অনৌব থম্বালগ লোইনরব, অম্ভাংসি -ঈশিং খিবিকপু, অদৃক্ষত - উখি, ষট্পদানাং -খোইমু-শিংন, কৃতানি - হাংববু, অশ্রোষত - তাখি, যান্ -তপ্প শিংলিব, অরবিন্দব্যতিষঙ্গবান্ - থম্বালগ সম্পর্ক ওইব, সুগন্ধঃ - মুংশিরব মনমবু, গন্ধবহঃ - মুংশিংন ( হয়রকুন ) অঘ্রায়ি—মনম লৌখি ॥১০॥

---

মণিপুরী —নোংশান চীংগী গুহব লোক্ দে হংখি। মতম অহুদ মশান হংখিব অহুগী খোম্বাং অহু তারগ, অতোপ্প নোংশান হংলিবনি নিংহুন অশাওবগ লোইনন চোংশিনগদৌবগী থৌরাং তৌখি ॥৯॥

লতানুপাতং কুসুমান্যগৃহ্ণাৎ
স নদ্যবস্কন্দমুপাস্পৃশচ্চ।
কুতূহলাচ্চারুশিলোপবেশং
কাকুৎস্থ ঈষৎস্ময়মান আস্ত ॥১১॥
তিগ্মাংশুরশ্মিচ্ছুরিতান্যদূরাৎ
প্রাঞ্চি প্রভাতে সলিলান্যপশ্যৎ।
গভস্তিধারাভিরিব দ্রুতানি
তেজাংসি ভানোর্ভুবি সংভৃতানি ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ :—সঃ—মধক্ত হায়রিব, কাকুৎস্থঃ—রামন, কুতূহলাৎ—হরাওবদগী, ঈষৎ স্ময়মানঃ—মোমোন তৌরদুন, লতানুপাতং—উগী থেংনরগ, কুসুমানি—লৈশিংবু, অগৃহ্ণাৎ—হেকখি, নদ্যবস্কন্দম্—তুরেন পুম্নমক্ত কুমথদুন, উপাস্পৃশৎ—আচমন্ তৌখি, চারুশিলোপ বেশং—নিংথিজরব নুং মধক্ত ফমদুন, আস্তচ—লৈখি ॥১১॥

প্রভাতে—অয়ুক্ত, অদূরাৎ—নাপ্তন, প্রাঞ্চি—নোংপোক থংব মাইংগদ, তিগ্মাংশুরশ্মিচ্ছুরিতানি—নুমিৎকী মঙাল মচু শংনব, সলিলনি—ঈশিং ময়াম, গভস্তিধারাভিঃ—মহৌশান ওইরক্লব মঙালশিংন, দ্রুতানি—দ্রবীভূত ওইদুন, ভুবি—পৃথ্বীদ, সংভৃতানি—পৈশিল্লব, ভানোঃ—নুমিৎকী, তেজাংসি ইব—মঙালগুম, অপশ্যৎ—উখি ॥১২॥

---

মণিপুরী— রামন মকাফম শাৎলিব থম্বালগ লোইনরব ঈশিং পুম্নমক উখি। অদুগ খোইমুশিংন ঙংবদু তাখি। থম্বালগী মুংশিরব মনমবু মুংশিংন তপ্প তপ্প হম্নকুন পুরক্লিব অদু তাখি। [মনম্ নমখি] ।১০।

দিগ্ব্যাপিনীর্লোচনলোভনীয়া
মৃজান্বয়াঃ স্নেহমিব স্রবন্তীঃ।
ঋজ্বায়তাঃ শস্যবিশেষপঙ্‌ক্তী
স্তুতোষ পশ্যান্বিতৃণ স্তরালাঃ ॥১৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— [ সঃ – রামন ] দিগ্ব্যাপিনীঃ – মাইগৈশিন থুংলব, লোচনলোভ নীয়াঃ – মিৎন পাম্বব [ য়েংনিংলব ] মৃজান্বয়াঃ – শেংদোকপগ লোইনন. স্নেহং – লংন, স্রবন্তীইব – চৎখিবগুম্নি [ অত্রোৎপ্রেক্ষালঙ্কার ] ঋজ্বায়তাঃ – সরল অমসুং দীর্ঘ ওইন, বিতৃণান্তরালাঃ – মরক্ত নাপী য়াওদন শস্যবিশেষপঙ্‌ক্তীঃ – চীংগুউ পাম্বিনচিংব মহৈ মরোংশিংগী পরেংবু, পশ্যন্ – উরগ, তুতোষ – পেনখি ॥১৩॥

মণিপুরী— মথক্ত হায়রিব ঋতু পুন্নমক্তী ফজব উরগ রামচন্দ্রন পুক্নিং হরাওন মোমোন মোমোন নোক্লদুনা মপান ফজন শাৎলিব উন্নীশিংগী মনাক্ত চংশিন্দুন লৈ হেকখি। তুরেন পুন্নমক্ত কুমথদুন আচমন তোই, অদুগ ফজরব মুংপাক মথক্তসু ফমখি ॥১১॥

রামন অয়ুক্ত অনকপ নোংপোক মাইকৈদ মুমিংকী মঙাম্ন মচু শংলব ঈশিংগী ঈপাক ময়াম উখি। ( মচু উবদ খংখি ) মহৌশান ওইরক্লব মুমিংকী লংলব মঙালন সিম্বরক্‌ুন [ নাম্বরক্‌ুন ] পৃথ্বীদ পৈশিন্দুন লৈরিব পুন্নমক উখি ॥১২॥

রামন, মাইকৈ পুন্নমক্ত শিনব থুংন হৌরিব, হৈ লৈশিংগী পরেং, অমসুং চীংগু উ পাম্বীশিং, অদুগী মরক্ত য়েংশিনবদ ( কনাগুম্বন শেংদোক্‌ুন থম্নবগুম ) ইরং লংন চৎখিবগুম্ন উরি। পরেং চুমন লৈরিব [ হৌরিব ] চীংগু উ পাম্বী, হৈ-লৈশিংগী মরক্ত নাপী য়াওদন তরং তরংন হৌরিবশিং অদু উরগ মিৎকী য়েংনিংব অমসুং পুক্নিংগী অপেনব ওইখি ॥১৩॥

বিয়োগদুঃখানুভবানভিজ্ঞৈঃ
কালে নৃপাংশং বিহিতংদদদ্ভিঃ ।
আহার্য্যশোভারহিতৈরমায়ৈ
রৈক্ষিষ্ট পুংভিঃ প্রচিতান্স গোষ্ঠান্ ॥১৪॥

স্ত্রীভূষণং চেষ্টিতমপ্রগল্ভং
চারূণ্য ক্রাণ্যপি বীক্ষিতানি ।
ঋজুংশ্চ বিশ্বাসকৃতঃ স্বভাবান্
গোপাঙ্গনানাং মুমুদে বিলোর্ক্য ॥১৫॥

অন্বয়ানুঃ—সঃ—রামন, বিয়োগদুঃখানুভবানভিজ্ঞৈঃ—কাইনবগী অবাবদ অনুভব লৈত্রবশিংন, বিহিতং—বেদ শাস্ত্রদ হায়রিব, নৃপাংশং—নিংথৌগী খাজনাবু, কালে—মতমচান, দদদ্ভিঃ—পীরিবশিংন, আহার্য্যশোভারহিতৈঃ—খুৎশেমগী ফজব কুণ্ডলনচিংব খিবিক্ল লৈতেংদ্রবশিংন, অমায়ৈঃ—মায়া যাওদ্রব, পুম্ভিঃ—ষণ্‌শেনব মীশিংন প্রচিতান্—শিন্ থুংন লৈরিব গোষ্টানি—ষণ্‌শেনবুং পুম্নমক, ঐক্ষিষ্ট—য়েংখি ॥১৪॥

(সঃ—রামন) গোপাঙ্গনানাং—গোপ নুপীশিংগী, স্ত্রীভূষণং—নুপীগী লৈতেংগী মশক ওইব, অপ্রগল্ভং—ইকাইখিব, চেষ্টিতং—থোয়মন অবক্রানি অপি—অখোইব য়াওদবনসু, চারূনি—নিংথিরবীশিংবু বীক্ষিতানি—উরগ, বিশ্বাস কৃতঃ—থাজখি, ঋজুন্—চুমব, স্বভাবাংশ্চ পুকচেন বুসু, বিলোক্য—উরগ, মুমুদে—নুংঙাইখি ।১৫।

---

মণিপুরী — মতু মচা কাইনবগী অথাবদ অনুভব লৈত্রবশিংন, ধর্ম্ম শাস্ত্রদ হায়রিব নিংথৌগী খাজনাবু মতম চান চান পীরি। মখোইসিং অতুদি খুৎশেমগী ফজব সনান শাব কুণ্ডলনচিংব খিবিক্লসু লৈতেংদ্রব ষণশেনবশিংন কোইশিন্দুন লৈরিব ষণজাবুং কয়াসু রামন উখি।১৪।

বিবৃত্তপার্শ্বং রুচিরাঙ্গহারং
সমুদ্বহচ্চারুনিতম্বরম্যম্।
আমন্দ্রমন্থধ্বনিদত্ততালং
গোপাঙ্গনানৃত্যমনন্দয়ৎতম্ ॥১৬॥
বিচিত্রমুচ্চৈঃ প্লবমানমারাৎ
কুতূহলং ত্রস্নু ততান তস্য।
মেঘাত্যয়োপাত্তবনোপশোভং
কদম্বকং বাতমজং মৃগাণাম্ ॥১৭॥

অন্বয়ানুবাদঃ— বিবৃত্তপার্শ্বং—নাকয়েৎ অনিদ খোইন চৎপন, রুচি-রাঙ্গহারং—নিংথিজবব হকচাংদ মণি মুক্তাশিংন লৈতেংলবী, সমুদ্ব-হচ্চারুনিতম্বরম্যং—চৎপদ খাংগী ফজব ওইরিবী, আমন্দ্রমন্থধ্বনিদত্ত-তালম্—মন্থন দণ্ড অদুন নৈবদগী খর লুম্ন থোরক্লিব মখোল্ল তাল্ থারদুন, গোপাঙ্গনানৃত্যং—গোপীশিংগী জগোইন, তং—রামবু, অনন্দ য়ৎ—নুংঙাইহনুখি ॥১৬॥

বিচিত্রং—য়েকখোৎলব, আরাৎ— লাপলিদৈদগী, উচ্চৈ কম্ন,— প্লবমানং—চেল্লব, ত্রস্নু—কিগল্লব, মেঘাত্যয়োপাত্তবনোপশোভং — শরৎ লাক্লবদ বন পুম্নমক্কী নিংথিজব ফংবগুম্ন, বাতমজং—নুংশিৎ লোমদ মমাই ওন্দুন চেল্লব, মৃগানাং—শজিশিংগী, কদম্বকং—কাংবু ময়াম্ন, তস্য-রামগী, কুতূহলং—কুমৈবু, ততান—শন্দোকখি ॥১৭

---

মণিপুরী — ইকাইখিবন লৈতেং ওইরিবী গোপীশিংন অখোইব (মিয়েং চুমদব) য়াওদন মখোইগী থোরম পুম্নমক্ক নিংথিজরবীশিংবু উরগ হাংখি। অদুগ মখোইশিংগী ইতিং তিব চুম্নব পুকচেলবু উরগ রামচন্দ্রগী পুক্লিংদ নুংঙাইখি ॥১৫॥

সিতারবিন্দপ্রচয়েষু লীনাঃ
সংসক্তফেনেষু চ সৈকতেষু।
কুন্দাবদাতাঃ কলহংসমালাঃ
প্রতীয়িরে শ্রোত্রসুখৈর্নিনাদৈঃ ॥১৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—সিতারবিন্দপ্রচয়েষু—অঙৌব থম্বাল পুম্নমক্ক, সংসক্তফেনেষু—অঙৌব কোঙ্গোলন কোইশিল্লিব, সৈকতেষু—অঙৌব সেঙোইশিংনসু, লীনা—ঙাক্লি, কুন্দাবদাতাঃ—কুন্দোগুম্ন ঙৌরব, কলহংসমালাঃ—কাংঙগী পরেংশিংন, শ্রোত্রসুখৈঃ—তাবদ নুংঙাইরব, নিনাদৈঃ—খোঞ্জেন পুম্নমক্ক, প্রতীয়িরে—খংখি [তাখি] ॥ ১৮॥

---

মণিপুরী— গোপগী মুপীশিংন ( মাখোনচিংবগী থৌবী পাইদুনা ) নাক য়েৎ অনিদ থেক্ক থেক্ক চৎলি। হকচাংগী লৈতেং মণি মুক্তাশিংন লৈতেংলবীশিংগী শাথেক্ক খুঁদ ইপোম হৌখি। মাখন্‌গী দগু অদুন নৈবদগী খব লুম্ন থোবক্লিব মখোম্ন তাল থাবদুন শাখিব গোপীশিংগী জগোই উৎগ য়ামগী পুক্লিং নুংঙাইহনখি ॥১৬॥

শরৎকী মতমদ মখল মখলগী মচুন লৈতেংলব বন পুম্নমক্কা কজয়ব মতমদ, য়েকখোৎলব [ অবাংব ] শক্তি ময়াম্ন মী লাকপ উবদ নুংশিৎ লোমদ মমাই ওন্দুন চেনখ্রিব শক্তি ময়াম অদু উৎগ, য়ামগী কুমৈ ওইখি।১৭।

অঙৌব থম্বালশিংদ অঙৌব কোঙ্গোন্ পুম্নমক্ক কোইশিল্লি, অদুগী অকোইবদ লৈঙোইশিংনসু অমুক ঙাক্লি। অদুগ কুন্দোগুম্ন ঙৌরব কাংঙগী পরেংন তাবদ নুংঙাইরব খোঞ্জেলন অতৎপ লৈতন খোংলিব অদু য়ামন খংখি (তাখি)।১৮।

ন তজ্জলং যন্ন সুচারুপঙ্কজং
ন পঙ্কজং যদ্‌ যদলীনষট্‌পদম্‌
ন ষট্‌পদোঽসৌ ন জুগুঞ্জ যঃ কলং
ন গুঞ্জিতং তন্ন জহার যন্মনঃ ॥১৯।

তং যাযজূকাঃ সহভিক্ষুমৈথ্যে-
স্তপঃ কৃশাঃ শাস্ত্র্যুদকুম্ভহস্তাঃ।
যাযাবরাঃ পুষ্পফলেন চান্যে
প্রানর্চ্চুরর্চ্চ্যা জগদর্চ্চনীয়ম্‌ ॥২০।

অন্বয়ানুবাদঃ—তৎজলং—অদুগুম ঈশিংন, ন—লৈত্রবদ, যৎ—অদুগুম, সুচারুপঙ্কজং—ফজবব থম্বালন, ন—ওইদে শিংদে তৎ—অদুগুম, পঙ্কজং—থম্বালন, ন, ওইদ্রবদ, যৎ—অদুগুম, অলীনষট্‌পদম্‌—খোইমুন, ন—নওে তোংদে। অসৌ—অদুগুম, ষট্‌পদঃ—খোইমুন, ন—ওইদ্রবদ তোংদ্রবদ যঃকলং—অদুগুম অবাক মধুর ওইব খোম্বাক, ন জুগুঞ্জ—ঙংখিদে, তৎগুঞ্জিতং—ঙংব অদুন, ন—ওইদ্রবদ, যৎমনঃ—অদুগুম পুক্নিংবু, ন জহাব—হুখিদে ।১৯।

তপঃ কৃশাঃ—তপ তৌবদ ময়াং কংলব, যাযজূকাঃ—যজ্ঞ তৌরিব মুনিশিংন, শাস্ত্র্যুদকুম্ভহস্তাঃ—মখুত শান্তিগী চফু পাইদুন, ভিক্ষুমৈথ্যেঃ সহ—লম্বোইবশিংগ লোইনন, গজদর্চ্চনীয়ং—জগৎন পূজা তৌনফম ওইরব, তং—রামবু, প্রানর্চ্চু—পূজা তৌখি, অর্চ্চাঃ—পূজা তৌরিব, অন্যে—অতৈ, যাযবরা—অথোইব মুনশিংন, পুষ্পফলেন—হৈনৈন, প্রানর্চ্চুঃ—পূজা তৌখি ॥২০॥

---

মণিপুরীঃ—ঈশিং লৈতব পুখ্রীদ থম্বাল শাত্তে, থম্বালন শাত্রবদ খোইমুসু ইনদে, খোমুইন তোংদ্রবদ ঙংবসু তাদে, মধুবসুর ন তাদ্রবদ পুক্নিংসু হুখিদে ।১৯।

বিদ্যামথৈনং বিজয়াং জয়াঞ্চ
রক্ষোগণং ক্ষিপ্নুমবিক্ষতাত্মা।
অধ্যাপিপদ্গাধিসুতো যথাবৎ
নিঘাতয়িষ্যন্ যুধি যাতুধানান্ ॥২১॥

আয়োধনে স্থায়ুকমস্ত্রজাত
মমোঘমভ্যর্ণমহাহবায়।
দদৌ বধায় ক্ষণদাচরাণাং
তস্মৈ মুনিঃ শ্রেয়সি জাগরূকঃ।২২।

অন্বয়ানুবাদঃ—অথ – অদুগী তুংদ, অবিক্ষতাত্মা – পুক্নিংদ রাগ দ্বেষ লৈত্রব, গাধিসুতঃ – বিশ্বামিত্রন, যুধি – লানফমদ, যাতুধানান্ – হিংচাব শিংবু, নিঘাতয়িষ্যন্ – হাংদনগে নিংলদুন, রক্ষোগনং – হিংচাবশিংবু, ক্ষিপ্নুং – তকত্থোকে নিংদুন, বিজয়াং – বিজয়া কৌব, জয়াংচ – জয়া কৌবসু, বিদ্যাং – মন্ত্রবু, এনং – রামদ, যথাবৎ – বিধিগা মতুং ইন্ন, অধ্যাপিপৎ – তম্বিখি।২১।

শ্রেয়সি – তথোইব, জাগরূকঃ – তুমদবব, মুনিঃ – মুনিন, অভ্যর্ণমহাহবায় – মনাক্ত থেংনবদে রিব অকনব লানগীদমক, তস্মৈ – রামদ, ক্ষণদাচরাণাং – হিংচাবশিংবু বধায় – হাৎনবগীদমক, আয়োধনে – লানফমদ, স্থায়ুকং – লৈনব, অমোঘং – অমাং অত লৈদ্রব, অস্ত্রজাতং – খুৎলাই কয়ামুক, দদৌ – পীখি।২২।

---

মণিপুরী —তোপ তৌবদ ময়াং কংলব অমসুং যজ্ঞ তৌবন মথৌ ওইরব মুনিশিংন শান্তি চফু পাইদুন লম্বোইবশিংগ লোইনন জগৎন পূজা তৌনফম ওইরিব রাম, লক্ষ্মণ অনিবু পূজা তৌখি। অদুগ অতৈ মুনিশিংন হৈ-লৈ কত্তুন পূজা তৌখি।২০।

তং বিপ্রদর্শং কৃতঘাতযত্না
যান্তং বনে রাত্রিচরী ডুঢৌকে।
জিঘাংসুবেদং ধৃতভাসুরাস্ত্র-
স্তাং তাড়কাখ্যাং নিজঘান রামঃ ॥২৩॥

অথালুলোকে হুতধূমকেতু
শিখাঞ্জনস্নিগ্ধসমৃদ্ধশাখম্।
তপোবনং প্রাধ্যয়নাভিভূত
সমুচ্চরচ্চারুপতত্রিশিঞ্জম্ ॥২৪॥

অন্বয়নুবাদ :—বিপ্রদর্শং—ব্রাহ্মণশিংবু উবগ, কৃতঘাতযত্না—হাৎন-বগী থৌবাং তৌবিবী, বাত্রিচবী—হিংচাবীন, বনে—বনদ, যন্তং—চৎলকপদ, তং—বামবু, ডুঢৌকে—থেংনরবী, তাডকাখ্যাং—তাডকা কৌবী তাং—হিংচাবী অদু, জিঘাংসুবেদং—মবম খংলগ হাৎকে নিংলদুন, ধৃতভাসুবস্ত্রং—অথৌব খুৎলাই পাইবিব, বামঃ—বামন, নিজঘান—হাৎখি ॥২৩॥

---

মণিপুবী—অদুগী তুংদ পুাক্লংদ বাংদ্বেষ লৈএব বিশ্বামিত্র মুনিন হিংচাবশিংবু হাৎহনগে নিংদুন, অমদুং তকথোকহনগে নিংদুন বিজয়া, জয়া কৌব মন্ত্রবু বামদ বিধি কাইদন তম্বিখি ॥২১॥

( অসুম্ন মন্ত্র তম্বীবগ ) অথোইব তুমদবন মরমচৎ ওইরব বিশ্বামিত্র মুনিন মনাক্ত থোকলগদৌবিব অকনব লানগীদমক বামদ হিংচাবশিংবু হাৎনব অমাং অতা নাইদ্রব খুৎলাই কয়মুক পীখি ॥২২॥

ব্রাহ্মণশিংবু উবদ হাৎনবগী থৌবাং তৌরিবী তাডকা কৌবী হিংচাবী অসিন বনদ লাকপদ বামবু থেংনখি। বামনসু মথোইবু হাৎ-কদৌরে হায়ব খংলদুন, অথৌব মগুণ লৈরব তেম্ন হাৎখি ॥২৩॥

ক্ষুদ্রান্ ন জক্ষুর্হরিণান্ মৃগেন্দ্রা
বিশশ্বসে পক্ষিগণৈঃ সমন্তাৎ।
নংনম্যমানাঃ ফলদিৎসযেব
চকাশিরে তত্র লতা বিলোলাঃ ॥২৫।

অন্বয়ানুবাদ—অথ—অদুগী তুংদ রামন, হুতধূমকেতু শিখাঞ্জনস্নিগ্ধসম্-দ্ধশাখম্—লৈন ফজন শাৎলিব উশাশিংদ মহৈন লুমথদুন নোপথরব উগী মশাশিংদ হোম তৌবগী মৈখুগ লোইনরব মৈরিন মৈবদ কালিগুম লংলব, প্রাধ্যয়নাভিভূতসমুচ্চবচ্চারুপতত্রিশিগ্রম্—বেদ পাঠ তৌবগী অরাংব খোনজেলন নিংথিজবব উচেকশিংগী মখোন্দগী হেন্নব তপোবনম্—তপোবনবু, অ লুলে কে—উখি ॥২৪॥

তত্র—বন অদুদ, মৃগেন্দ্রাঃ—নোংশাশিংন, ক্ষুদ্রান্—শিক্লব, হরিনান্—শজিশিংবু, নজক্ষুঃ—চাদে, সমন্তাৎ—মাইকৈ পুম্নমক্ক লৈরিব, পক্ষিগণৈঃ—উচেকশিংন, বিশশ্বসে—(নিংথিন) থাজখি, বিলোলাঃ—চঞ্চল ওইরব, লতাঃ—উবীশিংন, ফলদিৎসয়াইব—মহৈ পীগে হায়বগুম্ন, ননম্যমানাঃ—মহৈন লুমদুন লুকথরিব পুম্নমক্ক, চকাশিরে—নিংথিজখি, ।২৫।

মণিপুরী—অদুগী তুংদ (তাডকা হাৎলবগী তুংদ) রামন, লৈশিংন মকাফম্ন শাৎলিব, মহৈ মম্নাগী অরুম্বন নোপথরব উশাশিংদ হোম তৌবগী মৈপুগ লোইনবব মৈরীন মৈবদ কালিগুম্ন লংলব, বেদ পাঠ তৌবগী অরাংব খোঞ্জেল্ন উচেকশিংগী খোঞ্জেন্দগী হেন্ন মুংশিন্নব তপোবনবু উখি ॥২৪।

মুনিশিংগী তপোবন অদুদ নোংশানচিংব অচৌব জীবন শজি-নচিংব অপিকপ জীববু ফাদুন চাদে। (অমগ অমগ য়েক্লব লৈতন মতম পুম্নদ মুংঙাইন চিংনব লৈতন হিংমিম্নে) মাইকৈ পুম্নমক্ক লৈরিব উচেকশিংনসু অরাব লৈতন হিংখি। চঞ্চল ওইরব উরীশিংন মহৈন লুম-

অপূপুজন্ বিষ্টরপাদ্যমাল্যৈ-
রাতিথ্যনিষ্ণা বনবাসিমুখ্যাঃ।
প্রত্যগ্রহীষ্টাং মধুপর্কমিশ্রং
তাবাসনাদি ক্ষিতিপালপুত্রৌ ১৬।

দৈত্যাভিভূতস্য যুবামবোঢ
মগ্নস্য দোর্ভির্ভুবনস্য ভারম্।
হবীংষি সম্প্রত্যপি রক্ষতং তৌ
তপোধনৈরিত্থমভাষিষাতাম্ ॥২৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—আতিথ্যনিষ্ণা—অতিথিগী সৎকারদ হৈরব, বনবাসিমুখ্যাঃ — মহর্ষিশিংন, বিষ্টরপাদ্যমাল্যৈঃ—অসন, চেং-থোইদিং, লৈ পরেংনচি বন, (রাম লক্ষণ অনিবু) অপূপুজন—পূজা তৌখি, তৌ ক্ষিতিপালপুত্রৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন, মধুপর্কমিশ্রম — শঙ্গোম অফম্ব থী খোইষীগ লোইনরব, আসনাদি—আসনচিংব (পুন্নমক) প্রত্যগ্রহীষ্টাং —লৌখি ॥২৬॥

(হে দাশরথী!) যুবাং—নখোই অনিন, দৈত্যাভিভূতস্য—হিংচাবন নৈহৎপগী [অবাবদ] মগ্নস্য — লুপ্পুনা লৈবব, ভুবনস্য — পৃথ্বীগী, ভারং—অরুম্ববু, দোর্ভিঃ—পাম্বোম খিবিরু, অবোঢং—ফংখি, [কোকপিখি] সম্প্রতি অপি—হৌজিকসু. হবিংষি—যজ্ঞবু, রক্ষিতং—ঙাক্লি, ইথং—অসুম্ন, তৌ—মখোই অনিদ, তপোধনৈঃ—ঋষিশিংন, অভাষিষাতাং - হায়খি ॥২৭॥

---

মণিপুরী — হুন লুকথরক্লিব অহুন (চংজরকপ জীবশিংদ) মহৈ পীগে হায়বগী মতৌওম নিংথিজখি ॥২৫॥

তন্ প্রত্যবাদীদথ রাঘবোঽপি
যথেপ্সিতং প্রস্তুত কর্ম্ম ধর্ম্ম্যম্ ।
তপোমরুদ্ভির্ভবতাং শরাগ্নিঃ
সন্ধুক্ষ্যতাং নেঽরিসমিন্ধনেষু ॥২৮॥
প্রতুষ্টুবুঃ কর্ম্ম ততঃ প্রকৃপ্তে
স্তে যজ্বিয়ৈস্ত্রৈর্ব্যগণৈর্যথাবৎ ।

অন্বয়ানুবাদঃ—অথ—অদুগী তুংদ, রাঘবঃ অপি—রামচন্দ্রনসু, তান্—ঋষিশিংদ, প্রত্যবাদীৎ—হায়খি, [ হে তপোধনাঃ—হে ঋষিশা ! ] ধর্ম্ম্যং—ধর্ম্মগী ওইব, কর্ম্ম—যজ্ঞবু, যথেপ্সিতং—নমিং তৌন, প্রস্তুত—হোয়রো, ভবতাং—নখোইগী, তপোমরুদ্ভিঃ—তোপন নুংশিৎ ওইদুন, ন—ঐখোইগী, শরাগ্নিঃ—তেনগী মৈন, অরিসমিন্ধনেষু—শীংগী মশক ওইবব য়েক্লববু, সংধুক্ষ্যতাং—চাকহল্লগনি ॥২৮॥

---

মণিপুরী—অতিথিগী থবক্ত হৈরব ঋষিশিংন আসন, চে·-খোইদিং লৈ পবেংনচিংবন রাম লক্ষ্মণ অনিবু পূজা তৌখি। মখোই অনিন সু মুনিন পীব পূজাগী উপহার পুম্নমক ( হরাও হৰাওন ) লৌখি ॥২৬॥

ঋষিশিংন হায়খি হে রাম লক্ষ্মণ। নখোই অনিন হিংচাবশিংগী ভাবন পুপ্তুন লৈবব পৃথিবীগী তরুব কয়া কয়া নখোইগী পাম্বোমন ঙাকপিশ্রবনি, হৌজিকসু ঐখোইগী যজ্ঞ ঙাকপিরি, অসুম স্তুতিগী বাহৈ কয়া হায়খি ॥২৭॥

অদুগী তুংদ রামন মুনিশিংদ হায়খি। হে তপোধনাঃ। ধর্ম্মগী ওইব যজ্ঞ অসিদ চিংনব লৈতন হোৗগৎলো, নখোইগী তপস্যা অদুন নুংশিৎ ওইরগ ঐখোইগী তেনগী মৈ অসিন অকংব শীংগী মশক ওইব য়েক্লবশিং অদু লোইন চাকথেকতুন মাংহল্লগনি ॥২৮॥

দক্ষিণ্যদিষ্টং কৃতমার্ত্বিজীনৈ-
স্তদ্যাতুধানৈশ্চিচ্চিতে প্রসর্প্যৎ ॥২৯॥
আপিঙ্গরূক্ষোর্দ্ধশিরস্যবালৈঃ
শিরালজঙ্ঘৈর্গিরিকূটদঘ্নৈঃ।
তঃ ক্ষপাটৈঃ পৃথুপিঙ্গলাক্ষৈঃ
খং প্রাবৃষেণ্যৈরিব চানশেহব্দৈঃ ॥৩০॥

অন্বয়ানুবাদ :—ততঃ—অতুগী তুংদ, তে—মুনিশিংন, পঙ্‌ক্তৈঃ—নিংথিন শেয়ব, যজ্ঞিয়ৈঃ—যজ্ঞগী ওইব, দ্রব্যগণৈঃ—পোৎ পুয়মক্ন, যথাবৎ—বিধিকাইদন, কর্ম্ম—যজ্ঞন, প্রতুস্টুবু—হোৌগৎখ্রে, দক্ষিণ্যদিষ্ট—দক্ষিণা তৌরব, আর্ত্বিজীনৈঃ—ব্রহ্মনশিংন, কৃতম্—তাকপ মতুং ইন্ন, প্রসর্প্যৎ—চৎখ্রিব (হোৌগৎখ্রিব) তৎ—যজ্ঞ অতুবু, যাতুধানৈঃ—হিংচাবশিংন, চিচেত—খংখি ॥২৯॥

ততঃ—অতুগী তুংদ, আপিঙ্গরুক্ষোশিরস্যবালৈ—ঙাংলৈনব শমন চপ চপ য়ুংলব, শিরালজঙ্ঘৈঃ—মকৈগলদ শিংলি মক্ত কারব, গিরিকূটদঘ্নৈঃ—চীংগুম্ন থাংলব, পৃথুপিঙ্গলাক্ষৈঃ—অঙাংব মিৎন লাওয়ব, ক্ষপাটৈঃ—হিংচাবশিংন, প্রাবৃষেণ্যোঃ—বর্ষাগী মতমদ মংব, অব্দৈঃ ইব—নোংগুম, খং—আকাশদ, আনশেচ—শিনব থুংখি ॥৩০॥

---

মণিপুরীঃ—অতুগী তুংদ মুনিশিংন নিংথিন শেয়ব যজ্ঞগী ওইব পোৎলম খিবিক্ন বিধিকাইদন যজ্ঞ কর্ম্মদ হোৌগৎখয়ে। দক্ষিণা তৌয়ব ব্রাহ্মণশিংন তাকপ বিধি মতুং ইন্ন হোৌগৎখিব যজ্ঞ অতু হিংচাবশিংন (যজ্ঞ হোৌগৎখ্রে হায়ব) খংখি ।২৯।

অতুগী তুংদ ঙাংলৈনরব শমশিংন চপ চপ য়ুংলব কৈগন্দ শিংলিমক্ত কারব চীংগুম্ন থাংলব, অয়াওব মমিৎন ঙাংলব, য়ুতক য়ুয়ব হিংচাবশিংন বর্ষাগী মতমদ মংব নোংগুম আকশদ শিনব থুংন লৈখে ।৩০।

অধিজ্যচাপঃ স্থিরবাহুমুষ্টি-
রুদঞ্চিতাক্ষোঽঞ্চিতদক্ষিণোরুঃ।
তান্ লক্ষ্মণঃ সন্নতবামজঙ্ঘো
জঘান শুদ্ধেষুরমন্দকর্ষী ॥৩১॥

গাধেয়দিষ্টং বিরসং রসন্তং
রামোঽপি মায়াচণমস্ত্রচুঞ্চুঃ।
স্থাস্নুং রণে স্মেরমুখো জগাদ
মারীচমুচ্চৈর্বচনং মহার্থম্ ॥৩১॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অধিজ্যচাপঃ—লীরী চন্নব লীরু'বু, স্থিরবাহুমুষ্টিঃ—খুহুম্ চেৎন পাইহুন, উদঞ্চিতাক্ষঃ—মিৎন মথকলোমদ য়েংলহুন, অঞ্চিত-দক্ষিণোরুঃ—য়েৎথংব খোংন ভুংথংলগ খয় কোন্শিন্লহুন, সন্নত-বামজঙ্ঘঃ—ওইথংব খোংন মাং থারগ খয় ভিংথোক্লহুন, শুদ্ধেষুঃ—অমাং অতা লৈত্রব তেন্ন, অমন্দকর্ষীং—(তেঙ্গা থোংলগ) কয় চিং-লহুন, লক্ষ্মণঃ—লক্ষ্মণন, তান্—হিংচাবশিংবু, জঘান—হাৎখি ॥৩১॥

অস্ত্রচুঞ্চুঃ—থুংলাইদ হৈশিংলব, অপিঃ—রাম রামনসু, স্মেরমুখং মোমোন নোক্লহুন, গাধেয়দিষ্টং—বিশ্বামিত্রন তাক্লকপ, বিরসং—নাকোং কাইগদবগুম, রসন্তং—ঙংলহুন, মায়াচনং—মায়াগী, রণে—লানফমদ, স্থাস্নুং—লৈরিব, মারীচং—মারীচদ, মহার্থম্—অর্থ লৈরব, বচনং—বাহৈ কয়ামুক, উচ্চৈঃ—খোঙ্গেন বাংন, জগাদ—হায়খি ॥৩২॥

---

মণিপুরী—লীরী চন্নব লীরুং থুহুম চেৎন পাইহুন খোং য়েৎন ভুংথংলগ খয় কোন্শিনলহুন, ওইথংব খোংন মাংথারগ কোন্নপ লৈরগ (হকচাংন চেপ্পপ তৌহুন) মিৎন মথকলোমদ য়েংখৎলহুন, অমাং অতা নাইত্রব তেন্ন তেঙ্গা থোংলগ লীরী নাখোং য়ৌন চিংহুন অকাশদ পাইরিব হিংচাবশিং অহু লক্ষ্মণন হাৎখি।৩১।

আত্মম্ভরিস্ত্বং পিশিতৈর্নরাণাং
ফলেগ্রহীন্ হংসি বনস্পতীনাম্ ।
শৌবস্তিকত্বং বিভবা ন যেষাং
ব্রজন্তি তেষাং দয়সে ন কস্মাৎ ॥৩৩॥

অদ্যা দ্বিজান্ দেবযজীন নিহন্মঃ
কুর্ম্মঃ পুরং প্রেতনরাধিবাসম্ ।
ধর্ম্মোহ্যয়ং দাশরথে নিজো নো
নৈবাধ্যকারিষ্মহি বেদবৃত্তে ॥৩৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে পাপিষ্ঠ—হেপাপ চেনব।) নরানাং—মীশিংগী, পিশিতৈঃ—মাংসন, আত্মম্ভরিঃ—নবুক থম্ন চারিব, ত্বং—নংন, বনস্পতীনাং—উশিংগী, ফলেগ্রহীন্—মহৈত চাহুন হিংলিব মুনিশিংবু, হংসি—হাৎলি, যেষাং—মুনিশিংগী, বিভবাঃ—সম্পৎন্ শৌবস্তিকত্বং—হয়েংগি শরুক, ন ব্রজন্তি—চত্তে (থমদে) তেষাং—মুনিশিংবু, কস্মাৎ—কবি গীদমক, ন দয়সে—থৌজানবিস্ত্রিবনো ? ॥৩৩॥

মারীচঃ উবাচ — মারীচন হায়খি) হে দাশরথে — হে রাম। দ্বিজান্—ব্রাহ্মণশিংবু, অদ্যঃ—চারি, নিহন্মিঃ—হাৎলি, পুরং—শহবদন, প্রেতনরাধিবাসং — অশিবমীশিংগী য়ুম্ফমবু, কুর্ম্মঃ — তৌরি, অয়ং — অসিন, ন—ঐখোইগী — নিজধর্ম্মঃ—ইশাগী ধর্ম্মনি, হি—লেপ্লমক, বেদবৃত্তে—বেদবিধিদি, ন অধ্যকারি ষ্মহিএব—ইথৌনত্তে ॥৩৪॥

---

মনিপুরী—খুৎত খুৎলাইদ হৈরব রামনসু বিশ্বামিত্রন তাক্লকপ মায়াগী লানফমদ, নাকোং কাইগদবগুম্ন ঙংলহুন লৈম্নিব মারীচদ নিংখিরব অর্থ লৈরব বাহৈ কয়ামুক মোমোন নোক্লহুন খোঞ্জেন বাংন হায়খি ॥৩২॥

ধর্ম্মোঽস্তি সত্যং তব রাক্ষসায়
মন্যো ব্যতিস্তে তু মযাপি ধর্ম্মঃ।
ব্রহ্মদ্বিষস্তে প্রণিহন্মি যেন
রাজন্যবৃত্তির্ধৃতকার্ম্মুকেষুঃ ॥৩৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—( রামঃ—রামন, অবদৎ—হায়খি ) হেরাক্ষস—হে হিংচাব অয়ং—মথক্ত হায়বিব অসিন, তব—নংগী, সত্যং—অশেংব, ধর্ম্মঃ অস্তি ধর্ম্ম ওইবি. তু—তৌইগুমসুং, মমঅপি—ঐগীসু, অন্যঃ ধর্ম্মঃ—অতোপ্প ধর্ম্ম ব্যতিস্তে—লৈরি, যেন ধর্ম্মঃ—অদুগুম ধর্ম্ম অদুন. রাজন্য বৃত্তিঃ—নিংথৌমচা ঐখোয়গী ইথৌন, ধৃতকার্ম্মুকেষুঃ—লীক্কং পাইদুন, ব্রহ্মদ্বিষঃ — ব্রাহ্মণগী য়েক্কব ওইব, তে — মখোইশিং অদু, প্রনিহন্মি হাৎলি ॥৩৫॥

মণিপুরী —হে পাপ্চেনব। নংদি মীশিংগী মশাদ চাদুন নবুক থল্লি। নংন বনগী উহৈশিংত চাদুন হিংলিব মুনিশিংবু হাৎলি। মখোইগী মবল মথুম রাম্ন লৈবসু নত্তে, অদুগ মখোইদি হয়েংগী শরুক ফাওব থাকত্রব মুনিশিংবু করিগীদমক নংন মুংশিন্দ্রিবনো? ॥৩৩॥

( রামগী বাহৈশিং অসি তাবগ ) মারীচন হায়খি, হে দশরথগী মচা রাম! হিংচাব ঐখোইদি ব্রাহ্মণশিংবু চারি অমসুং হাৎলি, অদুগ শহরগী মফম পুন্নমক্তন অশিব মিপুন্নমক্তা য়োংফম ওইহল্লি, হায়রিব মরমশিং অসি হিংচাব ঐগী ধর্ম্মনি, অদুগ বেদদ হায়রিব বিধিপুন্নমক অসিদি হিংচাব ঐখোইগী ইথৌ নত্তে ॥৩৪॥

রামন হায়খি হেমারীচ! মথক্ত হায়রিবশিং অসিন নখোইগী অশেংব ধর্ম্ম ওইরবদি, ঐগীসু অতোপ্প ধর্ম্ম কয়ামুক লৈরি, অদুগুম ধর্ম্ম অদুন নিংথৌ মচা ঐখোইন ধুত্ত লীক্কং পাইদুন ব্রাহ্মণশিংগী য়েক্কব· ওইব মখোইশিং অদু হাৎলিবনি ॥৩৫॥

ইত্থং প্রবাদং যুধি সম্প্রহারং
প্রচক্রতূ রামনিশাবিহারৌ।
তৃণায় মত্বা রঘুনন্দনোঽথ
বাণেন রক্ষঃ প্রধনান্নিরাস্থৎ ॥৩৬॥

জগ্মুঃ প্রসাদং দ্বিজমানসানি
দ্যোর্বর্ষুকা পুষ্পচয়ং বভূব।
নির্ব্যাজমিজ্যা ববৃতে বচশ্চ
ভূয়ো বভাষে মুনিনা কুমারঃ ।৩৭।

অন্বয়ানুবাদঃ— রামনিশাবিহংগ্রৌ — রামগ হিংচাবগ অনিগী, যুধি—লান্দ, ইত্থং—অসুম, প্রবাদং—বাক্য যুদ্ধ তৌরগ, সম্প্রহারং—থুংলাইগী লালবু, প্রচক্রতুঃ — তৌখি, অথ—অতুগী তুংদ, রঘুনন্দনঃ — রামচন্দ্রন রক্ষঃ—হিংচাববু, তৃণায় মত্বা—নাপীগুম লিংলদুন, বাণেন—তেন্ন, প্রধনাৎ লানফমদগী, নিরাস্থৎ—তকথোকখি ।৩৬।

দ্বিজমানসানি—ব্রাহ্মণশিংগী পুক্কিংদ, প্রসাদং—অপেনববু, জগ্মুঃ—ওইখি, দ্যোঃ—অকাশদগী, পুষ্পচয়ং — লৈগীমপৈন, বর্ষুকা বভূব—নোংগুম চুথখি, ইজ্যা—যজ্ঞন, নির্ব্যাজং—উপদ্রব লৈতন, ববৃতে—তৌখি মুনিনা—বিশ্বামিত্রন, কুমারঃ—রামবু, ভূয়ঃ—অমুক হন্ন, বচশ্চ—বাবুসু, বভাষে—হায়খি ।৩৭।

---

মণিপুরী—রামগ মারীচগ অনিগী লানফমদ অহানবদ বাক্য যুদ্ধ তৌনরগ, মতুংদ থুংলাইগী লান হৌখি। রামন মারীচবু নাপীগুম নিংলরদুন তেন্তন কাগ্নুন তাদ্বোকখি। ॥৩৬॥

মহীয্যমানা ভবতাতিমাত্রং
সুরাধ্বরে ঘস্মরজিদ্বরেণ
দিবোঽপি বজ্রায়ুধভূষণায়া
হ্রিণীয়তে বীরবতী ন ভূমিঃ ।৩৮।
বলির্ববন্ধে জলধির্মমন্থে
জহ্রেঽমৃতং দৈত্যকুলং বিজিগ্যে ।
কল্পান্তদুঃস্থা বসুধা তথোহে
যেনৈষ ভারোঽতিগুরুর্ন তস্য ।৩৯।

অন্বয়ানুবাদ :—সুরাধ্বরে—লাইগী ওইব যজ্ঞদ, ঘস্মরজিদ্বরেণ—হিংচাবশিংবু গুম্বন, ভবতা—নংন, অতিমাত্রং—থোইদোক্ন, মহীয্যমানা—পূজা তৌনরগনি, বীরবতী—অকনব পোকপী, ভূমিঃ—পৃথ্বীদ, বজ্রায়ুধভূষণায়া—বজ্রন থুং লাইওইন লৈতেংলিব, দিবঃ অপি—স্বর্গদগীসু, নহ্রীয়তে—ইকাইব লৈতে ।৩৮।

---

মণিপুরী—অহুগী তুংদ ব্রহ্মণশিংগী পুক্নিংদ অপেনব ওইখি। অকাশদগী দেব সভা ময়াম পেনশ্রহুন লৈগী মপৈ মপৈন নোংচুবগুম চাইথখি। মতম অহুদ হিংচাবশিংগী য়েথাইব লৈতন যজ্ঞ তৌখি। বিশ্বামিত্র মুনিন রামদ অমুক হয় যা কয়ামুক হায়খি ।৩৭।

হে দাশরথে। লাইগী পেন্নব তৌব যজ্ঞদ হিংচাবশিংবু নহাক্ন গুমলে, অহুন হৌজিক মরোল অহম অসিদ থোইদোক হেন্দোক্ন পূজা তৌরগনি, নহাক্ন পৃথ্বী অসিদ অবতার তৌবদগী পৃথ্বী অসিসু অকনব পোকপী ওইরে। বজ্রন থুংলাই ওইন পাইহুন অমরাবতীবু ঙাক্নিব অহুৎদগীসু ইকাইদে ।৩৮।

ইতিক্রুবাণো মধুরং হিতঞ্চ
তমাশ্লিষ্যন্মৈথিলযজ্ঞভূমিম্ ।
রামং মুনিঃ প্রীতমন মখান্তে
যশাংসি রাজ্ঞাং নিজিঘৃক্ষয়িষ্যন্ ।৪০।

অন্বয়ানুবাদঃ--হেরাম--হেরামচন্দ্র ! যেন—নহাক্, বলিঃ—বিরোচনগী মচা বলিবু ববন্ধে—পুনখি, জলধিঃ—সমুদ্রবু, মমন্থে—নৈখি, অমৃতং—অমৃতবু, জহে ـ হুখি, দৈত্যকুলং—হিংচাব পুম্নমকপু, বিজিগ্যে—জয় তৌখি, তথা অমদি কল্পান্তদুঃস্থা---প্রলয়গী মতমদ অবাব তাববী, বসুধা---পৃথীবু, উদ্দে ---লৌখৎখি, তস্য---নহাকী, এষ --অসিগুম ( যজ্ঞ ঙাকপগী ) ভারঃ—ভারন অতিগুরুঃ ন—অচৌব থবক নত্তে ।৩৯।

ইতি---অসুম, মধুরং—লিংখিজরব, হিতংচ---অফব বাহৈ কয়াসু, ক্রুবাণঃ---হায়রগ, মুনিঃ—বিশ্বামিত্র মুনিন, মখান্তে—যজ্ঞ লোইরবদ, প্রীতমনাঃ—পুক্লিংদ পেল্লহুন, রাজ্ঞাং—নিংথৌশিংগী যশাংসি—মিংচৎখিবিকপু, নিজিঘৃক্ষয়িষ্যন্—তকথোক্তে হায়ন নিংহুন, ( মাংহনগে হায়ননিংহুন ) তং—মথক্ত হায়রিব, রামং—রামবু, মৈথিলা যজ্ঞভূমিম্—মিথিলা দেশগী যজ্ঞ তৌফমদ, আশ্লিষ্যৎ—চৎখি ।৪০।

---

মণিপুরী — বিশ্বামিত্র মুনিন হায়খি, হেরামচন্দ্র ! নহাক্ ( বামন অবতার তৌদুন ) বিরোচনগী মচা বলিবু পুনখি। অদুগ ( থেন্তুগী মূর্ত্তি ওইন অবতার তৌবিদুন ) সমুদ্রবু নৈখি। ( সমুদ্র নৈবদগী কংলকপ অমৃত চক্ অদু ) হুখি। হিংচাবগী .শাগৈ পুম্নমক জয় তৌখি। (হায়বদি মোহিনীগী মশক ওইবী নুপীগী শকতম লৌদুন তমহংখি ) অমন মহাপ্রলয়গী ঈশিংদ নুপ্ন অবাব তায়বী পৃথীবু ( বরাহ অবতার তৌবিদুন লৌথংপিখি। অসিগুম ভারমথায অসি মেংলুরবগী হন্দকী যজ্ঞ ঙাকপ আদদি অচৌব থবক নত্তে ।৩৯।

ইতঃস্ম মিত্রাবরুণৌ কিমেতৌ
কিমশ্বিনৌ সোমরসং পিপাসূ ।
জনঃ সমস্তঃ জনকাশ্রমস্থং
রূপেণ তাবৌজিহতাং নৃসিংহৌ ।৪১।
অভিগ্রহস্তং জনকো ধনুস্ত
দ্যেনাদিদদ্ দৈত্যপুরং পিনাকী ।
জিজ্ঞাসমানো বলমস্য বাহ্বো-
র্হসন্নভাঙ্ ক্ষীত্রঘুনন্দনস্তৎ ।৪২।

অন্বয়ানুবাদঃ—সোমরসং—সোমরসবু পিপাসু—থক্কে, হায়ন নিংঙ্গুন, মি-ত্রাবরুণৌ—মিত্রাবরুণ কৌব লাই অনিন, ইতঃস্ম কিম্—লাক্লবর, নত্রগ অশ্বিনৌ—অশ্বিনীকুমার অনিন, এতৌ কিম্ লাক্লবর, ( ইতি—অসুম্ন ) তৌ—মথক হায়খ্রিব, নৃসিংহৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন, রূপেন—নিংথিজব অঙ্গুন মরম ওইঙ্গুন, জনকা শ্রমস্থং—জনকনিংথৌগী আশ্রমদ লৈরিব, সমস্তম্—অয়াম্ন, জনম্—মিপুম্নমক্ল, ঔজিহতাম্—থম্নখি ।৪১।

মণিপুরী—অসুম্ন নিংথিজরব বাহৈ কয়ান স্তভি তৌরগ বিশ্বামিত্র মুনিন যজ্ঞ কর্ম্মন সাদ ওইরবদ, পুক্লিংদ পেনগ্রঙ্গুন ( রামগী মিংচৎ হেজংহনুগে) নিংথৌ মচাশিংগী মিংচৎ নমথগে অমসুং তকথোক্কে নিংঙ্গুন মিথিলা দেশগী যজ্ঞভূমিদ ( হরধনু থুদেক্লব ] মুমিন রাম লক্ষ্মণবু পুঙ্গুন চৎখি ।৪০।

সোমরসবু থক্কে নিংঙ্গুন মুমিংক বরুণগ লাই অনিন লাক্লিবরা? নত্রগ অশ্বিনীকুমার অনিন লাক্লবরা? অসুম্ন, মথক হায়ম্নিব রাম লক্ষ্মণ অনিন বিশ্বামিত্র মুনিগ লো`-- লাকপদ জনক নিংথৌগী আশ্রমদ লৈরিব মী পুম্নমক্ল থম্নখি ।৪১

ততো নদীস্থানৃপথিকানৃগিরিজ্ঞা
নাহ্বায়কানৃভূমিপতেরয়োধ্যাম্ ।
দিৎসুঃ সুতাং যোধহরৈস্তুরঙ্গৈ-
র্বাসর্জয়ন্মৈথিলমর্ত্যমুখ্যঃ ॥৪৩॥

*পদ্মানুবাদ—জনকঃ—জনক নিংথৌন অস্য—রামগী, বাহুৈঃ পাম্বোম অর্নগী, বলং—পাঙ্গলবু, জিজ্ঞাসমানঃ—খংগে নিংদুন, তং—রামবু তৎ—অতুত্তম প্রসিদ্ধ ওইবগ, ধনুঃ—লীরুবু, অভিগ্রহৎ—লৌহনখি, তেন—লীরুং অসিন, পিনাকী—মহাদেবন, দৈত্যপুরং—হিংচাবগী কোন্নুংবু, অদহৎ—নৈহৎখি, রঘুনন্দনঃ—বামচন্দন, হসন্—নোক্ল নোক্ল, তৎ—লীরুং অদু, অভাঙক্ষীৎ—থুদেকখি ।৪২॥

ততঃ—লীরুং থুদেক্লবগী তুংদ, সুতাং—সীতাবু, দিৎসুঃ—পীগে নিংলদুন, মৈথিলমর্ত্যমুখ্যঃ—মিথিলা দেশগী অথোইব জনকন, নদীস্থান্—ইবোইবদ হৈবব, পথিকান্—লম্বী চৎপদ হৈবব [লম্বী খংলব] গিরিজ্ঞান্—চীংকাবদ হৈববশিংন, ভূমিপতেঃ—দশরথবু, আহ্বায়কান্—কৌরুনব দূতশিংন, যোধহরৈঃ—লান্মীশিং বাংহন ওইবব, তুরঙ্গৈঃ—শগোলশিংবু তোংদুন অযোধ্যাদ, ব্যসর্জয়ৎ—থাখি ।৪৩।

---

মণিপুরী—অসুম্ন বাম লক্ষ্ম অনিন খৌবক্লবদ, জনক নিংথৌন, রামগী পাম্বোগী পাঙ্গল খংনিংলদুন মবোন অহুমদ ফাওবব লীরুং অদু লৌহনখি । লীরুং অসি মহাদেবন পাইদুন হিংচাবগী কোন্নুংবু নৈহৎপ্রব লীরুংবু নোক্ল নোক্ল [ ইবাই লাইন ] থুদেকখি ।৪২।

লীরুং থুদেক্লবগী তুংদ সতীবু পুহোংলগে নিংলদুন মিথিলা দেশগী অথোইব জনক নিংথৌন, ইবোইব হৈরব লম্বী খংলব চীংকাব হৈরব মীশিং খল্লদুন, দশরথ নিংথৌবু কৌরুনব শগোল তোংদুন, পাওপুব দূতশিংবু অযোধ্যাদ চৎহল্লখি ।৪৩।

ক্ষিপ্রং ততোঽধ্বন্যতুরঙ্গযায়ী
যবিষ্ঠবন্ধুর্বৃদ্ধতমোঽপি রাজা
আখ্যায়কেভ্যঃ শ্রুতসূনুবৃত্তি
রগ্লানযানো মিথিলামগচ্ছৎ ॥৪৪॥
বৃন্দিষ্ঠমার্চীৎ বসুধাধিপানাং
তং প্রেষ্ঠমেতং গুরুবৎ গরিষ্ঠম্ ।
সদৃঙ্ মহান্তং সুকৃতাধিবাসং
বংহিষ্ঠকীর্ত্তির্যশসা বরিষ্ঠম্ ॥৪৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ততঃ—অদুগী তুংদ, রাজা — দশরথন, আখ্যায়কেভ্যঃ —পাও পুরক্লিবশিংন [ তমদুনা ] শ্রুতসূনুবৃত্তিঃ—রামগী বৃত্তি পুম্নমক তাবগ, বৃদ্ধতমঃ অপি—অহল ওইররসু, যবিষ্ঠবৎ—পাখংগী মতোগুম, অধ্বন্যতুরঙ্গযায়ী—থুনা চৎনবগী শগোল তোংলদুনা, অগ্লানযানঃ [সন্] অবাব লৈতনা, ক্ষিপ্রং — থুনা, মিথিলামগচ্ছৎ — মিথিলা কোম্বুংদ চৎখি ।৪৪।

সদৃক্ বংহিষ্ঠকীর্ত্তিঃ—[ দশরথগ ] মান্নবা মান্নমিংচৎ লৈরব, [ সঃ —জনকনিংথৌনা ] বসুধাধিপানাং—নিংথৌশিংগী মরক্তগী, বৃন্দিষ্ঠং—অথোইব, প্রেষ্ঠং—চান্নরব, গুরুবৎ—গুরুগুম, গরিষ্ঠং— নিংথিনা পূজা তৌনরব, মহান্তং—মতিক মগুণ লৈরব, সুকৃতাধিবাসং—ধর্ম্মগী তুংনফম ওইরব, যশসা—মিংচৎনা, বরিষ্ঠম্—অথোইব ওইরব, এতং—লাক্লিব, তং—দশরথবু, আর্চীৎ—পূজা তৌখি ॥৪৫॥

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদ দশরথ নিংথৌনা পাও পুরক্লিবশিংদগী ( রামনা হরধনু থুদেকপগী ) পাও পুম্নমক তারগ, থুনরোনবগীদমক শগোল তোংদুনা, অহল ওইররসু পাখংগী মতে গুম অবাব লৈতনা মিথিলা কোম্বুং যৌনবা চৎখি ॥৪৪॥

ত্রিবর্গপারীণমসৌ ভবন্ত-
মধ্যাসয়ন্নাসনমেকমিন্দ্রঃ।
বিবেক দৃশ্বত্বমগাৎ সুরাণাং
তং মৈথিলো বাক্যমিদং বভাষে ৪৬
হিরন্ময়ী শাললতেব জঙ্গমা
চ্যুতা দিবঃ স্থাস্নুরিবাচিরপ্রভা।
শশাঙ্ককান্তেরধিদেবতাকৃতিঃ
সুতা দদে তস্য সুতায় মৈথিলী ৪৭

অন্বয়ানুবাদঃ---মৈথিলঃ—জনক নিংথৌন, তং (দশরথং) দশরথদ, ইদং বক্ষমাণং বাক্যং—হায়রক্বাদৌরিব বাহৈশিং অসি, বভাষে — হায়খি, অসৌ ইন্দ্রঃ—বিপকৃস্টস্থঃ ওইরব ইন্দ্রন, ত্রিবর্গপারীণং—ধর্ম্ম অর্থ-কামগী চিংব পূম্নমকপু জয় তৌবব, ভবন্তং — নহাক্পু, আসনং — আসন অমদ, অধ্যাসয়ন্—ফমিন্নহন, সুরাণাং—লাইশিং গী, বিবেকদৃশ্বত্ব —জ্ঞান ফংব মতৌবু, অগাৎ—ওইখি।৪৬।

---

মণিপুরী—দশরথগ মান্নন মিংচৎলব জনক নিংথৌন, নিংথৌশিংগী মবক্তগী অথোইব মায় চান্নবসু ওইরব, গুরুগুম নিংখিন পূজা তৌনরব মতিক মগুণ লৈরব অমসুং পুণ্য চেন্নব মি চৎ লৈবখিবিক্তৌ মবক্তগী অথোইব ওইহন লাক্লিব দশরথ নিংথৌবু পূজা তৌখি।৪০।

হেমহী পন্তে। নহাক্ত ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, ত্রিবর্গ অহম অসিগী সাধনাবু সুন্ন থংহন জয় তৌব ওম্নি। সুররাজ ইন্দ্রন নহাকপু আসন অমদ ফমিন্নরগ সম্মান্ ফংহন লাইশিংগী মবক্ত গুণগ্রাহী ওই হায়হন ফাওব্রব নহাক্লি। অসুম্ন জনকনিংথৌন দশরথ নিংথৌদ বাহৈশিং অসি হায়খি।৪৬।

লব্ধা ততস্তা বিশ্বজনীনবৃত্তি-
স্তামাত্মনীনামুদবোঢ়রামঃ।
সদ্রত্নমুক্তাফলভর্ম্মভূষাং
সংবর্হয়ন্তীং বনুরাগ্যলক্ষ্মীম ।৪৮।

অন্বয়ানুবাদঃ---হিরন্ময়ী—সনাগী মচুমালবী, জঙ্গম—কোইচৎ চৎলিবী, শাললতা ইব—শালবৃক্ষদ য়েংলিব উলীগুল্লবী, দিবঃ—অকাশদগী, চ্যুতা—ন স্ফুরক্রগ স্থাস্নুঃ—লেংদ্রব, অচিরপ্রভ ইব—চুমথাং হন্নরহুল্লবী, শশ ক্ষক ন্তেং---চন্দ্রিকাগী, অবিদেবত কান্তিং—অমিংলবা মতৌ ওথবী, সুত---মচানুপী. মৈথিলী—সীতাবু, তস্য—দশরথগী, সুতায়—মচাগীদমক (বাম-গীদমক) দদে—পীখি, (ইথমেব—অসুম তৌন, তেন—জনকন, ভরতায়—ভরতকিন, মাণ্ডবী—মাণ্ডবী কৌবা, লক্ষ্মণায়—লক্ষ্মণগীন উর্মিলা—উর্মিলা কৌবা, শত্রুঘ্নায়—শত্রুঘ্নগীন, শ্রুতকীর্তিঃ—শ্রুতকীর্তি কৌবা মখোইশিং অসিসু মথং মথং বিবাহ তৌদুন পীখি ৪৭।

ততঃ—অদুগী তুংদ, বিশ্বজনীনবৃত্তিঃ—মাপুম্নমকা ফনব থবক হোনব রামঃ—রামচন্দ্রন, লব্ধাং—ফংলক্লব, আত্মনীনাং—মশাগী ফনব ওইবব সদ্রত্নমুক্তাফলভর্ম্মভূষাং—ফজবা মুক্তা সনাখিবিক লৈতেংলবী, বনুরাগ্যলক্ষ্মীং—বদুব শাক্ত লক্ষ্মীমসংবর্হয়ন্তীং—নিংথিন ওইববী, তাং সীতাবু, উদবোঢ়—লুহোংখি ।৪৮।

---

মণিপুরী—বাজা জনকন বামগীদমক চন্দ্রকাগী আধদেবী মালবী সনাগী মচুগুম য়েংবদ পুক্কিং চববা মচানুপী সীতাবু সম্প্রদান তৌখি। (মতম অদুদ বামগী ওইদ সম্পদ মবীশাংন চত্তুন সনাগী মচু মালবা ডবীন চীং গুউ পাখিদ য়েংদুম্ম। অকাশদগী নাস্থবক্লন শাংবান্নব অতিয়াগী মমোক্ত চুমথাং হন্নবত্ম নিংথিজরবী সীতবু বামগীদমক পীখি। অদুগ ভরতগীন মাণ্ডবী, লক্ষ্মণগীন উর্মিলা শত্রুঘ্নগীন শ্রুতকীর্তি মখোইশিং অসিসু লুহোংখি ।৪৭।

সুপ্রাপ্তমাসাদিতসংমদং তৎ
শাকৃত্তিঃ সংস্তুতমভ্যযোধ্যম্ ।
অশ্বীয়রাজন্যকহাস্তিকাঢ্য
মগাৎ সরাজং বলমধ্বনীনম্ ॥ ৪৯॥
বিশঙ্কটো বক্ষসি বাণপাণিঃ
সম্পন্নতালদ্বয়সঃ পুরস্তাৎ ।
ভীম্মো ধনুষ্মানুপজাম্বরত্ত্বি-
রৈত্তিস্ম রামঃ পথি জামদগ্ন্যঃ ॥ ৫০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুপ্রাপ্তং — মিংথিরবা অমুক, আসাদিতসংমদং—চহরাওব পুন্নমক লোইনন, বন্দাকৃতিঃ—স্তুতি তৌরিবশিংন, সংস্তবন্—স্তুতি তৌরম্বন, অশ্বীয়রাজন্যকহাস্তিকাঢ্যম্—ক্ষত্রিয় ওইব শগোল শামু পুন্নমক লোইনন, অধ্বনীনং—লম্বী চৎপ হৈরবা, তৎ—অদুগুব, বলং অেযোম, সরাজং—নিংথৌগ লোইনন, অভ্যযোধ্যম্—অযোধ্যা লোমন মাই ওন্দুন, অগাৎ—চৎখি ।৪৯।

অন্বয়ানুবাদ :—বক্ষসি—থবাক, বিশঙ্কট—ফজব, বাণপাণি—তেন পাইরব, সম্পন্নতালদ্বয়সঃ—কোমাপাম্বী অচৌবগুম, ভীম্মঃ—অকিবগী মশক ওইন, ধনুষ্মান্—লীকং পাইরব, উপজাম্বরত্ত্বিঃ—পাম্বোম খুউ মৌম চোম্বব, জামদগ্ন্যঃ—জমদগ্নি মচা, রামঃ—পরশুরামন, পথি—লম্বিদ, পুরস্তাৎ—মাংদ, ঐত্তিস্ম—লাকখি ।৫০।

মণিপুরী—অচুপী ভুংগা মী পুন্নমক্তী অফব থবক্ত হৌরক্লব মামন, হর্ষধনু থুদেকপদগী কংলকপ মশাগী ওইব অফব লক্ষণ পুন্নমক তিন্নবী মণিমুক্তা সনা f।বিক্ল লৈতেংলবী রঘু শাঁগেলগী মপোইবী সীতাবু লু.হাংখি । ৪৮ ।

উচ্চৈরসৌ রাঘবমাহ্বতেদং
ধনুঃ সবাণং কুরু মাতিযাসীঃ।
পরাক্রমজ্ঞঃ প্রিয়সম্ভতিস্তং
নম্রঃ ক্ষিতীন্দ্রোঽনুনিনীষুরূচে ॥ ৫১ ॥

অন্বয়ানুবাদ — অসৌ—পরশুরামনা, রাঘবং—রামচন্দ্রবু, উচ্চৈঃ—খোঙ্গেন বাংনা, আহ্বত—কৌখি, ইদং—অসিগুম, ধনুঃ—লীরুংন, সবাণং—তেনগ লোইনববু, কুরু—তৌরো মাতি যাসী—হেন্দোকহন চৎখিগনু- পরাক্রমজ্ঞঃ—পরশুরামগী মথৌনা খংলব, প্রিয়সন্ততিঃ—মচা নিংলব, ক্ষিতীন্দ্রঃ—দশরথ নিংথৌন, তং—পরশুরামবু, নম্রঃ—নোল্লুরু, অনুনিনীষু—অনুনয় তৌগে হায়নিংদুনা, উচে—হায়খি ॥ ৫১ ॥

---

মণিপুরী—অপেনব ওইরব অমুক্ত হৃতি তৌব পুরমক হৃতি তৌরদুনা, নিংথৌগী ওইব শগোল শামু রথ অমসুং লানমি পুরমক লোইননা, নিংথৌনচিংব অশম অথৌ পুরমক অযোধ্যা লোমদ মাই ওন্দুনা চৎখি। ৪৯।

থবাক ফরব য়েংবদ অচৌব কোনা পাম্বীগুম্বা খাজানু লম্বিত ভুজ ওইরব পাম্বোর লীরুং পাইদুনা লাক্লিব, অকিবগী মশক ওইরব জমদগ্নিগী মচা পরশুরামন লম্বিদ ভেঙ্গোনশিংগী মমাংদ লাকখি।৫০।

পরশুরামন খোঙ্গেল খাংনা রামচন্দ্রবু কৌরদুনা (লান তৌনবগীদমক হায়খি। হে দাশরথে! নংনা ঐগী খুত্ত পাইরিব (বৈষ্ণব) লীরুং অসিদ (লৌরী চন্দুন) ঐগী খুত্ত পাইরিব তেন অসি সংযোগ তৌব ঙমবদি নং অকনবনি হায়ব মাগে, (নত্রবদি মফম অসিদগী খোংকাপ অম ফাওব থাংদুনা চৎহন্নোই। (রা অসি তারগ) মচা

অনেকশো নির্জিতরাজকস্ত্বং
পিতৄন তার্পীর্নৃপরক্ততোয়ৈঃ।
সংক্ষিপ্য সংরম্ভমসত্বিপক্ষং
কাস্থার্ভকে ভিংস্তব রাম রামে ।৫২।

অজীগণাদ্দাশরথং ন বাক্যং
যদা স দর্পেণ তদা কুমারঃ।
ধনুর্ব্যকার্ক্ষীৎ গুরুবাণগর্ভং
লোকানলাবীদ্বিজিতাংশ্চ তস্য ।৫৩।

অন্বয়ানুবাদ :—হেরাম—হে পরশুরাম! ত্বং—নহাক্ন, অনেকশঃ—হয় হয়, নির্জিতরাজকঃ—নিংথৌমচা পুম্নমক জয় তৌহুনা. নৃপরক্ততোয়ৈ—নিংথৌশিংগী ঈন ঈশিং ওইহুন, পিতৄন্—পিতৃলোক পুম্নমকপু, অতার্পী—পেলহনখি, অসদ্বিপক্ষম্—(নহাকী) য়েক্নব অমত্ত লৈত্তে মরম অসিন, সংরম্ভং—অশাওববু, সংক্ষিপ্য—কাজিল্লু, অর্ভকে—অঙাং ওইরিব, অস্মিন্—অসিগুম, রামে—রামদ, তব—নহাকী, কা আস্থা—শাওকম থোক্কে ।৫২।

মণিপুরী :—নিংলব দশরথন পরশুরামগী মথোনা অমসুং মপাঙ্গল পুম্নমক নিংশিংলুরগ রাম্নিব মথৈ হায়কহুন (মাগী অশাওব অসি নেমহনগে থল্লহুন) মথাদ হায়রকদোরিব বাহৈশিং অসি হায়খি ।৫১।

দশরথন হায়খি হে ভৃগুনন্দন! নহাক্ন ক্ষত্রি শাগৈ পুম্নমক কুনম্যাথোইরক হয় কত্ত্বুন, মথোইগী ঈতন ঈশিং ওইহুন পিতৃলোক পুম্নমক তর্পন কত্ত্বুন পেলহনখ্রবনি। মরম অসিন হৌজিক নহাকী য়েক্নব অমত্তসু লৈত্রে, করিগী শাওবিরিবনো, অশাওব পুম্নমক থাদোকপিয়ু, রাম অসিদি নৌম্নিব অঙাংনি, মহাক অসিবু নহাক্ন মাইথিব পীনবগীদমক্ লান তৌনবগী থৌরাং তৌরিবরা? ।৫২।

জিতে নৃপাস্ত্রৌ সুমনীভবন্তি
শব্দায়মানান্যশনৈরশক্যম্ ।
বৃদ্ধস্য রাজ্ঞোহনুমতের্বলানি
জগাহিরেঽনেকমুখানি মার্গান্ ॥৫৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ—যদা—মতম অদুদ, সঃ—পরশুরামন, দর্পেণ - নাপলন মরম ওইদুন, দাশরথং – দশরথগী ওইব, বাক্যং—বাহৈবু, ন অজীগণৎ—শিংথাখিদে (লৌখিদে) তদা—মতম অদুদ, কুমারঃ – রামচন্দ্রন, গুরুবাণগর্ভ —মগুণ লৈরব তেনগ লোইনরব, ধনুঃ—লীরুংদ তেনগা থোংলদুন, ব্যকার্ষীৎ—লীরী চিংখি, বিজিতান্—পুণ্যন জয় ওইরবা, তস্য — পরশুরামগী, লোকাংশ্চ – পুণ্যগী মফম থুদিংদসু, অলাবীৎ – কক্থৎখি ॥৫৩॥

নৃপাস্ত্রৌ—ক্ষত্রিগী য়েক্লব (পরশুরামবু) জিতে—ভুরবদ, সুমনী ভবন্তি—হর্ষাওনখি, অশনৈঃ—কয়, অশক্যং—চিংনব লৈতন, শব্দায়মানানি—জয়ধ্বনি লাওরদুন, বলানি—তেন্দোন পুময়ক, বৃদ্ধস্য—অহল ওইরব রাজ্ঞঃ- দশরথগী অনুমতেঃ – য়াথং লৌদুন, অনেকমুখানি মার্গান্—লমলোং কয়া ফাংলব লম্বীদ, জগাহিরে —চৎখি ।৫৪।

---

মনিপুরী—মতম অদুদা (দশরথন চংজয়রুব অদুদ) পরশুরামন মাপপন থুমহৎখিদুন, নিংথৌগী বাহৈশিং অদু ভাখিদে, (লৌখিদে] মতম অদুদ [হায়বদি দশরথন নোনুজব বাহৈন হায়জকবদ, যারক্ত্রব মতম অদুদ] রামচন্দ্রন । জয় পরাজয়, য়েংলগে নিংলদুন] লীরুদ মগুণ লৈরব তেঙ তেঙা থোংদুন কাপখি। পুণ্যন জয় ওইরব পরশুরামগী হকচাং পুন্নমক চেংম পাংদুনা মাইখিব লীখি ॥৫৩॥

অথ পুরুজবযোগাম্মেদয়দদরসংস্থং
দবয়দতিরয়েণপ্রাপ্তমুর্বীবিভাগম্ ।
ক্রমরহিতমচেতম্নীরজীকারিতক্ষ্মাং
বলমুপাহিতশোভং তূর্ণমায়াদযোধ্যাম্ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীভট্টীকাব্যে প্রকীর্ণকাণ্ডে সীতাপরিণয়ো
নাম দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ ।

অন্বয়ানুবাদঃ—অথ—লম্বী শাংন লাক্লবগী তুদ, পুরুজবযোগাৎ—কয়-চেন্নখিবন, দূরসংস্থং—অরাপ্প মফমবু, নেদয়ৎ—অমকপ ওইন, প্রাপ্তম্—ফংখি (উখি) উর্বিভাগং—পৃথ্বীগী শরুকপু, অতিরয়েণ—কয় চেনবন, দবয়ৎ—লাপথোকখি, ক্রমরহিতম্—অথাব নৈতন, অচেতং—(অসুক লাপ্পলাক্লে হায়ব) থংখিদে, বলঃ—ভেঙ্গোলন, নীরজীকারিতক্ষ্মাং—পৃথ্বীদ উফুল নৈতন, উপহিতশোভাম্—ধ্বজ পাতকানচিংব পুরমক নৈতেংলব, অযোধ্যাং—অযোধ্যাদ, আয়াৎ—লাকুখি ॥৫৫॥

ইতি ভট্টীকাব্যে অন্বয়ানুবাদে প্রকীর্ণকাণ্ডে সীতাপরিণয়ো
নাম দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ ॥

---

মণিপুরী—ক্ষত্রিগী য়েক্লব পরশুরামবু জয় তৌরবদ, ভেঙ্গোন পূরমক হরাওনখি। রামন জয় ওইবে হায়দুন জয়ধ্বনি লাওদুব রারবী মঙ্গল পীখি। অতুগী তুংদ অহলওইরব দশরথ নিংথৌগী রাজং লৌদুন লমলোং ময়াম ফাংলব লম্বীদ মীপুরমক চৎনখি।৫৪।

লম্বীশাংন লাক্লবগী তুংদ, মীয়াম পুরমক অতুন কয় চেন্নখিবন অরাপ মফমবু থুনমক্ কনশিল্লকই। অনকপ মফমবুন থুন লাপথোকখি, মসুন অসুক রায় থাপ্প লাক্লে হায়বসু থংখিদে, (মতৌ অসুম লাকপদ অযোধ্যা সহরগী লম্বী পুরমক ঈশিং চাইদুন) উফুল হেনবদ, কিরাদ্-

## তৃতীয়ঃ সর্গঃ

বধেন সংখ্যে পিশিতাশনানাং
ক্ষত্রান্তকস্যাভিভবেন চৈব।
আঢ্যম্ভবিষ্ণুর্যশসা কুমারঃ
প্রিয়ম্ভবিষ্ণুর্ন স যস্য নাসীৎ ।১।

ততঃ স্বচেতীকৃতপৌরভৃত্যো
রাজ্যেঽভিষেক্ষ্যে শুভমিত্যনীচৈঃ।
আঘোষয়ন্ ভূমিপতিঃ সমন্তং
ভূয়োঽপি লোকং সুমনীচকার ॥২॥

অন্বয়ানুবাদঃ– সংখ্যে – লানফমদ, পিশিতাশনানাং---হিংচাবশিংবু, বধেন –হাৎপন, ক্ষত্রান্তকস্য – পরশুরামবু, অভিভবেন চৈব – মাইথিহনবনসু যশসা – মিংচৎন, আঢ্যম্ভবিষ্ণুঃ – চাওখত্তবদগী চাওখৎহনগে মিংহুন, কুমারঃ– রামবু, যস্য – মীপুম্নক, প্রিয়ংভবিষ্ণুঃ– চান্নদবদগী চান্নব ওইব, ন – লৈতে, সঃ– রামন ( চান্নদবস্ ), নআসীৎ – লৈরমদে, ।১।

---

মণিপুরী :—শিংনসু লৈতেংলিব অযোধ্যা কোন্নুংদ মীয়াম পুম্নমক ৱোথি ॥৫৫॥

ভট্টীকাব্যগী প্রকীর্ণকাণ্ডদ সীতা লুহোংবগী অনিশুব সর্গগী মণিপুরী অনুবাদ লোইরে।

মণিপুরী – বিশ্বামিত্র মুনিগী যজ্ঞ ঙাকপগী ] লানফমদ হিংচাবশিংবু হাৎপনে, পরশুরামবু মাইথিব পীবনে, পুম্নমক্ অসিদ রামচন্দ্রগী মঙাল অসি, চাওখৎহনগে নিংহুন, রামবু মীপুম্নমক চান্দব লৈতে। অদুগ রামবসু চান্নদব লৈরমদে ।১।

আদিক্ষদাদীপ্তকৃশানুকল্পং
সিংহাসনং তস্য সপাদপীঠম্ ।
সন্তপ্তচামীকরবল্গুবন্ধং
বিভাগবিন্যস্তমহার্ঘরত্নম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ--ততঃ - অতুগী তুংদ, সুচেতীকৃতপৌরভৃত্যঃ - পুক্লিং শুংঙাইরব কোন্নুংগী মীপুন্নমক, ভূমিপতিঃ - নিংথৌন, ( দশরথন ] সুতং - রামবু, রাজ্যে--নিংথৌগী থবক, [ নিংথো ওইনব ] অভিষেক্তো - অভিষেক তৌরগে, ইতি - মসুন, অনীচৈঃ - খোঙ্গেল বাংন [কন ] আঘোষয়ন্ - নিন্‌হনখি, ভূয়োঽপি - অমুকসু, সমস্তং লোকং - মীপুমমক, সুমনীচন্নকা - পেন্নখি ।২।

তস্য—রামগী, আদীপ্তকৃশানুকল্পং - চাক্লব মৈগী মচুগুন্নব, সন্তপ্তচামীকরবল্গুবন্ধম্ - ফুদো'লব সনা, নিংথিববহীরাখিবিক্ল লৈতেংলব, বিভাগবিন্যস্তমহার্ঘরত্নম্ - অতোপ্ অতো'প্ন মফমদগী মমল য়াম্নব মণিন হৎলব, সপাদপীঠম্ খোংথাঙ্গৎনবগ লোইনরব, সিংহাসনং—নিংথিজম্রব সিংহাসনবু, আদিক্ষৎ - (থৌরা' তৌরে' হায়ন) য়াথং পীখি ।৩।

---

মনিপুরী - অতুগী তুংদ কোন্নু'গী অঙম অথৌনচিংব, প্রজা পুমমকন - রামগী মগুণ তারগ নুংঙাইখি । দশরথন রামবু নিং'থৌ ওইনবগী অভিষেক তৌরগে হায়ন মীপুন্নমক খংহনখি । রামন নিংথৌ ওইরগনি হায়ব অসি তারগ, প্রজাপুন্নমকী পুক্লিংদ, অমুকসু অপেনব হেনগৎখি [ রামন পেন্নখি ] ।২।

অচাকপ মৈগুন্ন ঙা'ন ফুদোংলব সনা, অতুগ নিংথিরব হীরাখিবিক্ল লৈতেংর্লব, অতোপ্ অতোন্ন লমদগী মমল য়াম্নব, মণিন

প্র স্থাপযং পৃগকৃতান্ স্বপোষং
পুষ্টান্প্রয়ত্নাংদৃঢ়গাত্রবন্ধান্
সভর্ম্ম কূন্তান্পুরুষান্সমন্তাং
পংক ষিণস্তীর্থজলার্থমাশু ॥৪॥
উক্ষান্প্রচক্রুর্নগরস্য মার্গান্
ধ্বজান্ববন্ধুর্মুমুচুঃ সধূপান্ ।
দিশশ্চ পুষ্পৈশ্চকরুর্বিচিত্রৈ-
রর্থেষু রাজ্ঞা নিপুণ নিযুক্তাঃ ॥৫।

অন্বয়ানুবাদ :—পৃগকৃতান্—পৈচ্ছন থম্লব, স্বপোষং পুষ্টান্—মশাগী শল থুম্ন য়োক্লব, দৃঢগাত্রবন্ধান্—মপাঙ্গল কল্লবশিংবু, সভর্ম্মকুম্ভান্—সনাগী চরুগ লোইনন, পংকাষিণঃ—খোংন চত্তুন পুরুষান্—নিপাশিংবু, তীর্থ-জলার্থং—তীর্থগী ঈশিং লৌরুনবগীদমক, সমন্তাং—মাইকৈ পুম্নমক, আশু—থুন, প্রয়ত্নাং—যতন তৌন পুন্নরুবগীদমক, প্রাস্থাপয়ং—চংহনখি ।৪।

অর্থেষু—তৌগদৌব মরম পুম্নমক, নিপুণাঃ—হৈশিংলবশিংবু, রাজ্ঞা—দশরথন, নিযুক্তাঃ—থৌদারিব, পুরুষাঃ—মীশিংন, মার্গান্—লম্বী

মণিপুরী — হত্তুব শেম্লব খোংপাঙ্গংনব পাদপীঠ, নিংথিরব রাজ-সিংহাসন, অনি অসি শেম শানব থৌরাং তৌয়ো হায়ন রাখং পীখি ।৩।

পৈশিন্দুন থম্লব নিংথৌগী মরম য়োক্কুন মপাঙ্গল কল্লবশিংবু, মখোংন চত্তুন তীর্থগী ঈশিং শোক্লুনবগীদমক, সনাব শাব চরু পুম্নন মাইকৈ পুম্নমক রামন থুন যতন তৌন পুন্নরুবগীদমক চং-নহখি । ।৪।

মাতামহাবাসমুপেয়িবাংসং
মোহাদপৃষ্ট্বা ভরতং তদানীম্ ।
তং কেকয়ী সোঢুমশক্নুবানা
যযার রামস্য বনপ্রয়াণম্ । ৬।

অন্বয়ানুবাদ—পুন্নমকপু, উল্কাপ্রচক্রুঃ—শিত্তোকখি, ধ্বজান্ — ফিরান্ ময়ামবু, ববন্ধুঃ—যুংখি, ধধুপান্—অকাশ য়োন মৈথু পুন্নমকপু, মুমুচুঃ থাদোকখি, দিশশ্চ—মাইকৈ পুন্নমকসু, বিচিত্রৈঃ—মথন মথনগী, পুষ্পৈ —লৈথিবিক্ক, চকরুঃ—চাইথোকখি ।৫।

তং—রামবু অভিষেক্ তৌরগনি হায়ব অসিদ, সোঢুং—থাংবৃ অশক্নুবানা—ঙমদ্রবী, কেকয়ী — কৈকেয়ীন, তদানীং — মতম্ অদুদ (মমাংঙৈগী বয় অদু নিনবগী মতম্ ওইরে খল্লদুন) মাতামহাবাসং —মমা পোকপ মপুগী মনাক্ত, উপেয়িবান্—চংব্রব, ভরতং—ভরতবু, মোহাৎ পংবদগী, অপৃষ্ট্বা—হংদ্রদন, রামস্য—রামন, বনপ্রয়াণম্—বনদ চৎননব, যযার—হায়জখি (বয় নিখি) ।।৬।।

---

মণিপুরী—দশরথ নিংথৌন থবক শুবদ হৈয়ব মীপুন্নমক্পু থৌদাহুন (কোন্নুংগী অকোইবদ লৈরিব) লম্বী পুন্নমক্ শিত্তোক্হন্খি। অদুগ লম্বীগী নাক্-য়েত্ত ফিবান য়ুংহন্খি। মৈথুন অকাশ য়োন থাগংখি, মচু খুদিংগী লৈপুন্নমক্ক মাইকৈ পুন্নমক্ক চাইথোকখি ।৫।।

রামবু অভিষেক তৌরগনি হায়ব অসি তারগ থাংব ঙমদ্রবী কৈ-কেয়ীন, মতম অদুদ (মাগী মমাংঙৈদ দশরথদগী নিগদব লৈথিব বয়, মতম্ ওইরে খল্লদুন) মমা পোক্পা মপু [কেকয়নিংথৌগী] মনাক্ত লৈব্রব ভরতগী পাও লৌহৌদন, ইপং পংন রামন বনদ চৎনব, [ভরতবুন নিংথৌ ওইনব] বয় অনি অসি নিখি ।৬।

কর্ণেজপৈরাহিতরাজ্যলোভা
স্ত্রৈণেন নীতা বিকৃতিং লঘিম্না।
রামপ্রবাসে ব্যমৃশন্ন দোষং
জনাপবাদং সনরেন্দ্রমৃত্যুম্ ॥৭॥
বসূনি দেশাংশ্চ নিবর্ত্তয়িষ্যন্
রামং নৃপঃ সঞ্জিরমান এব।
তয়াবরুদ্ধে ভরতাভিষেকো
বিষাদশঙ্কুশ্চ মতৌ নিচখ্নে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—কর্ণেজপৈঃ—[ মন্থরা কৌবী মনাইগ ] নাক্তোংচিক্ল বা ভাম্নহন, আহিতরাজ্যলোভা — হায়রিব রাজ্যপদ পাম্বন, স্ত্রৈণেন — মুপীগী বাথম়, লঘিম্না—অপিকপ ওইবন, বিকৃতিং—ওম্ন তৈনব মতৌবু, নীতা — কংখি, রামপ্রবাসে — রামন বনদ চৎপ্রবদ, সনরেন্দ্রমৃত্যুং— দশরথ শিবগ লোইনন, জনাপবাদং—মীন নিন্দা তৌনগদৌব, দোষং —দোষবু, ন ব্যমৃশৎ ·খন্‌খিদে ॥৭॥

নৃপঃ—নিংথৌন, রামং—রামচন্দ্রবু, নিবর্ত্তয়িষ্যন্—বনদ চত্তনবগী- দমক, বসূনি—সল্ কয়ামুক্ল, দেশাংশ্চ—দেশ কয়ামুক্লসু, সঞ্জিরমাণএব

মণিপুরী —কৈকেয়ীন মন্থরা কৌবা মনাই মুপীগ নাকোং চিক্ল বা ভাম্নহন খম্নখি। নিংথৌগী থুবম্‌পাম্ব অমসুং অপিকপ মুপীগী পুকচেল ওইবন, ওম্ন তৈনব বাখল কয়া ফংখি। [ মরমদি ভরতন নিংথৌ ওইবগী মুংঙাব, বাখল অদুত খনখি ]। রামন বনদ চৎপ্রগ, রাম কাইনবগী অবাবন দশরথ নিংথৌন, শিখিবগ লোইনন মীপুম্‌নমক্ল থিন ঙাংনগন্নৌব, অমসুং নিন্দা তৌনগদৌব দোষ পুম্‌নমকু অমত খন্‌খিদে ॥৭॥

ততঃ প্রবিব্রাজয়িষুঃ কুমার-
মাদিক্ষদস্যাভিগমং বনায়।
সৌমিত্রিসীতানুচরস্য রাজা
সুমন্ত্রনেত্রেণ রথেন শোচন্ ॥৯॥
কেচিন্নিনিন্দুর্নৃপমপ্রশান্তং
বিচুক্রুশুঃ কেচন সাস্রমুচ্চৈঃ।
উচুস্তথান্যে ভরতস্য মায়াং
ধিক্কেকয়ীমিত্যপরো জগাদ ॥১০॥

অন্বয়ানুবাদঃ— [হে দেবি। হায়রিব ময়াম অসি পীগে হায়হুন] খংহন্নবদসু, তয়া — কৈকেয়ীন, অবজজ্ঞে — থবোইখিদে [য়াখিদে] ভরতা ভিষেকঃ — ভরতপু অভিষেক তৌবিয়ু হায়ব অসিগী, বিষাদশঙ্কুঞ্চ — অবাবগী তাশোম্নসু, মত্তৌ — থমোইদ, নিচখ্নে — থিন্দ্রে ॥৮॥

ততঃ—অদুগী তুংদ, রাজা—দশরথন, কুমার — রামবু, প্রবিব্রাজয়িষু — চংহন্গে নিংহুন, সৌমিত্রিসীতানুচরস্য — লক্ষ্মণগা সীতাগ লোইন-য়হুন, অস্য — রামবু, সুমন্ত্রণে — সুমন্ত্র সারথিন, রথেন — রথন, বনায় বনদ, অভিগমং — চংননবগী, শোচন্ — বান, আদিক্ষৎ — য়াথং পীখি ॥৯॥

মণিপুরী—দশরথ নিংথৌন রামবু বনদ চত্তনবগীদমক কৈকেয়ীদ, লল থুম্ কয়া, দেশ কয়াসু, পীগে, (রামন বনদ চৎপ অসিতদি হায়গনু) হায়হুন থেন্নবদসু য়াখিদে। ভরতবু নিংথৌ ওইনবত হায়খি। অসি হেক্ তাবদ অবাবগী থাংওমত্রব তাশোম নিংথৌগী থমোইদ থিনত্রে ।৮।

অদুগী তুংদ দশরথ নিংথৌন রামবু, বনদ চংহনগ্রগে নিংলহুন সীতা অমসুং লক্ষ্মণগ লোইনন, সুমন্ত্র কৌব সারথিন, রথমথক্ত পুহুন চংনবগীদমক অবাব কয়াগ লোইনন য়াথং পীখি ।৯।

গতো বনং শ্বো ভবিতেতিরামঃ
শোকেন দেহে জনতাতিমাত্রম্
ধীরাস্তু তত্র চ্যুতমন্যবোহন্যে
দধুঃ কুমারানুগমে মনাংসি ।।১১।।

অন্বয়ানুবাদ :—কেচিৎ—কনাগুম্বমীন, অপ্রশান্তং—তপথবলৈত্রব, নৃপং—দশবথবু, নিনিন্দুঃ—নিন্দা তৌনখি, কেচন—কনাগুম্ব অমন, সাস্রম্ পীগ লোইনন, উচ্চৈঃ—খোঙেল বাংন বিচুক্রুশুঃ—কপনখি, তথা—অমদি, অন্যে—অতোপ্প মীন, ভরতস্য—ভরতগী, মাম্বাং — মাম্বাননি হায়ন উচুঃ—হায়খি, অপরঃ—অতৈন— কেকয়ীং — কৈকেয়ীবু, ধিক্ চৈরহ্নন, ইতি—অসুম্, জগাদ—হায়খি ।।১০।।

রামং—রামন, শ্বঃ—হয়েং, বনং—বনদ, গতঃ ভবিত —চৎখ্রগনি, ইতি শোকেন—অবাব অসিন, জনতা—মীপুম্মক, অতিমাত্রং—থোইদোক্ন, দেহে—বানখি, তত্র- মহুদ, ধীরাঃ—অতপ্প মীশিংন, চ্যুতমন্যবঃ (সন্তঃ) অবাব থাদোক্লুন, কুমারানুগমে—রামচন্দ্রগী তু ইন্দুন চৎকনি হায়ন, মনাংসি—পুক্নিংদ, দধুঃ—নিংখি ।।১১।

মণিপুরী—কনাগুম্ব প্রজান [ রামন বনদ চৎখ্রগনি হায়ব অসি তাবদ অবাব ওইরিব, নিংথৌবু নিন্দা তৌনখি। কনাগুম্ব অমন, [ রাম কাইনরগনি হায়বগী অবাবন ] মিৎলুদগী পী শিন্থহ্নন, খোঙেল বাংন কপখি। কনান হায়খি, ভরতগী মাম্বানা থোক্নিবনি, অহুগ অতৈ অমন কৈকেয়ীবু অথিব বাহৈন চৈনখি ।।১০।।

রামচন্দ্রন হয়েংদি বনদ চৎখ্রগনি, হায়ব অসিগী অবাবন মী পুম্মক্কী পুক্নিংদ চাক্নখি। অদুগ বাখল লৈব অতপ্প মীশিংন অবাব কয়া থাদোক্লুন, [ হয়েং রামন বনদ চৎপ অসিদ ঐখোইসু ] মতুং ইন্দুন চৎখেগে হায়ন পুক্নিংদ নিংনখি ।।১১।।

প্রস্থাস্যমানাবুপসেদুষস্তৌ
শোশুচ্যমানানিমুদচতুস্তান্ ।
কিং শোচতেহাভ্যুদয়ে বতাস্মান্
নিয়োগলাভেন পিতুঃ কৃতার্থান্ ১২॥

অসৃষ্ট যো যশ্চ ভয়েষ্বরক্ষীৎ
যঃ সর্ব্বদাস্মানপুষৎস্বপোষম্ ।
মহোপকারস্য কিমস্তি তস্য
তুচ্ছেন যানেন বনস্য মোক্ষঃ ॥১৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—প্রস্থাস্যমানৌ — বনদ চৎকদৌরিব, তৌ — রাম লক্ষ্মণ অনিন, উপসেদুষঃ — মনাক্তা লাক্লিব, শোশুচ্যমানান্ — য়াম্ব থারব তান্—মী পুন্নমক, ইদং — হায়কদৌবিবশিং অসি, উচতুঃ — হায়খি, (হে জনাঃ—হে মীপুন্নমক।) পিতুঃ—ইপাগী, নিয়োগলাভেন—য়াথং ফংবন কৃতার্থান্—তৌগদব ইথৌনি, অস্মান্—ঐখোয়ন, ( অশোচ্যান্ থায়োইদবনি ) ইহ-অভ্যুদয়ে—চাওখৎলব অসিদ, কিং—করিগীদমক, শোচত—থাক্লগদগে, বত—অঙকপনি ।১২।

যঃ—ইপান, অস্মান্—ঐখোইবু, অসৃষ্ট—পোকপিখি, যঃ—ইপান, ভয়েষু—অকিবদগী, অরক্ষীৎ—কনবখি, যঃ—ইপান, সর্ব্বদা—মতম পুন্নমক, স্বপোষম্—মরলন, অপুষৎ—য়োকপিখি, তস্য—ইপাগী মহোপ-কারস্য—থাবকাম্নব ওইব, [ ইপাগীদমক ] তুচ্ছেন—খজিক ওইব, বনস্য বনদ, যানেন—চৎপন, মোক্ষঃ—লমল্ শিংব অস্তি কিং—ওইগদয় ।১৩।

---

মণিপুরী—রাম লক্ষ্মণন বনদ চৎলমদাইগী মতমদ, অথাথগ লোইনন লাক্লিব, মীপুন্নমক অসুম হায়খি। হে প্রজা পুন্নমক। ইপাগী য়াথং ফংলিব, অহু [illegible]পন চাওখৎলব, তৌগদব ইথৌমক্লি, মহুদ ঐখোইন

বিদ্যুৎপ্রণাশং স বরং প্রনষ্টো
যদ্বোর্ধ্বশোষং তৃণবদ্বিশুষ্কঃ।
অর্থেহপ্যুরাপে কিমুত প্রবাসে
ন শাসনেহবাস্থিত যো গুরূণাম্ ॥১৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—উতপ্রবাসে কিং—ল.ফৈ চৎপগী ৰ' অসিনদি করি হায়-গনি ?, হুরাপেহপি — ৰান হোৎনৱগসু পা'থোকপ ঙমগদৰ, অর্থে — তৌগদৰ বিষয়দ, যঃ [ কনাগুম্ব ] মীন, গুরূণাং—গুরুজনশিংগী, শা-সনে—য়াথ'বু, ন অবাস্থিত—লৈত্রব [ ঙাক্কব ] সঃ — মীহুন বিদ্যুৎ-প্রণাশং—নোংখাংম মাংবগুম্ব, প্রনষ্টঃ—মাংখিবন, বরং—ফৈ, যদ্বা—অহু নত্রগ, তৃণবৎ—নাপীগুম্ব, উর্ধ্বশোষং—অৱাংবদ থাঙহু.ন কংলব অহুন, বিশুষ্কঃ—নিংখিন কংখিবন, বরং—ফৈ ॥১৪॥

---

মণিপুৰী — ৰাক্নগদোৰ নত্তে। মসিদ নখে'ই পুম্নমক্ক ৰারিৰ অসি অঙকপনি ॥১২॥

হে প্রজা পুম্নমক। ইপান ঐখোইবু পোকপিরি, ইপাগী মৱল মথুম্ন, চাওনৱ য়োকপিরি। অহুগ [মতম পুম্নমক্ক মচাগী ফনৱত খজুন] অৱাব কয়াদগী কনবিরি। অসিগুম্ব য়ায় কান্নব উপায় তৌরিব, ইপাগীদমক্ পিকপ্রব থবক, ৰনদ চৎপ অসিনবু লমল্ শিংৱ ওইৱ য়াবর ? ॥১৩॥

[ হে প্রজা পুম্নমক ! ] কনাগুম্ব মীন, মমা মপানচিংৱ, গুরুজন-শিংগী য়াথং পাংথোকপ ঙমদ্রবদি, নোংখাংগী মঙালগুম্ব, খুদক্ক মাং-খিবন [ শিখিবন ] ফৈ। অহুগ নাপীন, অৱাংবদ থাদহু.ন নিংথিন কংহল্বগুম্ব [ দেহ অসি কংহন্দুন শিখিবনসু ] হেন্ন ফৈ, ( হন্দক্ ঐন ইপাগী য়াথং ঙাক্কৱ ] ৰনদ চৎপ অসিদি করি হায়গনি, [ কম্নিসু লৈৱ থবক নত্তে ] ॥১৪॥

পৌরা নিবর্ত্তধ্বমিতি ন্যগাদীৎ
তাতস্য শোকাপনুদা ভবেত।
মা দর্শতান্যাং ভবতঞ্চমত্তো
নিবর্ত্তয়েত্যাহ রথ স্ম সূতম্ ॥১৫॥
জ্ঞাত্বেঙ্গিতৈর্গত্বরতাং জনান-
মেকাং শয়িত্বা বজনীং সংপৌরঃ।
রক্ষন্ বনেবাসকৃতাদ্ভয়াত্ত ন্
প্রাতশ্ছলেনাপজগাম রামঃ।১৬।

অন্বয়ানুবাদ :— হে পৌরাঃ — হে পুববাসি পুম্নমক। নিবর্ত্তধ্বং — হল্লে, তাতস্য—ইপাগী, শোকাপনুদাঃ—অবাব কোকপ, ভবেত—ওইব য়াই, ভবতং—ভরতবু মত্তঃ— ঐগোন্দগী, অন্যাং—তোংগানবনি হায়ন, মাদর্শত—উরুগনু [ খল্লুগনু ] ইতি—অসুম, ন্যগাদীৎ—হায়খি, সূতংচ —সারথিবুসু রথ —কাংবু, নিবর্ত্তয়---হল্লে, ইতি --অসুম্ন আহস্ম — হায়খি ॥১৫॥

রামঃ---রামন, ইঙ্গিতৈঃ---প্রমাণন, বাখয়, জনানাং—মীপুম্নমক্ত গত্বরতাং—ঐগ লোইনভুন চৎকদোবে হায়ব জ্ঞাত্বা — খংলভুন, সপৌর [ সম্ ] পুরবাসি পুম্নমক লে ইনন, একাং বজনীং---অহিং অম, তান্— মখোই ময়ামবু, বনেবাসকৃতাৎ---বনদ লৈবগী হৌনব, ভয়াৎ—অকি- বদগী, রক্ষন্---ঙাক্লভুন, শয়িত্বা—তুম্লগ, প্রাতঃ—অযুক, ছলেন — হল তৌভুন, অপজগাম—চৎখি ॥১৬॥

---

মণিপুরী---হে পুরবাসি পুম্নমক। নখোই হল্লো, নখোইন হনগ্রগ ইপাগী অবাব কোকপস য়াই। অদুগ [ ইনাও ] ভরতবু ঐমক্তি হায়ন নিংঙু। হে সারথি মহাক্তু কাং অদু পুত্থন হল্লো অসুমন ( লাক্লিব মী পুমমক ) হায়খি ॥১৫॥

অস্রাক্ষুরস্রং করুণং রুবন্তো
মুহুর্মুহুর্ন্যশ্বসিষুঃ কবোষ্ণম্।
হা রাম হা কষ্টমিতি ক্রুবন্তঃ
পরাঙ্মুখৈস্তে ন্যবৃতন্মনোভিঃ ১৭।

অন্বয়ানুবাদ—তে—পুরবাসি পুন্নমক, করুণং—দুঃখিন, রুবন্তঃ—কপ্লদুন অস্রং—পীন, অস্রাক্ষুঃ—শিহৃখি, মুহুর্মুহুঃ—হয় হয়, কবোষ্ণং—খয়শাব পীন, ন্যশ্বসিষুঃ—সিহ্বদুন, হা রাম—হে রামচন্দ্র, হা কষ্টম্—অবাবনি ইতি—অসুম, ক্রুবন্তঃ—হায়নরদুন, পরাঙ্মুখৈঃ—মমাই ওন্দুন, ( রামন ঐখোইবু থাদোক্তুনা চৎত্রে হায়ন ) মনোভিঃ—পুক্নিংন ( লেপ্লদুন ন্যবৃতন্—হল্লখি ॥১৭॥

---

মণিপুরী—রামন মীপুন্নমক্ অসি, ঐগী ভুংইন্দুন চৎকদৌরে হায়ব অসি, প্রমাণ কয়ান খুদম ওইদুন থংখি। ( ঙসি অহিং অসি মী-রাম অসিগ লোইনন নৈমিন্নবগে হিংলদুন ] বনদ নৈবগী অবাব, অকিব পুম্নমক্ ঙাক্লদুন, অহিং অদু লেনখি। নোং ঙান্নরবদ, ( রামন হায়খি ঐগী নু শিরব প্রজা পুম্নমক। নখোই লোইন মক্ষম অসিদ নৈবন্মু ঐদি গঙ্গা স্নান, অমসুং অর্পণনচিংব ভৌক্লগে হায়রগ ) ছল ভৌদুন, লক্ষ্মণ অমদি সীতাগ লোইনন চৎখি ॥১৬॥

শ্রীরাম পুম্নমক অদুন, ( রাম লক্ষ্মণবু উরক্তুবদ দুঃশিরব খোজেম কপ্লখি। হয় হয় পী শিহৃরদুন, হকচাংদ খয় শাব, মীৎকী পীন চোৎ-লদুন, হারাম, হালক্ষ্মণ, হায়ন কৌরদুন, অবাব কয়া ওইনখি। অসুমন কপ্লরগ, মখোইগী পুক্নিংদ ফাওখি। [ রামন ঐখোইবু থাদোক্তুনা চৎত্রবনি হায়ব, খংলদুন ) মথুম্ লোমদ মমাই ওন্দুন চৎনখি ॥১৭॥

সূতোঽপি গঙ্গাসলিলৈঃ পবিত্রা
সহাশ্বমাত্মানমনল্পমন্যুঃ ।
সসীতয়ো রাঘবয়োরধীয়ন্
শ্বসন্ কদুষ্ণং পুরমাবিবেশ ॥১৮॥
প্রতীয় সা পূর্ব দৃশে জনেন
দ্যৌর্ভানুশীতাংশুবিনাকৃতেব ।
রাজন্যনক্ষত্রসমন্বিতাপি
শোকান্ধকারক্ষতসর্ব্বচেষ্টা ॥১৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—সূতঃ অপি—সারথিনসু, সহাশ্বম্—শগোলগ লোইনন, আত্মানং—মশাবু, গঙ্গা সলিলৈঃ—গঙ্গাগী ঈশিংন, পবিত্রা—শেংদোকহুন অনল্পমন্যুঃ—অবাবথিবিক্ক, সসীতয়োঃ—সীতাগ লোইনরব, রাঘবয়োঃ—রাম লক্ষ্মণ অনিবু, অধীয়ন্—নিংশিংলুরগ, কদুষ্ণম্—খর শাব, শ্বসন্—সোর হোল্লহুন, পুরম্—কোনুংদ, আবিবেশ—চংখি ॥১৮॥

জনেন—রামগী তুংইন্দুন চৎলুরব মীন, প্রতীয়—হল্লকপদ, রাজন্য নক্ষত্র সমন্বিতা অপি—থবামিচাক্‌য় লংলব ক্ষত্রিমচাখিবিক্ক তিনব ওইহুনসু, শোকান্ধকারক্ষতসর্ব্বচেষ্টা—অবাবগী অমম্বন মথোনা পুম্নমক মাংগ্রব, সা—মথক্ক হায়রিব, পূঃ—অযোধ্যাদ, ভানুশীতাংশুবিনাকৃতা—নুমিৎ থা অনি থোক্কব, দ্যৌঃ ইব—আকাশগুম্ন, দদৃশে—উখি ॥১৯॥

মণিপুরী—সারথী অহুসু শগোলগ লোইনন ভাগিরথী গঙ্গাগী ঈশিংদ ঈরুজরহুন মশাশেংদোক্লগ, সীতাগ লোইনন চৎগ্রব, রাম লক্ষ্মণ অনিবু নিংশিংলুরগ, অবাবখিবিক্ক তিল্লব সারথী অহুন, অশাব সোরমপী হোল্লহুন, বান বান কোনুং মনুংদ চংখি ॥১৮॥

বিলোক্য রামেণ বিনা সুমন্ত্র-
মচ্যোষ্ট সত্ত্বাম্ পতিশ্চ্যুতাশঃ।
মধূনি নৈষীদ্ব্যলিপন্ন গন্ধৈ-
র্মণোরমে ন ব্যবসিষ্ট বস্ত্রে ॥২০॥
আসিষ্ট নৈকত্র শুচা ব্যরংসীৎ
কৃতাকৃতেভ্যঃ ক্ষিতিপালভাগ্ভ্যঃ।

অন্বয়ানুবাদ :—নৃপতিঃ - দশরথন, রামেণ বিনা - রাময়াওদন, সুমন্ত্রং - সারথীবু, বিলোক্য — উয়গ, চ্যুতাশঃ - (সন্) নিংবকাইরগ্নন, সত্ত্বং —স্বভাব পুম্নমক, অচ্যোষ্ট - লৈখিদে, [ ধৈর্য্যাৎভ্রষ্টইত্যর্থঃ - ধৈর্য্যতা ওইরম্বদগী জ্ঞান মাংখে ] মধূনি - মদ্যনচিংব [ময়াই কাব চিঞ্জাকসু, ন ঐষীৎ - নিংখিদ্রে, গন্ধৈঃ — মনম মুংশিব চন্দননাচংবন, ন ব্যলিপৎ - তৈখিদ্রে, মনোরমে - পুক্রিংগী অপাম্ব, বস্ত্রে—ফিবু, নব্যবসিষ্ট - শেংখিদে, অমসুং ইনখিদে ॥২০॥

মণিপুরী—রামগী ভুংইন্দুন চৎলুরব, মী পুম্নমক হল্লকপদ, (রাম কাইনবগী অবাবগী অমম্বন মথৌনা পুম্নমক মাংখ্রব, থবামচাকুম লংলব ক্ষত্রিগী, অথৌব কয়ান তিন্দুনসু, মুমিৎ থা থোক্ত্রব আকাশওম, অযোধ্যা কোমুংবু উখি ॥১৯॥

দশরথ নিংথৌন রাম য়াওদন সারথি মথন্ত হল্লকপ উয়গ নিংলম্ব বাখল পুম্নক কাইখি। অদুগ য়াম্ন ধৈর্য্য শীল ওইব স্বভাব পুম্নমক লৈখিদে, [ হায়বদি জ্ঞান অদু মাংশিনলগ্নে ] মতম অদুদ ময়াই কাব চিঞ্জাক পামখিদ্রে, মনম মুংশিব চন্দননচিংবনসু হকচাংদ তৈখিদে, নিংথৌগী ফজরব ফিজেৎ লৈতেং পুম্নমক পামখিদ্রে ॥২০॥

স চন্দনোশীরমৃণালদিগ্ধঃ
শোকাগ্নিনাগাৎ দ্যুনিবাসভূয়ম্ ॥২১॥
বিচুক্রুশুর্ভূমিপতের্মহিষ্যঃ
কেশানলুলুঞ্চুঃ স্ববপূংষিজঘ্নুঃ।
বিভূষণান্যুন্মুমুচুঃ ক্ষমায়াং
পেতুর্বভঞ্জুর্বলয়ানি চৈব ॥২২।

অন্বয়ানুবাদ :– চন্দনোশীরমৃণালদিগ্ধঃ – চন্দনন, চরোৎ অঙোব মরান, থম্বোন তেরব, সঃ – দশরথন, শুচা – অবাবন, একত্র – মফম অমত্তদ, ন আসন্ত – লেব ঙমখিদে, ক্ষিতিপালভাগ্যঃ – নিংথৌগী লৈত্তেং ওইব, কৃতাকৃতেভ্যঃ – সনা লুপা খিবিক লৈত্তেংববু, ব্যবংসীৎ – পামখিদে, শোকাগ্নিনা – অবাবগী মৈন, দ্যুনিবাসভূয়ম্ – স্বর্গদ লৈফম ওইন, অগাৎ – চৎখি, [ হায়বদি পরলোক ফংখি ॥২১॥

ভূমিপতেঃ – নিংথৌগী, মহিষ্যঃ – কৌশল্যানচিংবী মহারাণীশিংন, বিচুক্রুশুঃ – কপনখি, কেশান্ শম্পুম্নমক্ লুলুঞ্চুঃ – চাইথোকখি, স্ববপূংষি – মশা পুম্নমক, জঘ্নুঃ – মৈথি, বিভূষণানি—অলঙ্কার পুম্নমকপু, উন্মুমুচুঃ – থাদোকখিঃ ক্ষমায়াং – পৃথ্বীদ, পেতুঃ – তুখি, বলয়ানি খুজিনচিংব পুম্নমক, বভঞ্জুশ্চৈব – অমসুং থুদেকখি ॥২২॥

---

মণিপুরী---দশরথগী অবাব মৈন চাক্লব হকচাংদ, চন্দনন, চরোৎ অঙোব মরান, থম্বোনচিংবশি অসিন, তৈত্তুনসু হেংব লৈখিদে। মরম অসিন মফম অমত্তদ, পোথাতুন লৈব ঙমখিদে। নিংথৌগী লৈত্তেং ওইব, সনা লুপা পুম্নমক থাদোকুন, রামগীদমক থম থম স্বর্গগী লম্বিদ চৎখি ॥২১॥

তাঃ সান্ত্বয়ন্তী ভরতপ্রতীক্ষা
তং বন্ধুতা ন্যক্ষিপদাশুতৈলে।
দূতাংশ্চ রাজাত্মজমানিনীষুঃ
প্রাস্থাপয়ন্মন্ত্রিমতেন যূনঃ ।২৩।

স্বপ্নে নভস্তঃ পতিতং নিরীক্ষ্য-
শ্চক্রে বিবস্বন্তমধঃ স্ফুরন্তম্।

অনয়ানুবাদঃ— বন্ধুতা— মক্লপ মপাং পুম্নমক্ক, ভরতপ্রতীক্ষা--(সতী) ভরতবু ঙাইনব, তাঃ— মহারাণীশিংবু, সান্ত্বয়ন্তী- -থেমজিল্লহুন, তং – দশরথগী অশিব মশাবু, আশু থুন, তৈলে— থাওদ, ন্যক্ষিপৎ— থাদখি, রাজাত্মজং— ভরতবু- আনিনীষুঃ— লৌক্লগে নিংহুনা, যূনঃ-মথোৎ কারকপ, দূতান্ —দূতশিংবু, মন্ত্রিমতেন— মন্ত্রিগী য়াথংন, প্রাস্থাপয়ৎ— চৎহন্খি ।।২৩।।

---

মণিপুরী— দশরথনিংথৌন শিরবদ। মহারাণী কৌশল্যানচিংবী পুম্নমক্ক নিংথৌবু কৌহুন কপনখি। মুংশিরব মচা, মুংশিরব মপুরোইব কাইনবগী অবাবন, মশম মনা ইফা ফান, খুজিনচিংবন লৈতেংলিব পুম্নমক থুদেক্কন, চাইথোক্খি। অদুগ থবাক্ক থুহুম্ন শুরহুন লৈবাক্ক তুখি।।২২।।

মক্লপ মপাং পুমনবক্ক ভরতবু লাকপ ঙাইনব, মহারাণীশিংবু নিংথিব বাহৈন থেমজিনখি। অদুগ দশরথগী অশিবমশা অদু মতম কুইন থম্ব য়ানব থাওদ থাদহুন থমখি। মপাঙ্গল কলব নহা ওইব দূতশিংবু, মন্ত্রিগী য়াথং লৌহুন ভরতবু লৌক্লনব চৎহনখি ।২৪।

আধ্যবসন্মাতৃকুলে সখিভ্যঃ
পশ্যন্নুপ্রমাদং ভরতোঽপি রাজ্ঞঃ ॥২৪॥
অশিশ্রবন্নাত্যয়িকং তমেত্য।
দূতা যদার্থং প্রয়িয়াসয়ন্তঃ।
আংহিষ্ট জাতাভিহিষত্তদাসা-
বুৎকণ্ঠমানো ভরতো গুরূণাম্ ॥২৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—মাতৃকুলে—মমাগী য়ুমদ, বসন্—লৈপ্রব, ভরতঃ অপি—ভরতনসু, সুপ্তঃ (সন্)—তুম্লিচৈদ (মংদ) নভন্তঃ -আকাশদগী, পতিতম্ —তারকনূ অধঃ—লৈপাক, স্ফুরন্তং — চৎলয়ব, বিবস্বন্তং — তুমিংপু, নিরীক্ষাঞ্চক্রে—উখি, রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী, প্রমাদং—অনর্থ ওইবসু, পশ্যন্—উয়গ, সখিভ্যঃ—মরুপশিংদ, আখ্যৎ—হায়খি ॥২৪॥

যদা—মতম অমুদ, দূতাঃ—দূতশিংন, এত্য — লাক্লগ, প্রয়িয়াসয়ন্তঃ—হন্নগে নিংলহুন, তং ভরতম্, আত্যয়িকং—অমাংব থোকব্রিব অর্থং—কৈকেয়ীগী ময়ম পুম্নমক, ন অশিশ্রবন্—তাহনখিদে, তদা—মতম অমুদ, গুরূণাং—পিতাবচিংবসু উৎকণ্ঠমানঃ — থিংলিব, অসৌ ভরতঃ—অমুগুম ভরতন, জাতাভিহিষঃ—চৎলগে হায়ন নিংহুম, আংহিষ্ট চৎখি ॥২৫॥

---

মনিপুরী—(মামগী ময়ুমদ লৈপ্রব ভরতন, তুম্লিচৈদ (মমংদ) আকাশদ থোক্লিব তুমিংস, নাহয়কনূম মতাম কমায়ুক লোইবন, লৈপাক তাহুন চৎলব উখি। মশামগী কময় অমাং থোক্লবনো হায়ন মমারমশিংদ, মংগী মা পুম্নমক মিংথিন তমখি ॥২৪॥

বন্ধূনশক্তিষ্ট সমাকুলত্বা-
দাসেদুষঃ স্নেহবশাদপায়ম্।
গোমায়ুসারঙ্গগণাশ্চ সম্যঙ্
নারাসিষুর্ভীমমরাসিষুশ্চ ॥২৬॥
স প্রোষিবানেত্য পুরং প্রবেক্ষ্যন্ন
শুশ্রাব ঘোষং ন জনৌঘজন্যম্।
আকর্ণয়ামাস ন বেদনাদ ন্
চোপলেভে বণিজাং পণায়ান্ ॥২৭

অন্বয়ানুবাদঃ—সমাকুলত্বাৎ—পুক্কিংদ থাগ্রদুনা, স্নেহবশাচ্চ — মুংশিবন থুডুম চনখিদুনা, বন্ধূন্—মরূপ মপাং মমা মপানচিংবনং, অপায়ং –অমাংবগু আসেদুষঃ—ফংলবর হায়না, অশক্তিষ্ট—চিংনখি, গোমায়ুসারঙ্গগণাশ্চ—শজি লমহৈনচিংব পুন্নমক্সু, সম্যক্—অমুকুল ওইনা, ন অরাসিষুঃ—চৎখিদে, (লমহৈন রৈংওইনবগ শাজিদ ওইওইনখি) ভীমং—অকিবগী মশক ওইনা, অরাসিষুশ্চ—অমসুং খোংখি ॥২৬॥

---

মণিপুরী—মতম অদুদ মুক্তশিংগী লাক্লগ, কোন্নুংদ খোক্লিব থৌদোক পুন্নমক, অমত্তা ভাহন্দিরে। অদুগ ভরতনা চৎনরব বাত হায়খি। ভরতনসু মতম কুইনা উন্নব্রব, শুক্লশিংবু উনবিংদুনা, য়ৌনিংখিবনা, করি অমত্তা (হংলুব তৌদনা) অযোধ্যা ভাগ চৎখি ॥২৫॥

মতৌ অসুম ভরতনা লাকপ নবাদ, লমহৈন রৈংওইনব খোংখি অদুগ শজিন ওইয়ইনখি, অসিওব অমজলগী খুদম মগাম, অকিবগী মশক ওইনা, খেক খেক খোংখি। মদু উবা ভরতনা পুক্কিংদ চিংনখি। কোন্নুংগী ইমা ইমা, মরূপ মপানশিংগী করম অথাম তাম্বনো, হায়না কওন্ মওন্ খন্থি ॥২৬॥

চক্রন্দুরুচ্চৈর্নৃপতিং সমেত্য
তং মাতরোঽভ্যর্ণমুপাগতাস্রাঃ।
পুরোহিতামাত্যমুখাশ্চ যোধা
বিরূঢ়মন্যুপ্রতিপূর্ণমন্যাঃ ॥২৮॥
দিদৃক্ষমাণঃ পরিতঃ সসীতং
রামং যদা নৈক্ষত লক্ষণঞ্চ

অন্বয়ানুবাদঃ —সঃ — ভরতন, (প্রোষিবান্ সন্)— মতম্ কয়ামরুম লৈকরগ, এত্য—লাকুগ, পুরং—অযোধ্যা কোনুংদ প্রবেক্ষ্যন্—চংলকপদ, জনৌঘজন্যং—মীয়াম্ তিনবদগী খোক্লকপ, ঘোষং—খোঞ্জেন্বু, ন শুশ্রাব— তাখিদে, বেদনাদোন্ —বেদপাঠ তৌবগী খোঞ্জেনবু, ন আকর্ণয়ামাস—তাখিদে, বণিজাং—ললোনবশিংগী, পণ্যাশ্চ—লৈব য়োনব অমত্তসু, ন উপলেভে—উব ফংখিদে ॥২৭॥

মাতরঃ—কৌশল্যানচিংবী মমা অহমন, পুরোহিতাঃ— পুরোহিতশিংন, অমাত্যমুখাঃ—লুচিংলব মন্ত্রিশিংন, যোধাশ্চ—লানমীশিংনসু, অভ্যর্ণম্—আসন্ন ওইরব, তং—ভরতুবু, সমেত্য—ফংলগ, বিরূঢ়মন্যু প্রতিপূর্ণমন্যাঃ—খৌরিদ কোক নঙলদ অধাব খিবিক্ক তিল্লহুন, উপাগতাস্রাঃ—মিংলুদগী পী শিহরহুন, উচ্চৈঃ — খোঞ্জেন বাংন, নৃপতিং — নিংথৌবু কৌহনা, চক্রন্দুঃ—কপ্‌নখি ॥২৮॥

মণিপুরী—ভরতন মতম কয়ানিমরুপ্ (মমাগী য়ুমদ) লৈকরগ হলবদুন অযোধ্য কোনুংদ চংলকপদ, মীয়াম তিনবগী মখোম অমত্তসু তাখিদে। বেদপাঠ তৌবগী খোঞ্জেনসু তাব ফংখিদে। অদুগ ললোনবশিংগী [ পোথয়োনব মীশিংগী ] খুমঙ্ অমগ লৈনব, য়োনব অমত্তসু উখিদে। [ হায়বদি পুরমক অসি চপ মান্নব হুয়নিংথি ॥২৭॥

রোরুদ্যমানঃ স তদাভ্যপৃচ্ছৎ
যথাবদাখ্যন্নথ বৃত্তমস্মৈ ॥২৯॥
আবদ্ধভীমভ্রুকুটীবিভঙ্গঃ
শেশ্বীয়মানারুণরৌদ্রনেত্রঃ ।
উচ্চৈরুপালব্ধ স কেকয়ীঞ্চ
শোকে মুহুশ্চাবিরতং ন্যমাঙ্ক্ষীৎ ॥৩০॥

অনয়ানুবাদ—সঃ—ভরতন, পরিতঃ — মফম পুম্নমক্ত, দিদৃক্ষমাণঃ — [ সন্ ] য়েঙ্গে হায়ন নিংলকপ, যদা—মতম অহুদ, সসীতং - সীতাগ লোইনন, রামং—রামবু, লক্ষ্মণংচ লক্ষ্মণবুসু, নঐক্ষত—উখিদে, তদা—মতম অহুদ, রোরুদ্যমানঃ—হয় হয় কপ্লহন, অপৃচ্ছৎ—হংখি, অথ—অহুগী তুংদ, অস্মৈ — ভরতগী মফমদ, বৃত্তং — থোকখিব মরম পুম্নমক, আখ্যন্—হায়খি ॥২৯॥

মণিপুরী—কৌশল্যানচিংবী মমা অহমন, পুরোহিতন, লুচিংলিব মীজি শিংন, মনাই মশল কয়া, লাম্নিশিংনসু, লাক্লিব ভরতগী মথাক চংশিন্দুনা, থাংবমঙত্রব অবাবন থৌরিদ অমসুং কোক্ত, নদলদ মপুং ফারহুন, মিৎলুদগী পী শিহুরহুন, দশরথ নিংথৌবু থোক্তেন বাংন কৌহুন কপ্‌নখি ॥২৮॥

ভরতন মফম পুম্নমক্ত [ লৈব মচিন মনাও মরুপ মপাং অমসুং নিংথৌনচিংব পুম্নমক ] উনগে নিংলকপ মতম অহুদ, সীতাগ লোইন্ন রাম, লক্ষ্মণবু উদবগী অবাবন, কপ্লকপ্লহুন [ লৈমিব মীয়ামশিংদ ] হংখি। মাদ হংলিব অহুগী মতুং ইন্ন, থোকখিব থৌদোক পুম্নমক ভরতদ তমৃখি ॥২৯॥

নৃপাত্মজৌ চিক্লিশতুঃ সসীতৌ
মমার রাজা বিধবা ভবত্যঃ।
শোচ্যা বয়ং ভূরনৃপা লঘুত্বং
কেকয্যুপজ্ঞং বত বন্ধ্বনর্থম্ ॥৩১॥
নৈতন্মতং মৎকমিতি ব্রুবাণঃ
সহস্রশোহসৌ শপথানশপ্যৎ।

অন্বয়ানুবাদ :—সঃ—ভরতন, আবদ্ধভীমভ্রুকুটীবিভঙ্গঃ—(রামন লৈরমদবগী মরম খংলবগী তুংদ) শাওখিবন, অকিবগী মশক ওইন শীত্তম থেরহুন, শেষীয়মানারুণরৌদ্রনেত্রঃ—অশাওব হেনগৎখিবন মিৎ অনি অতু অরাংবব মুংশাগুম্রব মিৎন, কেকয়ীং—মমা কৈকেয়ীবু [য়েংলহুন] মুহুঃ—হয় হয়, উচ্চৈঃ—খোঙ্গেন বাংন, উপালব্ধ—চৈরহুন শোকে—অবাবগী সমুদ্রদ, অবিরতং—অপনব লৈতন, ন্যমাঙ্ক্ষীচ্চ—অমমুং লুপখি ॥৩২॥

সসীতৌ—সীতাগ লোইনরহুন, নৃপাত্মজৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন; চিক্লিশতুঃ—অবাব ফংত্রে, রাজা—দশরথন; মমার—শিত্রবদ, ভবত্যঃ—নখোই পুরমক, বিধবাঃ—লুখা ওইরে, বয়ম্—ঐখোই পুরুষক, শোচ্যাঃ—অবাব ওইরে, ভূঃ—পৃথ্বীদ, অনৃপা—নিংথৌ পাঙ্গব ওইরে; বত—অবাবনি, কেকয্যুপজ্ঞং—কৈকেয়ীদ খংহলগ, বন্ধ্বনর্থং—কাংবদ [দোষ মরাম অসিন] লঘুত্বং — অপিকপ মতৌ [অতোনবা মতৌ ওইরে। ॥৩১॥

মণিপুরী—[রামন লৈরমদবগী মরম খংলবদ] শাওখিবন পিত্তন অতু থেরহুন, মারুব মুংশাগী মঙানগুম, ওংলব মিৎ অনিন, মমা কৈকেয়ীদ [য়েংলুহুন] অবাংব খোঙ্গেম হয় হয় চৈরহুন, অবাবগী সমুদ্রদ, অপনব লৈতন লুপখি ॥৩০।

উদ্ব'শ্যমানঃ পিতরং সরামং
লুঠ্যন্ সশোকো ভুবি রোরুদাবান্ ॥৩২॥
তং সুস্থয়ন্তঃ সচিবা নরেন্দ্রং
দিধক্ষয়ন্তঃ সমুদূহয়ারাৎ।
অন্ত্যাহুতিং হাবয়িতুং সবিপ্রা-
শ্চিচীষয়ন্তোঽধ্বরপাত্রজাতম্ ॥৩৩॥

অন্বয়ানুবাদঃ—সশোকঃ—অবাবগ লোইনবব, অসৌ—ভরতন, সরামং রামগ লোইনন, পিতরং—দশরথবু, উদ্বাশ্যমানঃ—খোঞ্জেন বাংল কৌরদুন, ভুবি—পৃথীদ, লুঠ্যন্—ওল্লদুন, রোরুদাবান্—হয় হয় কপ্লদুন, এতৎ মতং—থোক্লিব অসি, মৎকংন—ঐন তৌব [থোকহনব] নত্তে, ইতি—অসুম, ব্রুবাণঃ—হায়রদুন, সহস্রশঃ—লিশিং লিশিংলক হয়, শপথান্—থাজনব বা কয়ামুক, অশপ্যৎ—তৌখি [হায়খি] ॥৩২॥

মণিপুরী—ভরতন মমা কৈকেয়ীদ খংননব হায়খি। অবাবনি সীতাগ লোইনন রাম লক্ষ্মণন, অবাব ওইবে, নিংথৌন রাম কাইনবগী অবাবন মরম ওইদুন শিখে। হৌজিক নখোই পুরমক লুখ্রে। ওইরে, ঐখোই পুরমকসু অবব তারে, অযোধ্যা অসি নিংথৌ পান্দব লৈবাক্ ওইরে, [অসিগুম দোষ মরাম অসি] অপীকপ, অতোনব, বাখল ওইবদগী [হায়বদি নিংথৌগী পদবী পাম্বদগী পুরমক অসি থোকখ্রিবনি ॥৩২॥

অবাবগ লোইনরব ভরতনা, রামগ লোইনন দশরথবু খোঞ্জেল বাংন কৌরগ, লৈপাক্ত ওল্লদুন হয় হয় কপখি। অদুগ অসুম হায়খি, [হন্দক ইমাগী খুজিন থে রাংদগী] থোক্লিব থৌথোক পুরমক অসি ঐদি করি অমত্ত খংদে, ঐন ইনশিনবসু নত্তে, হায়দুন কয়া কয়ামক হয় থাজনব, মাগী অশেংব বাখন কয়া পুথোকদুনা হায়খি ॥৩২॥

উদক্ষিপন্ পট্টদুকূলকেতূ-
নবাদয়ন্ বেণুমৃদঙ্গকাংস্যম্ ।
কম্বূংশ্চ তারানধমন্ সমস্ত-
স্তথানয়ন্ কুঙ্কুমচন্দনানি ৩৪ ।

অন্বয়ানুবাদঃ - সচিবাঃ - মন্ত্রিশিংন, তং - ভরতপু, সুহৃয়ন্তঃ - নিংখিন তপথহল্লদুন, নরেন্দ্রং - দশরথবু, দিধক্ষয়ন্তঃ - দাহ তৌগে নিংলদুন, সবিপ্রাঃ - ব্রাহ্মণশিংগ লোইনন, অন্ত্যাহুতিং - প্রেতগী আহুতিবু, হাবয়িত্বং - হোম তৌনবগীদমক, অধরপাত্রজাতং - যজ্ঞদ চংব পোৎলম পুমমক, চিচীষয়ন্তঃ - হেন্নদুন, আয়াৎ - লাপ্তন, সমুদূহঃ - নিংখিন ফংখ, (শ্মশানভূমি - য়ৌখি) ।।৩৩।।

পট্টদুকূলকেতূন্ - রেশমী ফিগী ফিরানবু, উৎক্ষিপন্ - থুংখি, বেণু-মৃদঙ্গকাংস্যম্ - বংশী খোংব পুং মৈব, সেন মৈব পুমমক, অবাদয়ন্ - মৈখি, তারান্ - খোঞ্জেল থাংন, কম্বূংশ্চ - মোইবুংনসু, অধমন্ - থলহনখি, [খোংখি] সমন্ত ৎ - মাইকৈ পুমমকগী, কুঙ্কুমচন্দনানি - কুঙ্কুমচন্দননচিংববু, আনয়ন্ - পুরকখি ।।৩৪ ।

মণিপুরী - মন্ত্রিশিংন ভরতপু নিংখিন তপথহনলগ, নিংথৌগী মৃত দেহ অদু দাহ তৌগে নিংলদুন ব্রাহ্মণশিংগ লোইনন অশিব হকচাং অদুন হোম তৌনবগীদমক যজ্ঞগী পোৎচং কয়াগ লোইনন [কোম্নুংদগী লাপথোকন] শ্মশানভূমি শেমদুন, যজ্ঞগী চিতা মথক থাজংখি ।।৩৩।।

চিতাগী অকোইব চিথেক মরিদ, রেশমি ফিম শেমলব ফিরান থুংখি । পুং মৈব, শেন মৈব, বংশী খোংবনচিংব যন্ত্র পুমনমক মৈদুন (মঙ্গলগী ধ্বনি তৌরি) অদুগী মরক্ত অথাংব খোঞ্জেলদ মোইবুং খোংখি । মাইকৈ পুমমকগী মনম নুংশিরব চন্দনগী মথল পুরমক, নিংথৌগী দেহ অদু দাহ তৌনবগীদমক পুরকখি ।।৩৪।।

শ্রোত্রাক্ষিনাসাবদনং সরুক্মং
কৃষ্ণাজিনে প্রাক্‌শিরসং নিধায়।
সঞ্চিত্য পাত্রাণি যথাবিধানং
ঋত্বিগ্‌জুহাব জ্বলিতং চিতাগ্নিম্‌ ॥৩৫॥

কৃতেষু পিণ্ডোদকসঞ্চয়েষু
হিত্বাভিষেকং প্রকৃতং প্রজাভিঃ।
প্রত্যানিনীষুর্বিনয়েন রামং
প্রায়াদরণ্যং ভরতঃ সপৌরঃ ॥৩৬॥

অন্বয়ানুবাদ :--ঋত্বিগ - সংস্কর্তা ভরতন, অজিনে - কৃষ্ণসার কৌব সজি মউন্দ, প্রাক্‌শিরসং - মকোক নোংপোক ওয়, নিধায় - থাদংলদুনা, শ্রোত্রাক্ষিনাসাবদনং - নাকোংদ মিত্ত নাতোন্দ চিনথাক্‌, সরুক্মং - সনাগ লোইনন, কৃত্বা - তৌরদুনা হাপলদুনা, পাত্রাণি - শ্রুবনচিংব যজ্ঞপাত্রন, যথাবিধানং - বিধি কাইদনা, সংচিত্য - [হকচাংগী অমমব খুদিংদ] হাপলদুনা, জ্বলিতং - চাক্রব, চিতাগ্নি - চিতাগী মৈদ, জুহাব - হোম তৌখি ॥৩৫॥

ভরতঃ - ভরতন, পিণ্ডোদকসঞ্চয়েষু—অস্থি সঞ্চয়ক, পিণ্ডদান, শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংব পূম্নমক, কৃতেষু —তৌরগ, প্রজাভিঃ — প্রজা পুম্নমক, প্রকৃতং — নিংখিন তৌরিব, অভিষেকং—রাজ্যাভিষেকপু, হিত্বা—

---

মণিপুরী —ভরতন শবদেহগী কোর্ক অতু শবেং মউন মথক, নোংপোক ওয় থাদংদুনা থমলগা মিৎ, নাকোং, নাতোন, চিনবান, হাঁয়গির মকমশিং অসিদ সনান লৈতেং থাপখি। অদুগ হকচাংগী মকম খুদিংদ যজ্ঞ পাত্রন, বেদ বিধি কাইদনা হাপজদুনা কয় চাক্রিব চিতাগী মৈদুংদ অশিব দেহ অদুন হোম ওইনা কওখি ॥৩৫॥

শীঘ্রায়মাণৈঃ ককুভোঽশ্রুবানৈ
র্জনৈরপস্থ্য সমুপেত্য স্পৃষ্টঃ।
শোকাদভূ'যৈরপি ভূশ্চকাসা
ঞ্চকার নাগেন্দ্রনথাশ্বমিশ্রৈঃ ॥৩৭॥

অন্বাবাস্থ্য—ং'দে ক্ত্ন, বাম'—রামচন্দ্রবু, প্রত্যানিনীষু'—হনলক হন্গে নি'ষ্ঠনা, সপৌ?ঃ—পুববাসি পুম্নমক্ত র্লোইনন, অরণাং—বনদ; বি'যেন —নে'পলুক্রন, প্রায়াৎ—চৎখি ॥৩৬॥

শীঘ্রায়মাণৈঃ—থুন চৎলিবশিংন, ককুভঃ—মাইকৈ পুম্নমক্ত, অশ্রু-বানৈঃ—শিনবা থুংন ( চৎলিবশিংনা ) অপস্থানম—ন্দ্বী নত্তবদ, উপেত্য—ফ লগ, স্পৃষ্টঃ—চৎলিবশিংন, শোকাৎ—অবাবদগী, অভূযৈঃ অপি—ৈলেচ'দ্রবসু. নাগেন্দ্রবথাশ্বমিশ্রৈঃ—শগোল শামু বথখিবিক্ত লোইনরব. জনৈঃ —মী পুম্নমক্ত, ভূঃ — পৃথ্বিদ; চক'স'ঞ্চকার—নি'খিজ্রখি ॥৩৭

---

মণিপূবী—ভবতন দশবথগীদমক ফিগুলান, অস্থিপঞ্জর, শ্রাদ্ধা তর্পণ-নচি'বা, কর্ম্ম পুম্নমক মপুংফান নখি। অত্নগী মতুংন পক্তা পুম্নমক্ত, নিংথৌ ওইনবগীদমক লাংলিব থৌরাং পুম্নমক থাদে'ক্ত্ন, বামন বনদ চৎত্রিব অত্ন অমুক হন্ন লৌক্ষনবগীদমক, পুংবাসি পুম্নমক লোইনন নোললুক্রন চৎখি ॥৩৬॥

মী পুম্নমক্ত ( রামবু উনিংবদগী ) থুন মাইকৈ পুম্নমক, শিনব থুংন লাকপনা লম্বী নত্রবসু, ফংলুব মফম পুম্নমক্ত অতৎপ লৈতন চৎখি। মথোইশিং আসিন অবাবন ( থুমহৎখিত্নন ) মখল মখলগী লৈতেং কয়া য়াওব্রবসু, শগোল শামু, রথ, কয়াগ লোইনন লাক্লিব মী পুম্নমক্ত পৃথিবীদ নিংখিজ্রব ওইখি ॥৩৭॥

উচ্চিকিৎ্যরে পুষ্পফলং বনানি
সস্নুঃ পিতৄন্ পিপ্রিয়ুরাপগাসু ।
আরেমুরিত্বা পুলিনান্যশঙ্কং
ছায়াং সমাশ্রিশ্রমুশ্চ ।৩৮।।

সম্প্রাপ্য তীরং তমসাপগায়া
গঙ্গাম্বুসম্পর্কবিশুদ্ধিভাজঃ ।
বিগাহিতুং যামুনমম্বু পুন্যং
যযুর্নিদ্ধশ্রমবৃত্তযস্তে ।।৩৯।।

অন্বয়ানুবাদঃ—তে—মী পুম্নমক্ন। বনানি—বনপুম্নমক, পুষ্পফলং—হৈ-লৈবু, উচ্চিকাবে—হেকখি, আপগাসু—ঈশিং খিংবক্ত, সস্নুঃ—ঈরুজখি, পিতৄন্—পিতৃলোক পুম্নমকপু, পিপ্রিয়ুঃ—পেলহনখি, পুলিনানি—তুরেল খোংবানশিংদ, ইত্বা—চত্তুন, অশঙ্ক—চিংনব লৈতন, আরেমুঃ—অবাব কোক্লব, (আবেট্টুঃ—অবাবগী খোংগ্গেম্ন ঙাংনরব্রুন) ছায়াম্—উরুমদ, সমাশ্রিত্য—চংশিন্দুন, বিশশ্রমুশ্চ—অমসুং পোথাখি ।।৩৮।।

তে—মী পুম্নমক্ন, গঙ্গাম্বুসম্পর্কবিশুদ্ধিভাজঃ—ভাগীরথী গঙ্গাগ শোক্ল-জরুবদগী পুক্লিং হকচাং পুম্নমক শেংলহুনা, তমসাগায়াঃ—তমসানদীগী,

---

মণিপুরী—মী পুমনমক্ন বন কয়াদগী, হৈ-লৈ হেক্তুন চাখি, অমসুং চিনখি। অতুগ ঈশিংদ ঈরুজরুন, পিতৃলোকশিংদগীদমক জলাঞ্জলি কত্তুন পেলহনখি। অসুম্ন তুরেনগী খোংবান কয়াদ চিংনব লৈতন লাকপন অবাব কোক্লব। উরুম ফংলগসু পোথাখি ।।৩৮।।

ঈয়ুর্ভরদ্বাজমুনের্নিকেতং
যস্মিন্ বিশশ্রাম সমেত্য রামঃ।
চ্যুতাশনায়াঃ ফলবদ্বিভূত্যা
ব্যাস্থন্ ঊদন্যাঃ শিশিরৈঃ পয়োভিঃ ॥৪০

তীরং—খোংবানবু, সম্পাপ্য—ফংলগা, নিরুদ্ধশ্রমবৃত্তয়ঃ অবাব . নক কোক্লহুন, পুন্যং—শেংলব. যামুনং—যমুনাগী, অম্বু—৮ ম গা। হি ;ুঃ—স্নান তৌনবগীদমক, যযুঃ—চৎখি ॥৩৯।

( তে—মী পুম্নমক ) ভরদ্বাজমুনেঃ — ভরদ্বাজমুনি ় ( .. আশ্রমদ, ঈয়ুঃ—চৎখি, যস্মিন্—মফম অদুদ, রাম ঃ . রা ১ ন, ড। —লাক্লুন বিশশ্রাম—পোত্থাখি, ( অর্থ—অদুগী ভু . ে—মী-পুন্নমক ) ফলবদ্বিভূত্যা —উহৈগুম্লব বিভূতিন. চ্যুতাশন য — . . ৯ পুম্নমক কোক্লহুনা, শিশিরৈঃ—ইংলব. পয়োভিঃ—ঈশিংনা, ঊদন্যাং— খোরাংববু ব্যাস্থন্—কোকৃখি ॥৪০॥

---

মণিপুরী—মী পুম্নমক্ন ভগীরথী গঙ্গাগী অলগ, শোক্লক্লবদগ পূর্কিং হকচা—পুন্নমক শেংলগ, তমপ নদীগী খোংবান্ ফংলগ মতম অদুদ মীয়াম পুম্নমক্কী অবাব কোক্লহুন, পুণ্যগী মশক ওইরব যমুন তুরেল্দ, স্নান তৌনবগী দমক চৎখি।

মীপুম্নমক্ক ভরদ্বাজমুনিগী আশ্রমদ চৎখি। মফম অদদ আশ্রমদ রামচন্দ্রন লাক্লুন পোত্থখি। অদুগী ভুংদ মী পুম্নমক্কা উহৈন মপুং ফাবব সম্পত্তি অদু লৌহুনা অরাব কোকখি। অদুগা ঈশিং খোরাং পুম্নমকসু কোকখি ॥৪০॥

বাচংযমান্ স্থণ্ডিলশায়িনশ্চ
যুযুক্ষমাণাননিশং মুমুক্ষূন্।
অধ্যাপয়ন্তং বিনয়াৎ প্রণেমুঃ
পদ্গা ভরদ্বাজমুনিং সশিষ্যম্ ॥৪১॥
আতিথ্যমেভ্যঃ পরিনির্বিবপ্সোঃ
কল্পদ্রুমা যোগবলেন ফেলুঃ।
ধামপ্রবিষ্টা মদিমান্বিতানি
বাসাংসি চ দ্রাঘিমবন্ত্যদূক্তঃ ॥৪২॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বাচংযমান্—মৌনব্রত ওইব, স্থণ্ডিলশায়িনঃ—লৈবাক্ত হিপ্লুন, অনিশং—অতৎপ লৈতন, যুযুক্ষমাণান্—যুক্ত ওইগে নিংঙুন মুমুক্ষূন্—মোক্ষপদবু ফংগে নিংঙুন, অধ্যাপয়ন্তং—ছাত্রশিংদ ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিরিব, সশিষ্যম্—শিষ্যশিংগ লোইনরব, ভরদ্বাজমুনিং—ভারদ্বাজমুনিবু, [তে—মখোয়না] পদ্গা [সন্ত—মখোয়না চত্নুন, বিনয়াৎ—নোল্লুক্নুন, প্রণেমুঃ—খুরমখি ॥৪১॥

এভ্যঃ—ভরতনচিংবশিংগীদমক্, আতিথ্যম্—অতিথিগী সৎকারবু, পরিনির্বিবপ্সোঃ—পীগে নিংঙুন, ধামপ্রবিষ্টানঃ তেক্কগী মহৈন, যোগবলেন—যোগগী শক্তিন, কল্পদ্রুমঃ—কল্পবৃক্ষ মযামন, ফেলুঃ—মহৈ য়ানখি, মদিমান্বিতানি—থাৎলব মতেংন তিল্লব [কুপ্পনাল্লব] দ্রাঘিমবন্তি—শাংলব, বাসাংসি চ—ফিময়ামসু; উদূক্তঃ—থোকহন্খি ॥৪২॥

---

মণিপুরী—মৌনব্রত ওইহুন, লৈপাক্ত হিপ্লগ অতৎপ লৈতন যুক্ত ওইহুন, মোক্ষপদবু ফংগে নিংঙুন ছাত্রশিংদ ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিরিব শিষ্যশিংগ লোইনরব ভরদ্বাজ মুনিবু, মী পুম্নমক্না মখোয়না চংশিন্লক্নুন নোল্লুক্নুনা খুরমখি ॥৪১॥

আজ্ঞাং প্রতীষুর্বিনয়াদুপাস্থু-
র্জগুঃ সরাগং নন্তুঃ সহাবম্।
সবিভ্রমং নেমুরুদাররমুচু-
স্তিলোত্তমাদ্যা বনিতাশ্চ তস্মিন্ ॥৪৩॥

অন্বয়ানুবাদঃ—তস্মিন্—মতম অদুদা তিলোত্তমাদ্যাঃ—তিলোত্তমাগুম্বী বনিতাশ্চ—নুপীশিংনসু, আজ্ঞাং—যাথংবু, প্রতীষুঃ—লৌয়দুন, বিনয়াৎ—নোল্লুকন, উপাস্থুঃ—লৈখি, [পাদপ্রক্ষালনাদিনা অসেবন্ত—খোংহা-দ্বনচিংব সেবা তৌখি] সরাগং -রাগগ লোইনন, জগুঃ—ইশৈ শকখি, সহাবং শৃঙ্গাররসগ লোইনন, ননৃতুঃ—জগোই শাখি, সবিভ্রমং—বিলাসগ লোইনন, নেমুঃ—খুরুমখি, উদারং—গম্ভীর ওইন, উচুশ্চ—অমসুং হায়খি ॥৪৩॥

---

মাপুবী—ভরতনচিংব লাক্লিব মপুম্বমক, অতিথিগী সংকার তৌগে নিংলদুন, ভরদ্বাজ মুনিগী যোগগী .তম মপৈন, কল্পবৃক্ষগুম মহৈ যানখি। মতুদি থোংলব অমসুং নায়শাংলব, ফি কয়ামুক থোকহলখি ॥৪২॥

মতম অদুদ (লাক্লিব নিপাশিং অদুগী লৈনব যুম, চানব, থকব, তুম্বব, পুম্বমক অবাৎপ লৈতনা থাকহন্নখি।) মশক ফজবদ তিলো-ত্তমাগুম্বা জগোই শাবী নুপীশংন নিপা অমমমগী সেবা তৌরদুন, (পাদপ্রক্ষালনচিংব লোইরগ) যাথং লেপ্তুন রাগগ লোইনরুব, ইশৈ শকদুনা জগোই শাখি। বিলাসগ লোইনন খুরুমদুন, নিংথিরব ৱারীসু শানখি ॥৪৩॥

নৈবেন্দ্রাণী ন রুদ্রাণী ন মানবী ন রোহিণী।
বরুণাণী ন নাগ্নায়ী তস্যাঃ সীমন্তিণী সমা ॥২২॥
প্রত্যূচে রাক্ষসেন্দ্রস্তামাশ্বসিহি বিভেষিকিম্।
ত্যজ নক্তঞ্চরি ক্ষোভং বাচাটে রাবণো হ্যহম্. ॥২৩॥

অন্বয়ানুবাদ:—ইন্দ্রাণী—ইন্দ্রগী মূপী শচীন, তস্যা—সীতাগ, সমা—মান্নব, সীমন্তিণী—মূপী, ন—নত্তে, রুদ্রাণী—দূর্গান, তস্যাঃ—সীতাগ সমা—মান্নব, সীমন্তিণী ন—মূপী নত্তে, মানবী—মনুগী মূপীন, তস্যাঃ —সীতাগ, সমা—মান্নব, সীমন্তিণী ন—মূপী ওইদে, রোহিণী—থাগী মূপী রোহিণীন, তস্যাঃ-সীতাগ, সমা—মান্নব, সীমন্তিণী ন — মূপী ওইদে, অগ্নায়ী—মৈগী মূপীন, তস্যা—সীতাগ, সমা—মান্নব, সীমন্তিণী মূপী, নএব—লেপ্পমক ওইদে ॥২২॥

রাক্ষসেন্দ্রঃ—হিংচাবগী, অধিপতি—রাবণন, তাংপ্রত্যূচে—শূর্পণখাগী মফমদ হায়খি' হেনক্তঞ্চরি — হে হিংচায়ী।. আশ্বসিহি — অশাওব ফাজিল্লু. কিং—করিগীদমক; বিভেষি—করিবনো হে—বাচাটে—হে বাঙাং হৈবী—ক্ষোভং—লাংতক্লবব্. ত্যজ — থাদোকউ. হি—মরমদি, অহং রাবণঃ—ঙাংলিব ঐ অসি রাবণনি; ॥২৩॥

---

মণিপুরী—[ পৃথ্বীগী মরোন অহুম অসিগী মনুংদ লৈরিবী মূপীশিংগী ময়ক্তগী থোইদোক্লবী কয়াস্ লৈ ] ইন্দ্রগী মূপী শচী, মহাদেবাগী প্রিয়া পার্ব্বতী; মনুগী মূপী মানবি, চন্দ্রদেবাগি প্রিয়া — রোহিণী; বরুণগি মূপী— বরুণাণী; মহা কৌব মৈগি মূপী—অগ্নায়িনচিংব; — মথোইশিং অসিন রামগী দয়িতা ওইবা সীতাগ মান্নবী অমত্ত নত্তে [ হায়বদি সীতান পূন্নক্তগি অথোইবিনী ॥২২॥

মামুপাস্ত দিদৃক্ষাবান্যাষ্টীক ব্যাহতো হরিঃ ।
আজ্ঞালাভোন্মুখো দূরাৎকাক্ষেণানাদরেক্ষিতঃ ॥২৪॥

বিরুগ্ণোদগ্রধারাগ্রঃ কুলিশো মম বক্ষসি ।
অভিন্নং শতধাত্মানং মন্যতে বলিনং বলী ॥২৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—দিদৃক্ষাবান্—য়েংগে হায়না নিংদব, যাষ্টীকব্যাহতঃ—[ অপি ] থোংশংবন থিংলবদসু, আজ্ঞালাভোন্মুখঃ—য়াথং ফংনবগীদমক মমায় থাজত্তুন লৈরিব, দূরাৎ—অয়াপ্পদ, হরিঃ—ইন্দ্রন, কাক্ষেণ—অথাব মিৎয়েংন, অনাদরেক্ষিতঃ ( সন্ )—থোওইদন য়েংলবদসু, মাং—ঐবু, উপাস্ত—পূজা তোখি ॥২৪॥

বলী—কল্লব, কুলিশঃ—বজ্রন, মম—ঐগী, বক্ষসি — থবাক্ত, বিরুগ্ণোদগ্রধারাগ্রঃ—থোয়ব মচীন্ পংখিদুন, শতধা—মতেক চামথোক্ত, অভিন্নম্—তেক্তিদ্রব, আত্মানং—মশাবু, বলিনংমন্যতে—অকন্‌বনি হায়না নিংলি ॥২৫॥

---

মণিপুরী—রাবণ নিংথৌন শূর্পণখাগী থাঙাংশিং অহু তারগ হায়খি। অহিংদ চৎলবী হে—চিংচাবী! করিগী অহুক শাওরিবনো? নংগী মশাওব অহু ফাজিল্লু, হে—চিম্বিবী! করিগী কিরিবনো? নংগী লাংতক্কব অহু থাদোক্কউ, মরমদি—"ঐ অসি" রাবণ নিংথৌনি ॥২৩॥

ইন্দ্ররাজন রাবণ ঐবু য়েংনিংলদুন লাকপদ, থোংশংবন থিংলবদ ঐগী য়াথং চাইদুন মমাই থাজত্তুন লৈরিদৈদ, অয়াপ্পদ অথাব মিয়েংন থোওইদন য়েংলবদসু, ঐবু পূজা তৌখি ॥২৪॥

কৃত্বা লঙ্কাক্রমালানমহমৈরাবতং গজম্ ।
বন্ধনেঽনুপযোগিত্বান্নতং তৃণবদত্যজম্ ॥২৬॥
আহোপুরুষিকাং পশ্য মম যদ্রত্নকান্তিভিঃ
ধ্বস্তান্ধকারেঽপি পুরে পূর্ণেন্দো সন্নিধিঃসদা । ২৭॥

:—অহং—রাবন ঐন, ঐরাবতম্—ঐরাবত কৌব, গজং শামুবু, লঙ্কাক্রমালানং—লঙ্কাগী উপাশীদ মাবু পুন্নব মুৱী ওইব হায়বত্ত, কৃত্বা—তৌবত্তুন, বন্ধনে—পুনবদ, অনুপযোগিত্বাৎ—মতিক চাদব ওই-বদগী, তম্—ঐবাবতপু, তৃণবং — নাপীগুম, ন অত্যজং — থাদোক-খিদবর ? ।।২৬।।

মম—রাবণ ঐগী. আহোপুরুষিকাং—নিপ থোকপ মতৌ. পশ্য য়েংঙু, যংবত্নকান্তিভিঃ—মহুগুব মণিগী মঙালন, ধ্বস্তান্ধকারে — অপি—অমব মাঙ্হনখ্রবদবু, পুরে—কোনুংদ, সদা — মতম পুন্নমক্ত, পূর্ণেন্দোঃ—পূর্ণিমাগি থান, সন্নিধিঃ—নক্ক পোক্লি ।।২৭।।

---

— ইন্দ্রগি কল্লব বত্ত্রন, ঐগি থবাক্ত থাবদ লেপ্পমক কল্লব মধা অতু পংতুনদ মতোকখি। অতুগ মতেক চাম থোক্ক তেকখিদব মশাবু মশান অকনবনি নিংলি ।।২৫।।

বাবণ ঐন ঐবাবত কৌব ইন্দ্রগী শামুবু উপাশীগি মশাদ পুন্দুন থম্মি। পুন্নব মতিক চাদবনি থন্দুন নাপীগুম বিংতুন শামু অতুবু থাদোকখিদবরনে ?।।২৬।।

হে-শূর্পণখে। ) রাবণ ঐগী নিপা থোকপ মতৌশিং অসি য়েংঙু। কোনুংদ হংলিব মণি. মুক্তনচিংব রতন কয়াগি মঙালন অহিংগি অমম্ব কোক্লি। তৌইগুমদুং পূর্ণিমাগি থান থাশি নাইনদ মতম পুন্নমক্ত কোনুংগি মনাক নক্ক থোকহল্লি ।।২৭।।

হৃতরত্নশ্চ্যুতোদ্যোগো রক্ষোভ্যঃ করদোদিবি।
পৃতক্রতায়ীমভ্যেতি সত্রপঃ কিংনগোত্রভিৎ ॥২৮॥
অতুল্যমহসা সার্ধং রামেন মম বিগ্রহঃ।
ত্রপাকরস্তথাপ্যেষ যতিষে তদ্বিনিগ্রহে॥২৯॥
উৎপত্য খং দশগ্রীবো মনোযায়ী শিতাস্ত্রভৃৎ।
সমুদ্রসবিধাবাসং মারীচং প্রতিচক্রমে॥৩০॥

অন্বয়ানুবাদ :—হৃতরত্নঃ—রতন কয়া মুনাবিরব, চ্যুতোত্যোগ :—থৌরাং হল্লব, রক্ষোভ্যঃ—হিংচাবশিংগীদমক, করদঃ—খাজনা পীরিব, গোত্রভিৎ—ইন্দ্রন, সত্রপঃ (সন্)—ইকাইবগ লোইনন, দিবি—স্বর্গদ, পৃতক্রতায়ীং—শচীগী মনাক, ন অভ্যেতিকিং—চঙ্দবরা? ॥২৮॥

অতুল্যমহসা—ইতিক ইগুণ মাল্লদব, রামেণ—রামগ, সার্ধং—লোইনবন, বিগ্রহঃ—য়েক্কবসি, মম—রাবণ ঐগী, ত্রপাকার—ইকাইবগী মশক্কি, তথাপি—অদুমকপু (ঈকাইরবসু) এষঃ—ঐন, তদ্বিনিগ্রহে—রামগী মতিক চাব দগিবু পীনব, যতিষে—হোৎনরগে ॥২৯॥

---

মণিপুরী—ঐরাবতনচিংব রতন কয়ামুক মুনবিরবদ মাগী মথৌরাং হল্লব ইন্দ্রন, হিংচাবশিংদ খাজনা পীরি। অসিগুম থৌদোক অসিদ ইন্দ্রন ইকাইরদুনা স্বর্গদ শচীগী মনাক ঈকায় ঈকায় চঙ্দবরা? ॥২৮॥

ইতিক ইগুণ মাল্লদব, রামগ লোইনন য়েক্কব হায়ব অসি, ঐগী ফন ঈকাই নিংঙাইনি। অদুমকপু (ঈকাইরবসু) রামগী মতিক চাব দগি পীনরগীদমক ঐন হোৎনরগে ॥২৯॥

সংপত্য তৎসনীডেঽসৌ তংবৃত্তান্তমশিশ্রবৎ।
ত্রস্নুনাথ শ্রুতার্থেন তেনাগাদি দশাননঃ ।৩১॥
অন্তর্ধৎস্ব রঘুব্যাঘ্রাত্তস্মাত্ত্বং রাক্ষসেশ্বর।
যো রণে তুরুপস্থানো হস্তরোধং দধদ্ধনুঃ ।৩২।

অন্বয়ানুবাদঃ—( অথ – অতুগী তুংদ ] মনোযায়ী — পুক্সিংমুক যাংব, শিতাস্ত্রভৃৎ—অথৌব থুৎলাই পাইরব, দশগ্রীবঃ—বাবণন, খম—তকাশদ, উৎপত্য—পাইথৎলতুন, সমুদ্রসবিধাবাসং—সমুদ্র খোংবান্দ লৈবন, মারীচং—মারীচগী, প্রতি—মফমদ, চক্রমে—চৎখি ।।৩০।

অসৌ—রাবণন, তৎসনীডে—মারীচগী মনাক্ত, পম্পাকা — তাক্রগ, তংবৃত্তান্তম—শূর্পণখাগী বা পুম্নমক, অশিশ্রবৎ—তাহলখি, অথ—অতুগী তুংদ, শ্রুতার্থেন—তাগদব তাববদ, ত্রস্নুনা—মিপইরব, তেন—মারীচন, দশাননঃ—রাবণদ, অগাদি—হাইখি ।৩১।

হে রাক্ষসেশ্বর—হে হিংচাবগী মপু !, ত্বং—নংন, তস্মৎ — প্রসিদ্ধ ওইরব, রঘুব্যাঘ্রাৎ—রামদগী, অন্তর্ধৎস্ব—লোৎলু, রণে—লানফমদ, হস্তরোধং—খুতুম চেৎন পাইবব, ধনুঃ—লীক্লংবু, দধৎ—পুরিব, যঃ—রামদে, তুরুপস্থানঃ চঙ্ব ঙম্মদবনি ।।৩২।।

---

মণিপুরী—(শূর্পণখাগী পাওদমগী মতিক চাব পাওখুম পীরবগী তুংদ), অথৌব থুৎলাই পাইরব পুক্সিংমুক যাংলব, রাবণন অকাশদ পাইথৎলতুন সমুদ্রগী খোংবান্দ লৈরব মারীচগী মনাক্ত চৎখি ।।৩০।।

রাবণন মারীচগী মনাক্ত য়ৌরগ, শূর্পণখান তমলকপ বা পুম্নমক তাহলখি। অতুগী তুংদ তাগদব তারব মারীচন কিমহন রাবণদ হায়খি ।।৩১।।

ভবন্তং কার্ত্তবীর্য্যো যো হানসন্ধিমচীকরৎ।
জিগায় তস্য হন্তারং স রামঃ সার্ব্বলৌকিকম্ ॥৩৩॥
যমাস্যদৃশ্বরী তস্য তাডকাবেত্তি বিক্রমম্।
শূরম্মন্যো রণাচ্চাজং নিরস্তঃ সিংহনর্দ্দিনা ॥৩৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ—যঃ, কার্ত্তবীর্য্যঃ—হৈহ হয়গী মবুংঙোন, ভবন্তং—নহাকপু, হানসন্ধিং—অতোনব সন্ধিবু অচীকরৎ—তৌহনখি, সার্ব্বলৌকিকং—শিনৎ থুন হাওরব, তস্য—কার্ত্তবীর্য্যবু, হন্তারং—হাৎপ্রব, [ পরশু রামবু ] সঃ—মথক্ত হায়প্রব, রামঃ—বামন, জিগায়—জয় তৌখি ॥৩৩॥

যমাস্যদৃশ্বরী—যমগী মমাই য়েংপ্রবী, তাড়কা—তাড়কা কৌবী হিংচাবীন, তস্য—রামগী, বিক্রমং—মপাঙ্গলবু, বেত্তি—খংঙি, সিংহনর্দ্দিণা—সিংহনাদ লাওদুন, ( তেন—রামন ) শূরম্মন্যঃ—ঈশাবু অথোবনি নিংলিব, অহংচ—ঐবুসু, রণাৎ—লানফমদগী, নিরস্তঃ—তকথোক্লকই ॥৩৪॥

---

মণিপুরী—হে মহারাজ! নহাক্ত প্রসিদ্ধ ওইরব রঘুবংশগী অপৌব রামদগী লোৎখো। মরমদি—লানফমদ লীরুং চেৎন পাইরব রামগী মনাক্ত নক্লব য়ারোই ॥৩২॥

কার্ত্তবীর্য্যার্জুনন রাবণ নহাকপু, ইতিক ইগুণ মান্নদে পাংদব মীনি হায়দুন, অতোনবগী মওংদা সন্ধি তৌহনখি। অদুগ মরোন অহমদ ফাওবব কার্ত্তবীর্য্যবু হাৎখিব, পরশু রামবু, নহাক্ত হায়রিব রাম অহুন ভমপ্রবনি ॥৩৩॥

যমগী মমাই য়েংপ্রবী [ শিথবী ] তাড়কা কৌবী হিংচাবীন রামগী মগুণ পুন্নমক খংখি। ঈশাবু অথোব অকনবনি নিংলিব ঐবুসু সিংহ নাদ লাওদুন লানফমদগী তান্থোকই ॥৩৪॥

ন ত্বং তেনান্বভাবিষ্ঠা নান্বভাবি ত্বয়াপ্যসৌ।
অনুভূতো ময়া চাসৌ তেন চান্বভবিষ্যহম্ ॥৩৫॥

অধ্যাৎ শস্ত্রভৃতাং রামে ন্যক্ষত্বং প্রাপ্য মদ্বিধঃ।
স কন্যাশুল্কমভনক্ মিথিলায়াং মহদ্ধনুঃ ॥৩৬॥

সংবিত্তঃ সংযুধ্বানৌ তচ্ছক্তিং খরদূষণৌ।
যজ্ঞঘ্নশ্চ স ত্বাষ্ট্রো যানশো নীম্নঃধনু সঃ ৩৭॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ত্বং—নংবু, রামেণ—রামন, ন অন্বভাবিষ্ঠাঃ—থংদে, ত্বয়া অপি—নহাক্লসু, অসৌ—রামবু, ন অন্বভাবি—থংদে, ময়াচ—ঐনসু, অসৌ—রামবু, অনুভূতঃ—থংঙি, তেনচ—রামনসু, অহং—মারীচ ঐবু, অন্বভবিষি—থংঙি ॥৩৫॥

রামঃ—রামন, শস্ত্রভৃতাং—থুংলাই পাইবশিংগী মরক্তগী, অধ্যাৎ অহেনবনি, মদ্বিধঃ—ঐগুম্বন, তং—রামবু, প্রাপ্য—ফংলগ [ লান্‌বা ওইবদদি, ন্যক্ষঃ—অত্তোনবনি, সঃ—রামন, মিথিলায়াং—মিথিলা দেশদ মখে—ধনু যজ্ঞদ, কন্যাশুল্কং—কন্যান পণ ওইব, ধনু—লীক্লংবু, অভনক্—থুদেকাখ ॥৩৫॥

মণিপুরী—রাবণ নংবু রামন নশক থংদে। নহাক্লসু রামবু থংদে, অদুগ ঐনদি রামবু থংঙি, রামনসু ঐবু [ মারীচবু ] থংঙি ॥৩৫॥

হে মহারাজ! থুংলাই পাইবশিংগী মরক্তগী রামন অথোইবনি। অদুগ ঐগুম্বন রামগ লানবা পাব ভারবদি, কয়াদ হঁন্নবনো ?, রামন মিথিলা দেশগী, ধনু যজ্ঞদ মচানুপীন পণ ওইব লীক্লংবু থুদেকখি ॥৩৬॥

সুখজাতঃ সুরাপীতো নৃত্তশ্চো মাল্যধারয়ঃ।
অধিলঙ্কং স্ত্রিয়ঃ দীব্য মারব্ধা বলিবিগ্রহম্ ॥৩৮॥
তং ভীতকারমাক্রুশ্য রাবণঃ প্রত্যভাষত।
যাতযামং বিজিতব ন্ সরামং যদিকিংভক্তঃ ॥৩৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—সহযুধ্বানৌ—লোইনন লাল তৌরিব, খরদূষণৌ—খরদূষণ কৌব হিংচাব অনিন, তচ্ছক্তিং—রামগী মপাঙ্গলবু, সংবিত্তঃ—নিংখিন খংঙি, সমুত্থান :—সোমসুৎক লোইনরব, যজমানশ্চ — যাজ্ঞিকশিংনসু, [ সংবিদন্তি—নিংথিন খংঙি ] সঃ—রামন, যান্—যাজ্ঞিকশিংবু, মখেষু যজ্ঞদ, অগোপীৎ—ঙাকখি ॥৩৭॥

সুখজাতঃ — সুংঙাইন, সুরাপীতঃ—সুরাপান তৌদুন নৃত্তঃ — মী চাদুন, মাল্যধারয়ঃ ( সন্ ) — লৈ পরেং শিদুন, অধিলঙ্কং — লঙ্কাদ, স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিংনা, শামপোৎ ওইনা, দীব্য — শান্নো, বলিবিগ্রহং — অকনবগ যেক্নববু মা আরব্ধা—তৌরুগনু ৩৮॥

রাবণঃ—রাবণন, তং—মারীচবু, ভীতকারম্ আক্রুশ্য — কিগদ্রি হায়না চৈরদুনা, প্রত্যভাষতঃ—মারীচপী পাহৈশিং অদুগী পাওখুম পীখি,

---

লক্ষ্মীপুরী—রামগ লোইনন লান তৌখিব খরদূণ অনিন. রামগী মপাঙ্গল মথোনা, নিংথিন খংঙি। অদুগ সোম যাগবু তৌরিব, ব্রাহ্মণশিংনসু নিংথিন খংঙি, অদুগুম যাজ্ঞিকশিংবু যজ্ঞদ রামন ঙাকখি ॥৩৭॥

হে মহারাজ সুংঙাইন! সুরাপান তৌদুন, মী চাদুন, লৈ পরেং শিদুন, লঙ্কাদ নুপীশিংন শামপোৎ ওইন শান্নো, অদুগ অকনব রামগ যেক্নবদি তৌরুগনু ॥৩৮॥

অযাসি তাড়কা যেন লজ্জাভয়বিভূষণা।
স্ত্রীজনে যদি তচ্ছ্লাঘ্যং ধিগ্লোকং ক্ষুদ্রমানসম্ ॥৪০॥
যদ্গেহেনর্দ্দিনমসৌ শরৈর্ভীরুমভাবয়ৎ।
কুব্রহ্মযজ্ঞকে রামো ভবন্তং পৌরুষং ন তৎ ॥৪.॥

অন্বয়ানুবাদ :—সঃ—রামন, যাতবামং—অহল ওইরব, রামং — পরশু-রামবু, বিজিতবান্ যদি—জয় তৌরগ, ততঃকিং—অদু ওইরবদি, করি কারগনি ( হায়বদি অদুনবু অকনৗ ওইব রাবর ? ) ॥৩৯॥

লজ্জাভয়বিভূষণা — ইকাইব অকিবন লৈতেংলবী, তাড়কা — তাড়কাবু, তেন—রামন, অযানি—হাৎখিব, [ অদুদি ] স্ত্রীজনে—নুপীদ, তৎ—মদু শ্লাঘ্যং যদি—থাগৎনিঙায় ওইরবদি, ক্ষুদ্রমানসং — পূকচেন-পিকপ, ( হায়বদি নুপী হাৎপগী নিন্দা তোগদব থবক অদুদ থাগৎপ ) লোকং—মীগী সমাজবু, ধিক্—অতোনবান [ হাযবদি নিন্দা তৌন-রগদোব জনসমাজনি ] ॥৪০॥

অসৌ—অদুগুম, রামঃ—রামন, গেহেনর্দ্দিনং—য়ুমদ থৌব, ভী-রুং—কিগনব, ভবন্তং—নংবু, যজ্ঞকে — ফত্তুব ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞদ;

মণিপুরী—রাবণন মারীচবু কিগল্লি হায়দুন চৈরগ, মারীচন হায়খিব বাহৈশিং অদুগী মতিক চাব পাওখুম পীখি। রামন অহল ওইরব পরশু রামবু ঙম্লগ মদুন করি তৌরবগে ? ॥৩৯॥

হে মারীচ ! তাড়কা হায়বী অদুদি নুপীগী হৌনবী ইকাই থিব, কিগনবনচিথব পুম্নমক লৈতেংলিবী নুপীবু লানকমদ হাৎলগ, মদুন অকনব ওইদুন থাগৎলবদি, পূকচেন পিকপগী সমাজ অসিবুসু লোইদনা নিন্দা তৌনরগনি ॥৪০॥

চিরকালোষিতং জীর্ণং কীটনিষ্কুষিতং ধনুঃ।
কিংচিত্রং যদি রামেণ ভগ্নং ক্ষত্রিয়কান্তিকে ॥৪২॥
বনতাপসকে বীরৌ বিপক্ষে গলিতাদরৌ।
কিংচিত্রং যদি সাবজ্ঞৌ মম্রতুঃ খরদূষণৌ ॥৪৩॥

অন্বয়ানুবাদঃ—শরৈঃ—তেন্না, যৎ—অদুদ্, অভায়মৎ—কিহনখি, তৎ—মহ্ পৌরুষং—নিপাগী মতৌ, ন—নত্তে ॥৪১॥

চিরকালোষিতং—মতম কুইন থমদুন, জীর্ণং—মল্লব, কীটনিষ্কুষিতং—শুম চাবব, ধনুঃ—লীরুংবু বামেণ—রামন, ক্ষত্রিয়কান্তিকে—জনকনচিংব ক্ষত্রব নিংথৌশিংগী মনাক, ভগ্নং যদি—থুদেকখিব অদুবু, কিং চিত্রং—কয়ি অঙকপনো ? ॥৪২॥

বনতাপসকে—বনগী তুকচরব তাপস ওইরিব, বিপক্ষে—য়েক্লবদ, গলিতাদরৌ—চকশিনহৌদ্রব, সাবজ্ঞৌ—শিংথাবিদ্রব, বীরৌ—অকনব, খরদূষণৌ—খরদূষণ অনিন, মম্রতু যদি—শিত্রব, তহি—অদু ওইরবদি কিংচিত্রম্—করিগী অঙকপনো ? ॥৪৩॥

---

মণিপুরী—নমুমদা থোব কিগনব নওবু ক্ষত্রব ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞদ রামন তেন্না কিহনখিব অদু নিপাগী মতৌ নত্তে ॥৪১॥

মতম কুইন থমদুন মল্লব, অমসুং শুম্ চাবব লীরুংবু জনকনচিংব ক্ষত্রব নিংথৌমচাশিংগী মনাক, [ মমাংদ ] থুদেকখিব অদুবু করিগী ওজদৌরিবনো ? ॥৪২॥

বনদ তুকচনিংঙাইগী মশক ওইব, লাইনিংব ওইব য়েক্লব রাম অদুদ চেকশিনহৌদব শিংথাবিখিদ্রব অকনব খরদূষণ অনিমক্ শীদ্রে অদুনবু করিগী ঙক্লিংঙাই লৈবগে ?

ত্বং তু ভীরুঃ সুহৃর্ব্বুদ্ধে নিত্যং শরণকাম্যসী।
গুণাংশ্চাপহ্নুষেস্মাকং স্তৌষি শত্রূংশ্চ ন সদা ॥৪৪॥
শীর্ষচ্ছেদ্যমতোহং ত্বাং করোমি ক্ষিতিবর্দ্ধনম্।
কারয়িষ্যামি বা কৃত্যং নির্জিঘৃক্ষুর্ব্বনৌকসৌ ॥৪৫॥
তমুদ্যতনিশাতাসিং প্রত্যুবাচ জিজীবিষুঃ।
মারীচোহনয়স্ত্রাসাদভ্যমিত্র্যো ভবামিতে ॥৪৬॥

অনয়ানুবাদঃ—হে সুহৃর্ব্বুদ্ধে---হে পুকচেন ফত্রব। ত্বংতু---মারীচ নংসু ভীরুঃ---কিগনবনি, [অত-এব মরম অতুদগী] শরণকাম্যসি --- মশান চংজব পাম্বনি, [অতঃ---মরম অতুদগী] অস্মাকং---রাবণনচিংব হিংচাব ঐখোইগী, গুণানূচ --- গুণ পুম্নমকসু, অপহ্নুষে--- লোংখশিল্লি, নঃ --- ঐখোইগী, শত্রূংশ্চ---য়েক্লবসু সদা---মতম পুম্নমক্ত, নিত্য ওইন, স্তৌষি--থাগৎলি ॥৪৪॥

ততঃ---মরম অতদগী, অহং---রাবণ ঐন, শীর্ষচ্ছেদ্যং---নকোক্ কথৎপদ মতিক চাম্নব, ত্বাং---নংবু. ক্ষিতিবর্দ্ধনং করোমি---হাৎলগনি বা--নত্রগ, বনৌকসৌ---বনদ লৈরব রাম লক্ষ্মণ অনিবু. নির্জিঘৃক্ষুঃ--বিগ্রহ তৌগে হায়ন নিংজুন, কৃত্যং---তৌফম থোকপ থবকপু, ত্বাং-নংবু, করিষ্যামি-তোঃহনগনি ॥৪৫॥

---

মণিপুরী—হে পুকচেন্ ফত্রব মারীচ! নংসু কিগনবনি, মরম অতুন চংজবদ পামজন, হিংচাব ঐখোইগী ইগুণ পুম্নমক লোইন লোংখশিন-লবনি, ঐখোইগী য়েক্লব রামগী মগুণবু, মতম পুম্নমক্ত নংন থাগৎলি ॥৪৪।

মরম অসিন রাবণ ঐন নকোক ককপদ মতিক চাম্নব নংবু হাৎলগ, হাৎকনি. নত্রগ বনদ লৈব রাম লক্ষ্মণ অনিগ য়েক্লগেনিংলিব ঐন তৌফম থোকপ থৌরাং নহাকসু তোহনগনি ॥৪৫॥

হরামি রামসৌমিত্রী মৃগো ভূত্বা মৃগছ্যবৌ।
উদ্যোগমভ্যমিত্রীণো যথেষ্টংত্বংচ সন্তনু ॥৪৭॥
ততশ্চিত্রীয়মাণোঽসৌ হেমরত্নময়ো মৃগঃ।
যথামুখীনঃ সীতায়াঃ প্লুপ্লুবে বহুলোভয়ন্ ॥৪৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—জিজীবিষুঃ— হিংনিংলহুন, মারীচঃ—মারীচন; উদ্যতনিশাতাসিং—অথৌব থাং হায়গৎলব. তং—রাবণবু ত্রাসাৎ – কিবদগী, অনুনয়ন্ – প্রার্থনা তৌগে নিংহুন; তে – নহাকা, অভ্যমিত্র্যঃ – য়েক্লবগী মায়োক চৎপ. ভবামি – ওইরগে. ইতি – অসুম, প্রত্যুবাচ – হায়খি ॥৪৬॥

অহং—মারীচ ঐন ) মৃগঃ ভূত্বা—শজি ওইরগ, মৃগছ্যবৌ — মৃগ য়াদ পামলব, রামসৌমিত্রী — রাম লক্ষ্মণ অনিবু, হরামি — অতোপ্প মফমদ হুহুন পুরগে, ত্বংচ — রাবণ নংসু অভ্যমিত্রীণঃ ( সন্ ) — য়েক্লবগী মাইয়োক চংহুন, যথেষ্টং—ননিং তৌন, উদ্যোগং—থৌরাংবু সন্তনু—তৌরুরো ॥৪৭॥

---

মণিপুরী—রাবণ নিংথৌন মারীচগী মঙক করুগে হায়রন, অথৌব থাংশাং বাংন হায়গৎহুন লৈব অদু উবদ কিগ্রহুন, প্রার্থনাগ লোইনন হায়খি। হে মহারাজ ! য়েক্লবগী মাইয়োক চত্তুন নহাকী থবক মাংজিন্ থংব ওইগে ॥৪৬॥

মারীচ ঐন শজি ওইন মৃগয়াদ পামুব, রাম লক্ষ্মণ অনিবু অতোপ্প মফমদ হুহুন পুবগে, অদুগ নহাক ননিং তৌন য়েক্লবগী মাইয়োক চংনব থৌরাং তৌগদব পুম্নমক পাঙৎথোক্লুরো ॥৪৭॥

তেনাত্যদ্যুষয়দ্রামং মৃগেণ মৃগলোচনা।
মৈথিলী বিপুলোরস্কং প্রাবৃবূর্ষুর্মৃগাজিনম্ ॥৪৯॥
যোগক্ষেমকরং কৃত্বা সীতায়া লক্ষ্মণং ততঃ।
মৃগস্যানুপদী রামো জগাম গজবিক্রমঃ ॥৫০॥

অন্বয়ানুবাদ :—ততঃ—অদুগী তুংদ, অসৌ — মারীচন, হেমরত্নময় :— সনাগ মণিগ অনিগী মশক ওইরব, চিত্রীয়মাণঃ—লাংলব, মৃগঃ [ সন্ ]— শজি ওইদুন, সীতায়াঃ—সীতাগী, যথামুখীনঃ ( সন্ ) – মাইয়োকুব ওইদুন, বহু—য়াম্ন, লোভয়ন্—পামহল্লদুন, পুপ্লুবে—চোংখি, ॥৪৮॥

মৃগলোচনা—শজিগী মিত্তা মাল্লবী, মৈথিলী—সীতান, মৃগাজিনং— শজি মউলবু, প্রাবুবূর্ষুঃ— শেৎকে নিংলদুন, বিপুলোরস্কং — থবাক ফল্লব, রামং—রামবু, তেন—মথক্ত হায়রিব, মৃগেণ—শজিন শাল্লপোৎ. ওইন, অত্যদ্যুষয়ৎ—শাল্লনিংহনখি, ॥৪৯॥

ততঃ—অদুগী তুংদ, গজবিক্রমঃ—শামুগী শাজৎ মাল্লব বা — শামুগী পাঙ্গলগুল্লব, রামং—রামন, লক্ষ্মণং—লক্ষ্মণদ, সীতায়াঃ—সীতাগী, যোগক্ষেমকরং—ঙাক শেন্নবব মীশকপু, কৃত্বা—তৌরগ মৃগস্য—শজিগী, অনুপদী [ সন্ ]—মতুং ইন্দুন, জগাম -চৎখি ॥৫০॥

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদ মারীচন, সনাগ, মণিগ, অনিগী মশক ওইদুন, নিংথিজন লাংলব, য়েংবদ পুক্লিং হুরব শজি অম ওইদুন, সীতাগী মমাংদ লৈদুন, মাবু পামহল্লদুন চোংখি ॥৪৮॥

শজি মিত্তা মাল্লবী সীতান, শাজি মউলবু ফি ওইন শেৎকে নিংলদুন, থা ফরব রামবু, শজি অসিন শাল্লপোৎ ওইন শাল্লগে নিং হনখি ॥৪৯॥

স্থায়ং স্থায়ং কচিদ্যান্তং ক্রান্ত্বা ক্রান্ত্বা স্থিতং কচিৎ।
বীক্ষমাণো মৃগং রামশ্চিত্রবৃত্তিং বিসিস্মিয়ে ॥৫১॥
চিরং ক্লিশিত্বা মর্ম্মাচিত্রামো বিলুভিতপ্লবম্।
শব্দায়মানমব্যাৎসীত্তয়দং ক্ষণদাচরম্ ॥৫২॥

অন্বয়ানুবাদ :—কচিৎ—করিগুম্ব মফমদ, স্থায়ং স্থায়ং—ঙহাক লেপ্প লেপ্পগ, যান্তং—চৎলি, কচিৎ—মফম অমদন; ক্রান্ত্বা ক্রান্ত্বা—চোংল চোংলগ, স্থিতং—লেপ্লি; [ অতত্রব—মরম অদুদগী ] চিত্রবৃত্তিম্—অঙকপ থোদোক তৌরিব ; মৃগং—শজিবু ; বীক্ষমাণঃ—উরগ, রামঃ — রামন ; বিসিস্মিয়ে—ঙকৃখি ॥৫১॥

মর্ম্মাচিৎ—অথুপ্প মফমদ থারিব, রাম :— বামন; চিরং — মতম 'কুইন, ক্লিশিত্বা --- বাবড়ুন, লিলুভিতপ্লবং – চৎপ ঙমক্ত্রব, শব্দায়মানং — লাওরক্লিব, ক্ষণদাচরং — মারীচবু, অব্যাৎসীৎ — তেল্ল থাখি ।'৫২'।

---

মণিপুরী–শজি ফানব চৎলগে নিংলব অদুগী তুংদ, শামুগী পাঙ্গলগুম্লব, চৎপদসু শামুগী শাজৎ মাল্লব বামচন্দ্রন, লক্ষ্মণগী মফমদ সীতাবু নিংথিন শিন্নরম্লগ, শজিগী মতুং ইন্দুন চৎখি ॥৫০॥

( করিগুম্ব মফম অমদ লেপ্প লেপ্পগ চোংঙি, অদুগ মফম অমদন চোংল চোংলগ লেপ্লি, অসিগুম্ব অঙকপ থোদো তৌরিব শজিবু উরগ রামন ঙকখি ॥৫১॥

অথুপ্প মফমদ তেল্ল থারিব রামন, মতম কুইন বারকপদগী, চৎপ ঙমলক্ত্রহুন হে লক্ষ্মণ হায়ন লাউন কৌরিব, অকিবগী মশক ওইব হংচাববুতেল্ল থাখি ॥৫২॥

শ্রুত্বাবিস্ফূর্জথুপ্রখ্যং নিনাদং পরিদেবিনী।
মত্বা কষ্টশ্রিতং রামং সৌমিত্রিং গন্তুমৈজিহৎ ॥৫৩॥
এষপ্রাবৃষিজাম্ভোদনাদী ভ্রাতা বিরৌতি তে।
জ্ঞাতেয়ংকুরু সৌমিত্রে ভয়াত্ত্রায়স্ব রাঘবম্ ॥৫৪॥
রামস্যঘু্যতং নৈতন্মৃগস্যেব বিবাঞ্ছবোঃ।
রামস্যানতসঙ্কাশঃ স্বানঃ ইত্যবদৎ সতাম্ ॥৫৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—( অথ—অদুগী তুংদ, সীতা---সীতান ) বিস্ফূর্জথুপ্রখ্যং বৎজ্র তাবগী মখোলগ মাগ্নরব, নিনাদং – খোঙ্গেলবু, শ্রুত্বা – তারগ, পরিদেবিনী—[ সতী ] বিলাপ তোরদুন, সৌমিত্রিং—লক্ষ্মণবু গন্তুং—চৎননব, ঐজিহৎ—ইনৃশিনৃথি ॥৫৩॥

হে সৌমিত্রে—হে লক্ষ্মণ! প্রাবৃষিজাম্ভোদনাদী — নোংজু থাগী নোং খোংবগুম্ব লাওরিব, এষ--অসিগুম্ব (অসি), তে--নংগী, ভ্রাতা—নয়াম্ব রামন, বিরৌতি--কৌরি, জ্ঞাতেয়ং--শাগৈগী মথৌবু, কুরু--তৌ, রাঘবং—রামবু, ভয়াৎ—কিবদগী, ত্রায়স্ব—কন্নু, ।৫৪॥

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদ সীতান, বৎজ্র তাবগী খোঙ্গেলগুম্ব, লক্ষ্মণবু কৌরকপগী মখোল তারগ, [ রামন অবাব ফংলদুন কৌরিবনি হায়ন নিংলদুন ] কপ্ন কপ্ন লক্ষ্মণদ, রামগী মতুং ইন্দুন চৎননব হায়খি ॥৫৩॥

হে লক্ষ্মণ! নোংজু থাগী মতমদ খোংব নোংগী মখোলগুম্বব খোঙ্গেল অসি, নয়াম্ব রামগী মখোলনি। মরম অসিন শাগৈ-নাতৈন তৌগদব নথৌ তৌদুন রামবু অকিবদগী কন্নু ॥৫৪॥

আপ্যানস্কন্ধকণ্ঠাংসং রুসিতং সহিতংরনে।
প্রোর্ণুবন্তং দিশো বনৈঃ ক কুৎস্থং ভীরু কঃ ক্ষমঃ ॥৫৬॥
দেহং বিভ্রক্ষুরগ্রৌ মৃগঃ প্রানৈর্দিদেবিষন্।
জাঘুষ্টকণ্ঠীনাঙ্গুষ্টং রামমায়াম্মুমূর্ষয়া ॥ ৫৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ:— ( হে আর্যে — হে পুজা তৌকম ওইরিবী, এতৎ — কৌরিব অসি, রাম সংঘুষিতং ন — রামন কৌব নত্তে, বিবক্ষিবো — লৌনম তোগে নিংহুন, মৃগস্য এব — শজি অহমক, রামস্বনিত সঙ্কাশ:— রামগী খোঞ্জলগ মায়রব, যান:— স্বরনি, ইতি— অসুর, সঃ — লক্ষ্মণন, তাং — সিতাদ, অবদৎ — হায়খি ॥৫৫॥

হে ভীরু — হেকিগল্লবি। আপ্যানস্কন্ধ কণ্ঠাংসং — লেংবান অমসুং ওকশম নোয়রব, রুষিতং — শাওরগ, বানৈঃ — তেম্তন, দিশঃ— মাইকৈ পুন্নমক, প্রোর্ণুবন্তং — কুপশিনব ওমলব, কাকুৎস্থং — রামবু, রণে — লানফমদ, সহিতুং — খাংববু, কঃ — কনান, ক্ষম:— ওমগ-দগে ॥ ৫৬ ॥ -

অন্বয়ানুবাদ:— মৃগ :— শজিন, অস্ত্রাগ্রৌ — তেনগী মশক ওইব মৈদ, দেহং — মশাবু, বিভ্রক্ষু:— মুনহন্দনিংহুন, প্রানৈ:— থবায়ন, দিদেবিষন্ — শিরগেনিংথন, জ্যাঘুষ্টকণ্ঠীনাঙ্গুষ্ঠং — লৌরিচিংবদ খুবি কল্লব, রামং — রামগী মনাক, আয়াৎ — চংশিনখি ॥ ৫৭ ॥

---

১ মনিপূরি — হে পুজয়নিয়ে। কৌরিবা অসি রামনা কৌব নত্তে, ওসাইগী শজি অহমক্কা লৌনন তৌহুন, রামগী খোঞ্জেলগা মায়ন কৌরিবনি হায়হুনা সিতাদ হায়জখি ॥ ৫৫ ॥

হে কিগল্লবি। মশা মউ ফবগা লোয়য় মপাঙ্গলসু কল্লব রামন, শাওরগা লানফমদ তেম্তন মাইকৈপুন্নমক কুপশিনব ওমলিবা রামবু, লানফম কনান খাংব ওমগদগে ॥ ৫৬ ॥

শত্রূন্ভীষয়মাণং তং রামং বিস্মাপয়েত কঃ।
মা স্ম ভৈষীস্ত্বমদ্যৈব কৃতার্থো দ্রক্ষ্যতে পতিঃ ॥৫৮॥
যায়াস্ত্বমিতি কামো মে গন্তুমুৎসহসে নচ।
ইচ্ছুঃ কাময়িতুং ত্বং মামিত্যসৌ জগদে তয়া ॥৫৯॥

অনয়ানুবাদঃ—শত্রূন্—য়েক্লবশিংবু, ভীষয়মাণং—কিহল্লব, তং—প্রসিদ্ধ ওইরব, রামং—রামবু, কঃ—কনান, বিস্মাপয়েত—ঙকহল্দুন অয় তৌ-খিগদগে, মা স্ম ভৈষীঃ—কিগনু, অদ্য এব—হৌজিকমক, ত্বয়া—নহাক্কী, কৃতার্থঃ—কৃতকৃত্যঃ ওইব, পতিঃ—নপুরোইববু, দ্রক্ষ্যতে—উরগনি ॥৫৮॥

অনয়ানুবাদঃ—ত্বং—লক্ষ্মণ নংন, যায়াঃ—চৎকনি, ইতি—অসি, মে—ঐগী, কামঃ—আশানি, ত্বং চনসু, গন্তুং—চৎননব, ন উৎসহসে—হোৎনদ্রে, [ততঃ] অদুদগী ত্বং—নংন, মাং—ঐবু, কাময়িতুন্—কামিনী ওইগে হায়ন, ইচ্ছুঃ—নিংলি, ইতি—অসুম, তয়া—সীতান, অসৌ—লক্ষ্মণদ, জগদে—হায়খি ॥৫৯॥

---

মণিপুরী—শক্তিন-তেনগী মৈয়ুদ মাগী মশাবু মুলহলনিংঙ্গুন, মথবাইন শান্নপোৎ ওইন শান্নগে নিংহ্নন, অমসুং শীনিংলহ্নন; লীরি চিংবদা খুবী কল্লব, অমসুং হৈরব রামগী মনাক্ত চংখ্রবনি ॥৫৭॥

হে সীতে! য়েক্লবশিংবু অকিব পীব ঙম্নব রামবু, কনান ঙকহল্দুন লানফমদগী জয় তৌব ঙমগদগে, করি অমত্ত কিবিগনু হৌজিক সোইদন রাম লাক্লগনি ॥৫৮॥

হে লক্ষ্মণ নংন নয়াবাগী মনাক্ত চৎলগনি হায়বসি ঐগী আশানি, অদুগ নংন চৎত্রবদি নয়াম্ব লৈত্রগ ঐবু নংগী কামিনী ওইগে নিংলমান্নে, অসুম অকনব বাহৈন লক্ষ্মণদ হায়খি ॥৫৯॥

মৃষোদ্যং প্রবদন্তীং তাং সত্যবদ্যো রঘূত্তমঃ।
নিরগাচ্ছত্রুহস্তং ত্বং যাস্যসীতি শপন্বশী ॥৬০॥

গতে তস্মিন্নলশুচিঃ শুদ্ধদন্রাবণঃ শিখী।
জপপূকোঽক্ষমালাবান্ধারয়ো মৃদলাবুনঃ ॥৬১॥

অন্বয়ানুবাদ :—বশী—ইন্দ্রি খুতুম চল্লব, সত্যবদ্যঃ—সত্যবাদী ওইব, রঘূত্তমঃ—লক্ষ্মণন, মৃষোদ্যং—মিনম বাবু, প্রবদন্তী—হায়রিবী, তাং—সীতাবু, ত্বং—সীতা নংন, শত্রুহস্তং— য়েক্লবগী মখুত্ত, যাস্যসি—চৎলগনি, ইতি—অসুম, শাপন্—শাপ তৌরম্লগ, নিরগাৎ—চৎখি ॥৬০॥

তস্মিন্—মথক্ত হায়রিব লক্ষ্মণন, গতে—চৎপ্রবদ, জলশুচিঃ—ঈশিংন শেংদোক্লব, শুদ্ধদন্—যা লংলব, শিখী—শিখা থাক্লব, পূঠগুজঃ—হয় হয় জপ তৌরিব, অক্ষমালাবান্—মালা পাইরব, মৃদলাবুন—গঙ্গাগী মৃত্তিকা অমসুং তুম্বাবু ধারয়ঃ—পায়রব, রাবণঃ—রাবণন, (সমাগত্য—লাক্লুন, সীতাং—সীতাদ, উচে—হায়খি ॥৬১॥

---

মণিপুরী—[সীতাগী অয়াকপ বাহৈ অহু তাবদ থাংব ঙমদ্রব] ইন্দ্রি খুতুম চল্লব, [সত্যবাদী] অশেংবম ঙাংলব, লক্ষ্মণন, সীতাগী মিনম বাহৈ অহু তারগ হায়খি। হে সীতে! নহাক সোইদন য়েক্লবগী মখুত্ত চৎলগদবনি, অসি হায়দুন চৈরম্লগ চৎখি ॥৬০॥

লক্ষ্মণন চৎপ্রবদ, রাবণন শিখা চাওন থাক্লদুন ঈশিংদ শেংন ঈরুজরদুন, যান ইরং লংলব, লাইবক্ত মৃত্তিকান লৈতেংলব খুত্ত তুম্বা পায়রব রাবণন জপমালা পাইদুন, লাক্লগ সীতাদ হায়খি ॥৬১॥

কমণ্ডলুকপালেন শিরসা চ মৃজাবতা।
স'বস্ত্র্য লাক্ষিকে বস্ত্রে মাত্রাঃ সম্ভাণ্ড্য দণ্ডবান্ ॥৬২॥

অধীয়ন্নাত্মবিদ্বিদ্যাং ধারয়ন্মস্করিব্রতম্।
বদন্বহ্বঙ্গুলিস্ফোটং ভ্রূক্ষেপং চ বিলোকয়ন্ ॥৬৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—কমণ্ডলুকপালেন—মন্নব কদণ্ডলু অচন, মৃজাবতা—তরু তরুন শেংদোক্লব, শিরসাচ — কোক্লসু তিন্নব, লাক্ষিকে — অঙাংব, বস্ত্রে—ফি অনিবু, সংবস্ত্র্য — শেংলব ইন্নব, মাত্রাং — কমণ্ডলুনচিংব স্সামগ্রীবু, সম্ভাণ্ড্য—পুল্লপ পাইরম্ভুন, দণ্ডবান্—চৈণ্ড পাইরব, [ রাবণঃ— রাবণন, সম্যাগত্য—চংলকু্‌ন, সীতাং—সীতাদ, উচে– হায়খি ॥৬২॥

অন্নবিদ্বিদ্যাং--যোগিবিদ্যাবু,অধীয়ন্--পাঠ তৌহুন, মস্করিব্রতং--লম্বোই বগী নিয়মবু, ধারয়ন্—পুন্নহুন চংলহুন, বহ – য়াম্ন থুন, অঙ্গুলিস্ফোটং – খুদোনবী লেংলহুন, বদন্ – খুদোনবী লেংব অহুগী মরম কোংদোক্‌লহুন; ভ্রূবিক্ষেপং --- পীগুম গুরু; পশ্যন্—য়েংলহুন, [ সীতাং—সীতাদ উচে—হাইখি ॥৬৩॥

---

মণিপুরী – মন্নব কমণ্ডলু অহু তরুন শেংদোক্লব কোক্লসু তিন্নব অঙাংব ফি অনীবু শেংলব ইন্নব, কমণ্ডলুনচিংব পাত্র পুন্নমক্ত লোইনহুন, চৈণ্ড পাইরব রাবণন চংলকু্‌ন সীতাদ হায়খি ॥৬২॥

যোগি বিদ্যা পাঠ তৌরগ, লম্বোইবগী নিয়ম চংলহুন, খুদোনবী থুন লেংলগ, মন্ত্র লাওন শোন্নহুন, পীগুম গুরু য়েংলগ, সীতাদ রাবণন হায়খি ॥৬৩॥

সন্দিদর্শয়িষুঃ সাম নিজুহ্নুষুঃ কপাটতাম্ ।
চঙ্ক্রমাবান্ সমাগত্য সীতামূচে সুখাভব ॥৬৪॥
সায়ন্তনীং তিথিপ্রণ্যঃ পঙ্কজানাং দিবাতনীম্ ।
কান্তিং কান্ত্যা সদাতন্যা হ্রেপয়ন্তী শুচিস্মিতা ॥৬৫॥
কা ত্বমেকাকিনী ভীরুনিরন্বয়জনে বনে ।
ক্ষুধ্যন্তে'হপ্যঘসন্ধ্যালাস্তামপালা কথং ন ব ॥৬৬॥

অন্বয়ানুবাদ :—সাম—সান্তগী মতৌবু, সন্দিদর্শয়িষুঃ— উহনগে নিংঙ্নন কপাটতাং—হিংচাবগী মতৌবু, নিজুহ্নুষুঃ—লোৎশিনগে নিংঙ্নন, চঙ্ক্রমাবান [ সন্ ] — খোইন খোইন চৎলহন, সমাগত্য — লাক্লগ, সীতা —সীতাবু, সুখাভব — অনুকূল ওইয়ু, ইতি — অসুম, ঊচে— হায়খি ।৬৪।

( হে সুন্দরি )—হে নিংথিববী, তিথিপ্রণ্যঃ—থাগী সায়ন্তনীং—সন্ধ্যাদ ওইব, কান্তিং—মঙালবু, পঙ্কজানাং—থম্বালশিংগী, দিবাতনীং—নুমিদ ওইব, কান্ত্যা — মঙালন, হ্রেপয়ন্তী — ঈকাইব পীহ্নন, শুচিস্মিত—মাযোন নোক্লিবী, ত্বং কা—নবু কনানো ? ॥৬৫॥

---

শুণিপুবী—সান্তগী মতোবু উহনগে নিংঙ্নন, হিংচাবগী স্বভাবপু, লোৎশিনগে নিংঙ্নন খোইন খোইন চৎলগ চংশিন্‌লক্লুন, সীতাদ ঐগী অনুকূল ওইয়ু হায়ন হায়খি ॥৬৪॥

হে নিংথিজববী। সন্ধ্যাগী মতমদ ওইব থাগী ফজব, অমসুং নুংথিলদ থম্বালশিংগী জফব মঙালবু, নহাক্কী মতম পুম্মক্ক লৈব ফজবন ঈকাইব পীবিবী, মোমোন নোক্লিবী নঙবু কনানো ? ॥ ৬৫॥

হৃদয়ঙ্গমমূর্ত্তিস্ত্বং সুভগম্ভাবুকং বনম্।
কুর্ব্বণা ভীমমপ্যেতদ্বদাভ্যৈঃ কেন হেতুনা ॥৬৭॥

সুকৃতং প্রিয়কারী ত্বংকং রহস্যুপতিষ্ঠসে।
পুণ্যকৃচ্চাটুকারস্তে কিঙ্করঃ সুরতেষু কঃ ॥৬৮॥

অন্বয়ানুবাদ :---হে ভীরু---হে কিগল্লবী !, একাকিনী---নথস্ত, নির-থষজনে---মীগ মরী থাংনদ্রব, বনে---বন অসিদ; [ স্থিতা---লৈরিবী ] ত্বং---নহাক, কা---কনানো ?, ক্ষুধ্যন্তঃ---মবুক লায়্রব, ব্যালাঃ---শাশিংন অপালাম্---ভাকপীনব লৈত্রবী, ত্বাং --- নংবু কথংবা --- মতৌ করম্ন, ন অঘসন্ অপি---চাদ্রিবমকনো ? ॥৬৫॥

( হে সৌম্যে---হে নিংথিজরবী ) হৃদয়ঙ্গমমূর্ত্তিঃ---পুক্কিং হুননবগী মশক ওইরিবী, ত্বং---নহাক; ভীমম্ অপি---অাকিবগী মশক ওইরব, এতৎবনম্---বন অসিদ, সুভগম্ভাবুকং---নিংথিজববু, কুর্ব্বাণা---তৌরিবী, কেন হেতুনা---করি মরমদগী, অভ্যৈঃ---লাক্লিবনো, বদ---হায়যু ॥৬৭॥

( হে সুভগে---হে নিংথিজরবী ) ত্বং---নহাক, রহসি---অচিকপ মফমদ, প্রিয়কারী---অপাম্ব তৌবী ওইদুন, কং---করম্ব, সুকৃতং---

মণিপুরী---রাবণন হায়খি, হে কিগল্লবী ! মী অম ফাওব চত্রব বন অসিদ, নথস্ত লৈরিবী নহাক অসি কনানো ?, অদুগ হিংস' তৌব শা, কৈন, থনলব মফম অসিদ ভাকপিনব য়াওত্রবী নংবু মতৌ করম্ন চাখিদ্রিবনো ? মসিসু অঙকপ থবক্নি ॥৬৬॥

হে নিংথিজরবী ! নশক অসিন পুক্কিং হুনবগী মশক ওইরিবী নংন, অকিবগী মশক ওইরব বন অসিদ, করিগী লাক্লিবনো হায়যু ॥৬৭॥

পরিপর্য্যুদধে রূপমাত্ম্যলোকাচ্চ ত্বল ভম্ ।
ভাবৎকং দৃষ্টবৎস্বেতদস্মাস্বপি স্বজীবিতম্ ॥৬৯॥
আপীতমধুকা ভৃঙ্গৈঃ সুদিবেবারবিন্দ ।
সংপরিমললক্ষ্মীকা নাপুংস্কাসীতি মে মতি ৭০

অন্বয়ানুবাদ :—পুণ্য চেনব মীবু, উপতিষ্ঠসে—সঙ্গ তৌরিবগে ? সুর-তেষু—সুরত ওহব থোরমদ, তে—নহাক্কী, চাটুকারঃ—বাঙাং ফজব, কিঙ্করঃ—ননাইন, পুণ্যকৃৎকঃ—করি পুণ্য তৌরকপনো ? ॥৬৮॥

উদধেঃ পার পায়—সমুদ্রদি য়াওদন, ( স্থিতম্—লৈরিব ) আত্ম্য লোকাচ্চ—স্বর্গ ফাওবদসু, ত্বল ভং—ফংঙমদব, ভাবৎকং — নহাক্কা, এতৎ—অ৷৷৷৷, রূপং—নশকপু, দৃষ্টবৎসু—উজারব, অস্মাসু অপি—এথোৎ ৷৷৷৷কা, সুজীবিতং—দুাস আস হিংবগী মহে য়ালে ॥৬৯॥

ভৃঙ্গৈঃ—খোইনুশিংন, আপীতমধুকা — লোহ চুপপ্রব, সুদিবা — নিংথিবব অঙু৷, অবারবিন্দনী হব - থম্বালগুম [ স্থিতা — লৈরবী ] সংপরিমলশ্রীকা—হোজিকমক নৈহৎথিবগী মনম পাক্কবা, ( ত্বং—নহাক্ক অপুংস্কা—নিপা লৈতবা, ন আসি—ওইদে, ইতি—অসুম, মেমতি—এন নিংথি ॥৭০॥

---

মাণপুবা—হে নীংথিবী ? নহাক্ক অচিকপ মফমদ অপাম্ব তৌবী ওইহ্নন করম্ব পুণ্য চেনব মীবু সঙ্গ তৌরিবগে ? অদুগ সুরত লীলাদ নহাক্কী বাঙাং ফজব ননাইন কার পুণ্য তৌরকপনো ? ॥৬৮॥

সমুদ্রন কোইরিব পৃথ্বী অসিদ, অদুগ স্বর্গ ফাওবদসু নহাক্কা নশক অসিগ মান্নব অমত্তসু লৈতে। মরম অদুন নহাকপু উজব ফংলিব ঐথোই অসিসু হিংবগী মহৈ য়ালে ॥৬৯॥

নিথ্যৈব শ্রীঃ শ্রিযম্মন্যা শ্রীমম্মন্যো মৃষ হরিঃ ।
সাক্ষাৎকৃত্যাভিমন্যেঽহং ত্বাং হবন্তীং শ্রিয়ং শ্রিয়ঃ ।৭১॥

নোদকণ্ঠীঘাতাত্যর্থং ত্বামৈক্ষিষ্যাস্ত চেৎস্মরঃ ।
খেলায়ন্ননিশং নাপি সজুঃকৃত্য রতিং বসেৎ ॥৭২॥

বলগূযন্তীং বিলোক্য ত্বাংস্ত্রী ন মন্তূযতীহকা ।
কান্তিংনাভিমনায়তকো বা সুখনুসতেঽপিতে ।৭৩।

অন্বয়ানুবাদ :—শ্রিয়ং—লক্ষ্মীগী, শ্রিয়ং—ফজববু হবন্তীং—হবিবী ত্বাং নহাকপু, সাক্ষাৎকৃত্য—উবগ, অহং—ভিক্ষু ঐন, [illegible]—ফজরে নিংলিবী শ্রীঃ—লক্ষ্মীন, মিথ্যাএব—অবেশ ওইবে শ্রীমম্মন্যঃ—নিংথিজবনি হায়ন নিংলিব, হরিঃ—বিষ্ণুন, মৃষাএব—অবেশ ওইরে হায়ন, অভিমন্যে—নিংলি ॥৭১॥

স্মরঃ—কামন, ত্বাং—নংবু, ঐক্ষিষ্যাতচেৎ—উখ্রবদি, (রতিগী পতি রতিগী মফমদ, অত্যর্থং—থোইদোক্ল, ন উদকণ্ঠায়াত—উৎকণ্ঠা তৌবমমোই, অনিশং—অতৎপ লৈতনা খেলায়ন—ক্রীড় তৌদনা, রতিং—রতিবু, সজুঃকৃত্য অপি—লোইনবী ওইজনসু, ন বসেৎ—লৈবরমোই ।৭২।

মণিপুরী—লক্ষ্মীগী ফজবদগী হেল্লিবী নহাকপু উরগ ভিক্ষু ঐন ফজরে হায়ন নিংলিবী লক্ষ্মীন অরেম্ব ওইরে। ফজব পুম্নমক্কী অথোইবনি নিংলম্ব বিষ্ণুন অবেম্ব ওইবে, হায়বদি নহাক্ক পুম্নমক্কী ফেলে ॥৭১॥

কাম দেবন নংবু উম্লবদি মহাক্কী নুপী রতিগী মফমদ থোইদোক্ক মিথৌব লৈনম্মোই, অদুগুম্ব অনিদ অতৎপ লৈতন, কাম রাগদ চেশান্নহন রতি লোইনবী ওইজনসু লৈরম্মোই ॥৭২॥

দুঃখায়তে জনঃ সর্ব্বঃ স এবৈকঃ সুখায়তে ।
যস্যোৎসুকায়মানা ত্বং ন প্রতীপায়সেঽস্তিকে ।।৭৪।

কঃ পণ্ডিতায়মানস্ত্বামাদায়ামিষসন্নিভাম্ ।
ত্রস্যদ্বৈরায়মাণেভ্যঃ শূন্যমম্বরমদ্ধনম্ /৭৫

অন্বয়ানুবাদ :—দলগৃহন্তী —নিংথিজববী, ত্বা'—নংবু, বিলোক্য—উরগ, ইহ—সংসার অসিদ কান্তী—কনাগুম্বী নুপীন, নমস্তুষ্টি — কল্লকব লৈবগে। স্থাণুসমঃ অপি - অকংবাশিংগ মান্নব ওইদুনসু, কঃ—কনাগুম্ব মীন, তে —নহাক্কী, কান্তিং—শুগ অসিবু, বিলোক্য—উরগ, নঅভিমনায়েত— মিহৌবোইদোব লৈবগে ।।৭৩।।

সর্ব্বঃ—অয়াম্ব, জনঃ—মীন, দুখায়তে — ঙানবি, সঃএকএব — অদুগু মহাক মংখুন, সুখায়তে — নুংঙাইরি যস্য — পুরুষ অদুগী, অস্তিকে—মনাক্ত, ত্বং —নহাক্ত, উৎসুকায়মান — উৎকণ্ঠা তৌদুনদ নপ্রতীপায়সে—ফোংবোই চন্দুন লৈবিবনি ।।৭৪।।

পণ্ডিতায়মানঃ—পণ্ডিত শক্তিন্নব ( পুক্চেল ফত্তব ) কঃ - কনাগুম্ব মীন, আমিষসন্নিভাং—মাংস মচুমগ মান্নবব, ( য়াম্ম থোংলবা ]

---

মণিপুরী—নিংথিজববী নহাকপু উরগ, সংসার অসিদ লৈরিবী নুপীশিংন কল্লক্লোইদোব লৈতে, অদুগ অপংব অমসুং জিতেন্দ্রিয় ওইব নিপাশিংন, নহাক্কী নশক নতো অসি উরগ মিহৌবোইদোব নত্তে ।।৭৩।।

নহাক্ক নিপা অদুগী মনাক্ত উৎকণ্ঠাগ লোইনন লৈবন, ফোংবোই ইরিবী অদুগুম্ব নিপা মথন্দন নুংঙাইবনি, অদুগ নিপা অতৈন অবাব ওইরি ।।৭৪।।

ওজ্জায়মানা তস্যাশ্চ্যং প্রণীয় জনকাত্মজা।
উবাচ দশমূর্ধানং সাদরা গদ্গদং বচঃ ॥৭৬॥
মহাকুলীন ঐক্ষ্বাকে বংশে দাশরথির্মম।
পিতুঃ প্রিয়ঙ্করো ভর্ত্তা ক্ষেমকারস্তপস্বিনাম্ ॥৭৭॥

অন্বয়ানুবাদ :— ত্বাং—নহাকপু, আদায়—লৌরদুনা (পুরহুন) বৈবা-য়মাণেভ্যঃ—মেয়ম ম'বু, ত্রস্যন্—কিবদুন, শূন্যা —মী কৈতব, বন্দ্—বনদ, জগ্রসৎ— কৈবববা ? ॥৭৫।

ওজায়মানা—মঙাল চাওববী, জনকাত্মজা — জনকগী মচানুপী সীতান, তস্যা—রাবণগী, অধ্যাং—পূজাগী পোৎলমবু, প্রণীয়—পাইবদুন, সাদরা —লুন তোবদুন, দশমূর্ধানং—দশবদন, গদ্গদম— মচেং মচেং ওইব বচঃ—বাহৈন, উবাচ—হায়খি ॥৭৬॥

পিতুঃ—মপাগী, প্রিয়ঙ্করঃ-য়াথং ভাক্তুনা, তপস্বিনাং — তপস্বি-শিংগীন ক্ষেমঙ্করঃ ফনব তৌবিবগী মনুংদ, [পোয়ব] দাশরথিং-রামন, মম ভর্ত্তা— ঐগী ইপুরোইবনি ॥৭৭।

---

মণিপূর—পাওত নহন পাগুত শাব পুনরোপ এব মীন, শা মতুমগ মান্নন যান্ন থাৎলবী, নহাকপু পুন্নমী শতব বন অসিদ কৈরিব অসি য়েকুববু কিবদুন কৈরিবব। ? ॥৭৫।

মঙাল চাওরবী নিংথিরবী সীতান, তপস্বিং মশক লৌদুনা লাক্লিদ্ রাবণগী পূজাগী পোৎলম পাইবদুনা, অংতগী সংকাবগ কোইনন মচেৎ মচেৎ ওইব বাহৈন হায়খি। ৭৬।

হে তপস্বি। মপাগী য়াথং ভাক্তুন, তপস্বিশিংগী মঙ্গল ওইনব-গীদমক থবক তৌরিব অচৌব শাগেদ পোকপ ইক্ষ্বাকু বংশগী মনুংদ রামন ঐগী ইপুরোইবনি ॥৭৭॥

নিহন্তু বৈরকারাণাং সতাং বহুকরঃ সদা
পারশ্বধিকরামস্য শক্তেরন্তকরো রণে ।৭৮॥

অধ্বরেষ্বিষ্টীনাং পাতা পূর্ত্তী কর্ম্মসু সর্ব্বদা ।
পিতুর্নিযোগাৎ রাজত্বং হিত্বা যো ভ্যাগমদ্বনম্ ।৭৯।

পতত্রিক্রোষ্টুজুষ্টানি রক্ষাংসি ভয়দে বনে
যস্য বাণনিকৃত্তানি শ্রেণীভূতানি শেরতে ॥৮০॥

অন্বয় পুরবদ :—( তথা—অমদি ] বৈরকারাণাং—য়েক্লবশিংবু, নিহন্তা—হাৎলিব, সতাং—সাধুশিংবু, সদা—মতম পুম্নমক, বহুকরঃ—য়াম্ন উপকাব তৌবুন, রণে—লানকমদ পারশ্বধিকরামস্য—পরশু রামগী, শক্তেঃ—শাক্তিবু, অন্তকরঃ—মাংহনখিব [ রামন ঐগী ইপুবোইবনি ।৭৮।।

অধ্বরেষু যজ্ঞসিংদ, ইষ্টিনাং—যাজ্ঞিকশিংবু, পাতা—ঙাক্লিব, কর্ম্মসু—কর্ম্ম পুম্নমক, সর্ব্বদা—মতম পুম্নমক, পূর্ত্তী—মপুং ফাহল্লিব, যঃ—রামন, পিতু—মপাগী, নিয়োগাৎ—য়াথংদগী, রাজত্বং হিত্বা—নিংথৌগী পদবী থাদোকহুনা, বনম—বনদ, অভ্যাগমৎ—চৎখি ।।৭৯।।

---

মণিপুরী— অমন য়েক্লবশিংবু হাৎলিব, সাধুশিংবু মতম পুম্নমক লুনা তৌহুনা, অমসুং মখোইগী উপকাব কয়া তৌহুনা মফম পুম্নমক কোইনা চৎলি । অদুগ পরশু রামবু মাইথিব, পীব [ রামন ঐগী ইবুংঙোনি ] ।।৭৮।।

যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞ ঙাকহুনা, মতম পুম্নমক অফবথবক অদুদ মতেং পীহুনা মপুং ফাহল্লি । অদুগুম্ব রামন, ইপাগী য়াথং লৌহুনা নিংথৌগী পদবী পুম্নক থাদোকহুনা বনদ চৎলিবনি ।।৭৯।।

দীব্যমানং শিতান্বাণানস্যমানং মহাগদাঃ।
নিঘ্নানং শাত্রবান্‌রামং কথংত্বং নাবগচ্ছসি ॥৮১॥
ভ্রাতরি ন্যস্য যাতো মাং মৃগাবিন্মৃগযামসৌ।
এষিতুঃ প্রেষিতো যাতস্ময়া তস্যানুজো বনম্ ॥৮২॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হ্রদে—অকিবগী মশক ওইব, বনে—বনদ যস্য—রামগী, বাণনিকৃত্তানি—তেন্না ককথৎলব, পতত্রিক্রোষ্টৃজুষ্টানি শ উ-চকশিংগী মচিঙ্গাকওইবব, বক্ষাংসি—হিংচাবশিংগী শ্রেণী ভূতানি—মপৈ মপৈ ওইন শেন্নে তম্মিকপ থোকপ লৈতন তুম্মি ॥৮০।

শিতান্—থৌরব বাণান—তেন্না, দিব্যমানং—শান্নদুন, মহাগদাঃ—অচৌব গদাবু, অস্যমানং—লংলিব শাত্রবান্—য়েক্কবসিংবু হাংলিব, রামং—রামবু, ত্বং—নহাক্ক, কথং—করদৌন, ন অবগচ্ছসি—খংদ্রিবনো? ॥৮১॥

মৃগাবিৎ—শজি হাংপ, অসৌ—রামন, মাং—ঐবু ভ্রাতরি—মনাও নিপা লক্ষ্মণদ, ন্যস্য—শিন্নবন্নগ, মৃগয়াং—শান্ত তানব, গতঃ চৎখ্রিব, [তং—রামবু] এষিতুং—থংনবগীদমক, তস্য—রামগী, অনুজঃ—মনাও নিপা, [লক্ষ্মণঃ—লক্ষ্মণবু] ময়া—ঐন, বনম্—বনদ প্রেষিতঃ [সন্] থারদুন যাতঃ—চৎখি ॥৮২॥

---

মণিপুরী—অকিবগী মশক ওইব বনদ রামগী তেন্না ককথৎলব হিংচাবশিংগী মশান, শা উচেকশিংগী মচিঙ্গাক ওইদুন, মপৈ মপৈ মযাম্, মিকপ থোকপ নাইদন নিংঙাইব লৈতন তুম্মি ॥৮০॥

অথৌব তেন্না কাপ্লুন শান্নবদ হৈরব, অমসুং অচৌব গদান থাদুন য়েক্কববু হাংপ তম্মিব ঐগী রামবু করিগী খংদ্রিবনো? ॥৮১॥

শজি হাংপ রামন ঐবু, মনাও লক্ষ্মণদ শিন্নবন্নগ শাদানব চৎখ্রিব রামগী পাও থংনবগীদমক, রামন চৎখ্রবগী তুংদ বনদ ঐন অমুক চৎহলখি ॥৮২॥

অথারস্যন্‌কষায়াক্ষঃ স্যন্দস্বেদকণোল্বণঃ।
সন্দর্শিতান্তরাকূতস্তামবাদীদ্দশাননঃ ॥৮৩॥
কৃতে কানিষ্ঠিনেয়স্য জ্যৈষ্ঠিনেয়ং বিবাসিতম্।
কো নগ্নমুষিতপ্রখ্যং বহু মন্যেত রাঘবম্ ॥৮৪॥
রাক্ষসাধুষু ধ্বংস্যে পিণ্ডীশূরান্নিরস্তবান্।
যদ্যসৌ কূপমাণ্ডুকি! তবৈতাবতি কঃস্মরঃ ॥৮৫॥

অন্বয়ানুবাদ:—অথ— সীতাগী বা তারবগী তুংদ, আরস্যন্— শাওখিবন, কষায়াক্ষঃ—মিৎ ঙাংলদুন, স্যন্দস্বেদকণোল্বণঃ — হুমাং মতুম মতুম শিন্থরব, দশাননঃ—রাবণন, সন্দর্শিতান্তরাকূতঃ—মনুংগী বাখল কয়া উহল্লদুন, তাং—সীতাদ, অবাদীৎ—হায়খি ॥৮৩॥

কানিষ্ঠিনেয়স্য - অতোনবীগী মচা [ভরতগী] কৃতে—থবক্ পাংথোকননবগীদমক, বিবাসিতং—বনদ থারক্লব, নগ্নমুষিতপ্রখ্যং — মরল্ হুখিদুন দিগম্বরগমাররব, জ্যৈষ্ঠিনেয়ং— অহলগী মচা, রাঘবং— রামবু, কঃ — কনান, বহু—য়ামু, মন্যেত — মথ্যাদা তৌনগদগে, [পূজা তৌগদগে ॥৮৪॥

---

মণিপুরী—সীতাগী বাহৈশিং‍দগী রামগী মগুণ তারবগী তুংদ, শাওখিবন মিৎ অনি অদু কোরৌমুক ঙাংলদুন, হুমাং মতুম মতুম শিন্থরব রাবণন মাগী পুক্লিংগী বাখল কয় মপান্দ উৎলদুন, সীতাদ হায়খি ॥৮৩॥

মমা অতোনবীগী মচা ভরতগী থবক্ত কাম্লনবগীদমক্ বনদ চৎলিব, য়েংবদ মরল মথুম হুবিগ্রব, উপায় লৈত্রদ্রহন মাইকৈন ফি ওইব মাতৌগুম্লব, মমা অহলগী মচা রামবু কনান পূজা তৌবিগদগে? ॥৮৪॥

মৎপরাক্রমসঙ্ক্ষিপ্তরাজ্যভোগপরিচ্ছদঃ।
বুক্তংমমৈব কিংবক্তুং দরিদ্রাতি যথা হরিঃ ॥৮৬॥
নির্লজ্জো বিমদঃ স্বামী ধনানাং হৃতপুষ্পকঃ।
অধ্যাস্তেহস্তগিরং যস্মাৎকস্তস্মাবৈবেতি কারণম্ ॥৮৭॥

অন্বয়ানুবাদ:—অসৌ—বামন, বটুযজ্ঞেষু—ফত্রব ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞদ, পিণ্ডী শূরান্—চাবদ হৈরব, রাক্ষসান্—হিংচাবশিংবু, নিরন্তবান্ যদি—হাৎব্রবদি, হে কূপমাণ্ডূকি হে কুহাগী হঙোইগুম্ববী, তব—নহাক্ক, এতাবতি---চাব থকপদ হৈ-শিংলব হিংচাবশিংবু হাৎপদ, কঃ স্মব--করিগী নাপল তে রিবনো ? । ৮৫।।

মৎপরাক্রমসঙ্ক্ষিপ্তরাজ্যভোগপরিচ্ছদঃ---ঐগী ইথোনাগী শক্তিন নিংথৌগী মরল মথুম্ পুম্নমক হুরব, হরিঃ---ইন্দ্রন, যথা --- মতৌ অসুম, দরিদ্রাতি---লাইরব ওইবি, [ তৎ---মবম অতুদগী ] মমএব---ঐগীসু, বক্তুং—হায়বদ, যুক্তংকিম্---মতিক চাদববা ? ।।৮৬।।

---

- মণিপুরী—বামন কুব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞদ, চাব থকপদ মহৈব, মমান-নবগ লানবা পাবদি হৈতব, হিংচাবশিংবু হাৎলগ করিগী নাপল তৌরিবনো, হে কুহাগী হঙোই অমোম মাল্লবী, [ হায়বদি কুহা অতুমক্ক অচৌব ঈশিংনি হায়ন নিংব, অচৌব ঈশিং সমুদ্রনচিংবা লৈরি হায়ব থংদবী, অমন রামদি পুত্রীগুম্বনি মঙোম্বগী হেনব সমুদ্র-গুম্ব অকনব মশক থংদবী ] করিগী নাপল তৌরিবনো ? ।।৮৫।।

ঐগী ইপাঙল ইথোনান ইন্দ্রগী রাজ্য সম্পৎ পুম্নমক হুবিতুন লাইরব ওইরি; মরম অসিন রাবণ ঐগীসু হায়বদ মতিক চাদবরা ? ।।৮৬।।

ভিন্ননৌক ইব ধ্যায়ন্মত্তো বিভ্যদ্যমঃ স্বয়ম্।
কৃষ্ণিমানং দধানেন মুখেনাস্তে নিরুদ্যতিঃ ॥৮৮॥

সমুদ্রোপত্যকা হৈমী পর্ব্বতাধিত্যকা পুরী।
রত্নপারায়ণং নাম্না লঙ্কেতি মম মৈথিলি ॥৮৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—যস্মাৎ- মরম অদুদগী, ধনানাংস্বামী --- লল পুম্নমক্কী মপু ( কুবেরন ) নির্লঙ্ক – লঙ্কা থাদোক্কুন, হৃতপুষ্পকঃ – পুষ্পক বিমানবু হৃবিখিদুন, বিমদঃ—( সন্ ) নাপল লৈতন, অন্তর্গিরং—কৈলাসদ, অধ্যাস্তে—লৈবি, তৎ—ঐগী শক্তিগী, কাবণং—মরমবু কঃ—কনা অমত্তন, ন অবৈতি—খংদব লৈতে ॥৮৭॥

যমঃ—যম রাজন, স্বয়ং—মশামক্ক, মত্তঃ—ঐবু বিভৎ — কিবহুন, ভিন্ননৌক ইব—হি লূপণ্ড্রব ললোনব নিপাগুম্ন, ধ্যায়ন্—চিন্তা তৌরহুন, কৃষ্ণিমানং—অমোৎপ মতৌবু, দধানেন—পুবব, মুখেন -- মাইথোংন, নিরুদ্যতিঃ—উৎসাহ লৈতন, আস্তে--লৈরি ॥৮৮॥

হে মৈথিলি – হে সীতে। সমুদ্রোপত্যকা — সমুদ্রগী মনাক্ত, পর্ব্বত ধিত্যকা— ত্রিকুট কোব চীংগী মথক্ত, হৈমী— সনাগী মশক ওইরবী

---

মণিপুবী—ঐগী ইগুণশিং অসিন মরম ওইহুন, লল পুম্নমক্কী মপু কুবেরগী পুষ্পক রথবু, হুরগ লঙ্কাদগী তাম্থোক্কুম নাপল মাওদন কৈলাসদ লৈখি, অসিগুম্ব ঐগী শক্তি পুম্নমক অসিবু খংদব কনা অমত্তসু লৈতে ।৮৭॥

যমরাজ মশামক্ক ঐবু কিরহুন, ললোনব নিপাগী হিন লূপণ্ড্রবদ অবাব ওইবগুম্ন, মমাই ইমক মক্ক মথোনা পুম্নমক মাংহুন লৈরি ।৮৮॥

আবাসে সিক্তসংমৃষ্টে গন্ধৈস্ত্বং লিপ্তবাসিতা।
অপিতোরুসুগন্ধিস্রক্তস্যাং বস ময়া সহ ॥৯০॥

স গচ্ছ পৌংস্নি স্ত্রৈণং মাং যুবানং তরুণী শুভে।
রাঘবঃ প্রোষ্যপাপীয়াঞ্জহীহি তমকিঞ্চনম্ ॥৯১॥

অন্বয়ানুবাদঃ— রত্নরাশীনাং—মণিপুম্নমক্কা লৈফম ওইবব, নাম্না—মমিংন, লঙ্কা ইতি লঙ্কা কৌব অহু, মম—রাবণ ঐগী, পুরী—কোনুংনি ॥৮৯॥

(হে সীতে) তস্যাং—লঙ্কা কোনুংদ, সিক্তসংমৃষ্টে—মনম নুংশি-বব চন্দনন থিন্নব, আবাসে—য়ুমদা, ত্বং—নহাক, গন্ধৈঃ—মনম নুংশিবব, চন্দনন লিপ্তবাসিতা—তৈরন, অপিতোরুসুগন্ধিস্রক্ — মনম নুংশিবব লৈ পরেং কৎলব অহু শিন্দুন, ময়া সহ—ঐগ লোয়ননা, বস—লৈয়ু ॥৯০॥

হে শুভে — হে নিংথিববী, হে পৌংস্নি — নিপাগী সেবা তৌবদ মতিক চারবী, তরুণী — মথোৎ কাবক্লিবী, ত্বং — নহাক, স্ত্রৈণং—নুপীগী ফনব ওইব (নুপী অমন সেবা তৌবদ মতিক চারব),

---

মণিপুরী :—হে সীতে। সমুদ্রগী মনাক্ত ত্রিকূট কৌব চীং মথক্ত সনাগী মশক ওইরিবী, মণিমুক্তানচিংব রত্ন পুম্নমক্কী লৈফম ওইরিবী, মমিংন লঙ্ক হায়নরগ খঙনবিব অহু ঐগী কোনুংনি ॥৮৯॥

হে সীতে। লঙ্কা কৌব কোনুংদ মনম নুংশিরব চন্দন থিক্তুন চাইরব য়ুম অহুদ (লৈগদবনি) অহুগ মনম নুংশিবব তৈননব, চায়ননব, পোৎলম কয়ান, অমসুং মনম নুংশিরব লৈগী পরেং, কৎলরিব অহু শিন্দুন লৈতেংলগ ঐগ লোয়নন লৈগে হায়ন নিংঙ ॥৯০॥

অশ্লীতপিবতী য়ন্তী প্রসিতাস্মরকর্ম্মণি।
বশেকৃত্য দশগ্রীবং মোদস্ব বরমন্দিরে।৯২।
মাস্ম ভূর্গ্রাহিণী ভীরু গন্তুমুৎসাহিনী ভব।
উদ্ভাসিনী চভূস্থানো বক্ষঃ সম্মর্দ্দিণী ফব ৯৩

অন্বয়ানুবাদ :---ধুবানং—পাখং ওইব, মাং—ঐবু, সঙ্গচ্ছ—ফংগে হায়ন নিংঙ্, রাঘবঃ—রামন, ক্রোধাপাপীয়ান্ — রাজ্যপদদগী নাম্বোক্লন, [অমন শক্তি তানব চৎখিবদগী নংবু থাদোক্লন অতোপ্প দেশদ চৎখ্রে, অকিঞ্চনং—নরল লৈত্রব ও—রামবু, জহাহি—থাদোকউ ॥৯১॥

অশ্লীতাপিবতীয়ন্তী---য়ুমগা মবেম্ম ওইগন. স্মরকর্ম্মণি --- কামগী থবক. প্রসিতা পুক্লাং চঙ্ডুন, দশগ্রীবং – রাবণবু. বশেকৃতে – খুহুম চন্দুন. বরমন্দিরে --- নিংথিজবব য়ুমদ, মোদস্ব – নুংঙাইন লেয়ু ।৯২॥

হে ভীরু---হে কিগল্লবা। গ্রাহিণী – প্রতিকূলবর্ত্তিণীবু. মাস্ম ভূঃ- ওহগনু. গন্তু---চৎননবগীদমক্. উৎসাহিনী --- থৌবাং তোবী. ভব ওইযু. উদ্ভাসিনীচ---নিংথিজবীসু ওইদুন. মে ঐগী, বক্ষঃসংমর্দ্দিণী- ধবাক্ল লেংপীবু. ভব—ওইযু ৯৩

---

মণিপুরা—হে নিংথজরবী। হে নিপাগী সেবা তৌবদ মতিক চারবী! থোৎ কারাক্লবা নংন. নুপী অমন সেবা তোবদ মতিক চারব পাখং ওইরিব রাবণ ঐগী সেবা তোগে হায়ন নিংঙ্, রামন শক্তি তানব চৎখিদুন অতোপ্প দেশদ চৎখ্রে. অদুগ মরনসু লৈত্রব রামবু থা-দোকউ ॥৯১।

হে সীতে! নংন য়ুমগী মবেম্ম ওইরগ কামরাগদ পুক্লাং চঙ্ডুন রাবণ ঐবু, খুহুম চন্দুন নিংথিজরব য়ুমদ নুংঙাইন লৈয়ু ॥৯২॥

তাংপ্রাতিকূলিকীংমত্বা জিহীর্ষুর্ভীমবিগ্রহঃ।
বাহুপপীডমাশ্লিষ্য জগাহে দ্যাং নিশাচরঃ ॥৯৪॥
এস্যন্তীং তাং সমাদায় যাতো রাত্রিঞ্চরালয়ম্।
তুষ্ণীংভুয় ভয়াদাস্যাঞ্চক্রিরে মৃগপক্ষিণঃ ॥৯৫॥

অন্বয়ানুবাদ:—নিশাচরঃ—হিংচাব [ রাবণন ], তাং—সীতাবু প্রাতিকূলিকীং— ঐগী লোইনবী ওইবদ য়ারোইদৌরে, মত্বা — নিংলহুন, জিহীর্ষুঃ—নমহুন পুরগে হায়ন নিংহুন, ভীমবিগ্রহঃ—অকিবগী মূর্ত্তি ওইন, বাহুপপীডং—পাম্বোম অনিমক চোক্ল, আশ্লিষ্য—অলিঙ্গন তৌহুন দ্যাং—আকাশদ, জগাহে—চৎখি ॥৯৪॥

এস্যন্তীং — মিপাইববী, তাং — সীতাবু, সমাদায় — পুরহুন, রাত্রিঞ্চরালয়ং—হিংচাবগী লৈফমদ, যাতঃ—চৎখি, (রাবণাৎ—রাবণবু) ভয়াৎ—কিবদগী, মৃগপক্ষিণঃ—শা উচেকশিংন, তুষ্ণীংভূয়ঃ — তুমিন্ন, আসাঞ্চক্রিরে—লৈখি ॥৯৫॥

---

মণিপুরী—হে কিগল্লবী! য়াদব তোগনু, মরম অসিন ঐগ লোইনন চৎনবগী থৌরাং তৌরো, অদুগ ফিজেৎ লৈতেং কয়ান নিংথিজরবী ওইহুন ঐগী থবাক আলিঙ্গন পীনবী ওইয়ু ॥৯৩॥

রাবণন সীতাবু মহাক্কি লোইনবী ওইবদ য়ারোইদৌরে নিংহুন ফারগ পুরগে খন্দুন, অকিবগী মূর্ত্তি পুথোক্লগ পাম্বোম অনিমক চোক্ল কয় কোনসিন্দুন আকাশদ পুহুন চৎখি ॥৯৪॥

মিপাই থিরবী সীতাবু পুরহুন হিংচাবগী লৈফম লঙ্কাদ চৎখি। মতম অদুদ রাবণবু কিবদগী শা উচেক পুম্নমক্ল অমত্ত নিন থোংব তৌদন মিন তুমিন্ন লৈনখি ॥৯৫॥

উচ্চৈরারস্যমানাংতাং কৃপণাং রামলক্ষ্মণৌ।
জটায়ুঃ প্রাপ পক্ষীন্দ্রঃ পরুষং রাবণং বদন্ ।।১৬।।

দ্বিষন্বনেচরাগ্র্যাণাং ত্বমাদায়চরো বনে।
অগ্রেসরো জঘন্যানাং মাভূঃ পূর্ব্বসরো মম ।।১৭।।

যশস্করসমাচারং খ্যাতং ভুবি দয়াকরম্।
পিতুর্বাক্যকরং রামং ধিক্ত্বাং ত্বম্বন্তমত্রপম্ ।।১৮।।

অন্বয়ানুবাদঃ— উচ্চৈঃ— খোঙেল বাংন, রামলক্ষ্মণৌ — রাম লক্ষ্মণ অনিবু, রারস্যমানাং—হন্ন হন্ন কৌরবি, কৃপণাং—তোল্লবী, তাং— সিতাবু, জটায়ুঃ— জটায়ু কোব, পক্ষীন্দ্রঃ—উচেক্কী নিংথৌন, রাবণং— রাবণবু, পরুষং—অথীব বাহৈন, বদন্—হায়রদুন, প্রাপ—থেংনখি ।।১৬।।

হে দ্বিষন্—হে য়েক্কব! বনে—বন অসিদ, বনেচরাগ্র্যাণাং— অথোইব তপস্বিশিংবু, আদায় চরঃ— ফাদুন চারিব, জঘন্যানাং— অতোনবশিংগী মরক্তগি, অগ্রেসরঃ—মাংজিন থারব, ত্বং—নংন মম— জটায়ু ঐগি, পূর্ব্বসরঃ—মাংদ চৎপবু, মা ভূঃ—তৌগনু ।।১৭।।

---

মণিপুরী —রাম লক্ষ্মণ অনিবু খোঙেন বাংন হন্ন হন্ন কৌরবি, তোল্লবি সিতাবু উরদুন, উচেক্কা নিংথৌ জটায়ুন অয়াকপ বাহৈন চৈরদুন রাবণগি মনাক্ত চংশিনখি ।।১৬।।

জটায়ুন হায়খি হে য়েক্কব! বনদ তপস্বিশিংবু চারিব অতোন- বশিংগী মরক্তগি য়ায় তোল্লব, নংন ঐগী মাংদ চৎকনু, ( হায়বদি সীতাবু পুদুন চৎখিগনু ) ।।১৭।।

অহমন্তকরো নূনং ধ্বান্তস্যেব দিবাকরঃ।
তব রাক্ষস রামস্য নেষঃ কর্ম্মকরোপমঃ ।।৯৯।
সত্যমকস্মাৎপক্ষী বৈরকারং নবাশিনম্।
হন্তং কলহকারোহংসো শব্দকাংঃ পপাত খম্ ১০০।।

অন্বয়ানুবাদঃ—যশস্করসম্রাটংবং — মিংচৎ ফ ব লমচৎ চৎপ, ভুবি — পৃথ্বীদ, খ্যাতং—ফাওবব, দয়াকরং—ধোঙ ল ` রব, পিতুঃ—মপাগি য়াথং ভাক্লিব, ব মং—ংমবু দুষন্ত —বাহল্লিব, অত্রপং—ইকাইব লৈত্রব ত্বাং—নংন, ধিক্—ত্তানলিদ ।।৯৮।

হে রাক্ষস—হ রাবণ!, রামস্য — রাম ), কর্ম্মকরোপমঃ — মনাইগ মাল্লন, নেষঃ—মখা পোনব, অহং—ঐন, ধ্বন্তস্য—অমম্বু, দিবাকরঃ ইব—নুমিংন মাংহনবগুম, তব নংগৈ, অন্তকরং — থবাই লোগদবনি নূনং—শোয়দ্রবনি ।।৯৯।

সতং—সংজ্ঞনশিংবু অকস্ম. -- নৈংহংলব, বেরকারং ং- মক্রব ওইরিব, নবাশিনঃ -মী চাবব,[ ব বণং--নাবণবু ] হন্তং - হাংনব-গীদমক, কলহকার--লাল তোরিব, অসৌপক্ষা - ৮চেক অহ্ং. [ ভটা বুন ] শব্দকার - সি হনাদ লাওনে, আকাশদ, উৎপাত - পাই-খৎখি ।।১০০।।

---

মণিপুরী—মিংচৎ ফংব, লমচৎ চৎপ, পৃথিবীদ ফাউবব, য়াথং ভাক্লিব রামবু বাহল্লিব ইকাইদ্রব নং অসি, ওঙ্খোক্ত ভুকুচশ্রেদ ।।৯৮।।

হে রাবণ! রামগী মনাইগ মাল্লন মখা পোল্লবনি, মতুদি নুমিৎন অমম মাংহলবগুম, ঐন নংবসু সোইদন মাংহল্লগনি ।।৯৯।।

ধুন্বন্‌সর্ব্বপথীনং খে বিতানং পক্ষয়োরসৌ।
মাংসশোণিতসন্দর্শৈং তুণ্ডঘাতমবুধ্যত ।।১০১।।
নবিভায় ন জিহ্রায় ন চক্লামন বিব্যথে।
আম্লানো বিধ্যমানোঽপি রণান্নিববৃতেনচ ১০২।
পিশামুখধৌরেয়ং সচ্ছত্রকবচং রথম্‌
যুধি কত্রধবন্তীমং বভঞ্জধ্বজশালিনম্‌ । ১০৩।

অন্বয়ানুবাদ :—অসৌ— জটায়ুন, খে—আকাশদ, সর্ব্বপথীনং — লম্বী থুংন, পক্ষয়োঃ—মশা অনিন, বিতানং— তিংখোক্লহুন, ধুন্বন্—খপ্লহুন মাংসশোণিত সন্দর্শৈঃ—ঈ অমসুং তোংশা উহল্লহুন, তুণ্ডঘাত্য—অতুথ মচিন্ন তুহত্তুন, অবুধ্যত—লাল তৌখি ।।১০১।।

আম্লানঃ—ক্লুরব, বিধ্যমানঃ অপি—চৈথেং কংলবসু, নবিভায়—কিখিদে, নজিহ্রায়—ইকাইখিদে, ন চক্লাম—চোকথখিদে, নবিব্যথে—ৱাখিদে, রণাচ্চ—লানফমদগীসু, ন নিববৃতে—চংখিদে ।।১০২।।

---

মনিপুরি— সংজনশিংবু নৈহংলব অমসুং সীতা হুরকপ অসিন মাসী য়েক্লব ওইব, মীচারব রাবণবু হাংনবগীদমক লাল তৌরিব জটায়ুন সি হনদ লাওহুন আকাশদ পাইখংখি ।।১০০।।

জটায়ুন আকাশদ চংলিব রাবণগী লম্বিদ মশা অনি তিংথোক্‌-তুন খংলগ মশা খপ্তুন নৈরগ অতুথ মচিন অহুন তুহত্তুন ঈ-তোংশা কয়া হোগাইহুন লাল তৌখি ।।১০১।।

জটায়ুন রাবণবু ফুখি, মশামকসু চৈথেং কংখি, অহুমকপু ইকাইখিদে, ৱাখিদে, চোকথখিদে, অহুগ লানফনদগীসু চেনখিদে ।।১০২।।

স ত্রাসয়াঞ্চকারারিং সুরানপিপ্রায় পশ্যতঃ।
সন্ত্যাজযাঞ্চকারাথ সীতাং বিংশতিবাহুনা ॥১০৪।
অসীতে রাবণঃ কাসাঞ্চক্রে শস্ত্রৈর্নিরাকুলঃ।
ভুবস্তং বেভিদাঞ্চক্রে নখতুণ্ডায়ুধঃ খগঃ ॥১০৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—[ জটায়ুন ] যুধি — লানফমদ, পিশাচমুখধৌরেয়ং — পিশাচগী মমাইগুম্নব শগোলন চিংলিব, সচ্ছত্রকবচং—অফব ছত্রকবচ য়াওবব, ধ্বজশালিনং—ফিবান্ন নিংথিজবব, ভীমং অকিবগী মশক ওইবব, রথং—রথবু, কদ্রথবৎ—অচম্ব রথগুম্ন, বভঞ্জ—থুদেকখি ॥ ০৩।

( জটায়ুঃ - জটায়ুন, অরিং রাবণবু, সন্ত্রাসয়াঞ্চকার — মিপাই-হনখি, পশ্যতঃ—য়েংলিব, সুরান্—লাইশিংবু, পিপ্রায় — পেন্নহনখি, অথ—অদুগী তুংদ, বিংশতিবাহুনা — রাবণন, সীতাবু, সন্ত্যাজয়াঞ্চ-কার—থাদোক্লব হোৎনখি ॥১০৪॥

[ অথ—অদুগী তুংদ ] অসীতঃ—সীতা য়াওদ্রব, রাবণঃ—রাবণন, শস্ত্রৈঃ—খুৎলাবন, নিরাকুলঃ [ সন্ ]—অবাব লৈতন কাসাঞ্চক্রে—ঙানখি, খগঃ—উচেকন, নখতুণ্ডায়ুধঃ— তুম্নব খুজিলন মচীন্ন খুৎলাই ওইদুনা ভূয়ঃ—অমুক হন্না, তং - রাবণবু, বেভিদাঞ্চক্রে—খোগাইখি ॥১০৫॥

---

মণিপুরী—জটায়ুন লানফমদ পিশাচাগী মমাইগুম্নব শগোলন চিংলব অফব ছত্রকবচ যাওরব, ফিরালন নীংথিজরব অকিবগী মশক ওইরবা রথবু অচম্ব রথগুম্ন থুদেকখি ॥১০৩॥

জটায়ুন য়েক্লব রাবণবু কিহলখি। জটায়ুগী নিপা থোকপ মতৌবু লাই পুম্নমক্ন উরগ পেন্নখি। অদুগী তুংদ রাবণন সীতাবু থাদোক্লব তৌখি ॥১০৫॥

হন্তুং ক্রোধবশাদীহাঞ্চক্রাতে তৌ পরস্পরম্ ।
ন বা পলায়াঞ্চক্রে বিদর্য়াঞ্চক্রে ন রাক্ষসঃ ।১০৬॥
উপসাঞ্চক্রিরেদ্রষ্টুং দেবগন্ধর্ব্বকিন্নরাঃ ।
ছলেন পক্ষৌলোলুয়াঞ্চক্রেক্রব্যাৎপতত্রিণঃ ॥১০৭॥

প্রলুঠিতমবমৌ বিলোক্য কৃত্তং
দশবদনঃ খচরোত্তমং প্রহৃষ্যন্ ।
রথবরমধিগম্য ভীধুর্য্যং
স্বপুর মগাৎ পরিগৃহ্য রামকান্তাম্ ॥১০৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—তৌ—উচেক হিংচাবগ অনিন, ক্রোধবশাৎ— শাওন-খিবন, পরস্পরম্--মহৈ মহৈ, হন্তুং-হাৎননবগীদমক, ঈহাঞ্চক্রে--হোৎনখি, বিঃ—উচেকন, নপলায়াঞ্চক্রে– চেনখিদ্রে, রাক্ষসোব—রাবণনসু, ন দ য়াঞ্চক্রে - থোৱানবিখিদ্রে ।।১০৬।।

দেবগন্ধর্ব্বকিন্নরাঃ—দেব, গন্ধর্ব্ব কিন্নরাশিংন, দ্রষ্টুম্--য়েংনবগীদমক, উপাসাঞ্চক্রিরে– চংশিনখি, ক্রব্যাৎ– রাবণন, ছলেন—মম্না তৌদুনা পতত্রিণঃ—জটায়ুগী, পক্ষৌ—মশা অনিবু, লোলুয়াঞ্চক্রে—ককথৎখি ।।১০৭।।

---

মণিপুরী—সীতা য়াওদ্রব রাবণন খুৎলায় কয়ান অৱাব লৈতন ভানখি উচেক খুজিনগ মচীনগন খুৎলাই ওইদুনা রাবণবু থোগাইখি ।।১০৫।।

জটায়ুগ রাবণগ অনিন মহৈ মহৈ শাওনখিবন হাৎননবগী থৌরাং তৌনখি। মতম অদুদ উচেকনসু চেনখিদে, রাবণনসু ভাকখিদে ।।১০৬

দেব, গন্ধর্ব্ব, কিন্নরশিংন লান য়েংনবগীদমক মফম অদুদ চংশিনখি। রাবণন মায়া তৌদুনা জটায়ুগী মশা অনি অদু ককথৎখি ।।১০৭।।

ইতি ভট্টিকাব্যে সীতাহরণো নাম পঞ্চমঃ সর্গঃ
সম্পূর্ণম্ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—( অথ—অদুগী তুংদ দশবদনঃ—রাবণন, কৃত্তং — ... ককথংলব, অবনৌ—পৃথীদ তারহুন, প্রলুঠিতঃ— ওলহুন লৈরিব, খ... রোত্তমং—জটায়ুবু, বিলোক্য—উরগ, প্রহৃষ্যন্—হরাওন, রামকান্তাং সীতাবু. পরিগৃহ্য — লৌখৎলহুন, ভীমধূর্য্যং — অকিবগী মশক ওইরব শগোলন চিংলব. রথবরম - অথোইব রথদ অধিরুহ্য — কাখৎলহুন. স্বপুরম্—লঙ্কাদ, অগাৎ—চৎখি ॥১০৮॥

ইতি ভট্টিকাব্যে অন্বয়ানুবাদে সীতাহরণোনাম
পঞ্চমঃ সর্গঃ ।।

---

মণিপুরী—রাবণন, মশা ককথত্তুন লৈপাক্ত তারক্লগ থরো থরো ওলহুন লৈরিব জটায়ুবু উরগ হরাওন সীতা... লৌখৎলহুন, অকিবগী মশক ওইরব শগোলন চিংলব রথদ কাখত্তন মহাক্তী কোনুং লঙ্কাদ চৎখি ॥১০৮।

ভট্টিকাব্যদ সীতা হরণী মঙাশুব সর্গগী
মনিপুরী অবনুবাদ লোইরে।

ওঁ তৎ সৎ ॥



